# কচ্ছবা

ইচিক হুনবা অহিংগী থাজগুম
নোংঙাল্লমদাই অতিয়াগী শজিক্লুম
মেঙনা নীংথিবী ইমাও !
করিগী মায়থোঙ লাংশিনবনো ;
কনানা লায়রবীনি হায়বনো ।
অঙাং নাব্বা ওইরিঙৈ
ইমাগী কৈরা তাজিন'থক্তা পল্লহনা
খোল্লাং অমৃতা ইনবিহনা,
য়াইবী কনবিখ্রবা নচা ঐখোয়নি !
হৌগৎলো ইমা ! নপারি নমোম চাউরে !
নোংপোক চীংখৈ লোইবী থাঙতুপ মখোঙদা
হুমিং সনা তকোম্লু, খিং খিং খুঙ্গোই হুল্লক্রে !
ইমাগী মচানি খঙনা খঙনা
মতৈ লৈবাক্তা পোকপানি হায়না হায়না;
রাখল মপুং ফাত্রিবা, চীংদোল কাবম্ম ঙমত্রিবা,
হৈজদবা নচানা হৈরাঙ-লৈরাং খুজোক অমফাও
কচ্ছবা ঙমজদে !
কচ্ছনীংবা নচানা ইমাগীদমক্তনি হায়রহনা
কচ্ছরি নচাগী লৈচন চাদে খঙনা লেংজবা
লৈরাং পরেং সুরনিমালা !

তাং ১৭ । ২ । ৭৪ ইং                                    তোম্বা সিংহ ।

# ৱাহৈ খৱদং

—:(O):—

মী ওইনা পোক্রবা জীবনা থবক অমা পাংথোক্কে হায়না খল্লকপা ৱাখলসে অঙকপগী মশক্নি। খুদম ওইনা মীওইবগী চিন্তা অমসুং অনুভূতিসু হৌজিক কদায় য়ৌরবগে হায়বদো ঐখোয়না মিংনা উবা ফংলি।

কৌশিবা চহি খরগী মমাংদা ঐহাক্না অঙকপা ফংনা ৱাখল খর খনখি। ছাত্র অমা ওইনা মতম অহু, হায়স্কুল থাদোক-লমদাইনি। অমসুং মচিন তোঙবা লেখক কয়াগী মরৈবাক নুংশিবগী শৈশক্না তুংগী মীরোন্দা মরৈবাক নুংশিবগী ঈচেল পীরকপা মতাংনি। মহুগা লোয়ন-লোয়নবা ঐগী ৱাখলসু "বসন্ত ঋতু" ওইরকখি। অসিগুম্বা মতাংসিদা — মালেমথক্তা চৌবা পাম্বীশিংনা নৌনা যেন্নীং হুন্নকপা উবা অমসুং চীংখোঙ চীংযাগী পুক্রিং হুনবা দৃশ্যদু উবগা কনাগী থম্মোইদা অৱাবা, নুংঙাইবা অমসুং নুংশিবা ৱাখল ফাওরোইদবগে ? ঐঙোন্দা লাইরিক ইশৈংবগী ৱাখল অমা তত্তনা ফাওরকখি। পন্থবা তৌদনা লাইরিক অসি ইবা হৌখি। ইবা লোইরবা মতুংদসু চহি কয়ামুক ফোঙদোকপা ঙমদহুনা লৈকরে। করিগুম্বা ময়ামগী মমাংদা পুথোক্রুরবসু মখোঙ চুন্না থাংবা হৈত্রিবা অঙাংনা হৈরবা অঙাংশিংনা চেন-চোংনা শান্নরিবহু য়াওনীংবদগী খোঙকাপ

খর থাংলগা তুশিন্দুনা লৈবগুম, মমল য়াম্বা লাইবিক্লা পিক ওল্লবা মতমসিদা ঐগুম্বগী মমল য়াওদ্রবা লাইরিকসি পুথোক্লবদা মীনোক চাউবা মৈতৈ সমাজগী মনাংদা চোঙ্গা নংবা নত্তুনা উপ্যাই করিম্ন লৈতে, ইনাক খুনবগী পুকৈনা ফো মরু অমা হাপচিনবগুম্বনি। অদুম ওইনমক ইরৈবক ইজাংবু অরাংবা থাক্তা থাংকৎনিংবা; চংনবী নিয়ম ঙাক্লা চৎচনিংবা অচুম্বনা চুম্লে হায়জনিংবা অমসুং অরানবনা লাল্লে হায়জনীংবদগী — পুন্সিগী অশানবা খুৎমাবা ওইনা লাইরিক অসি পুথোকচবনি। মসিদা রাইত-রাত' লানবদগী অরানবা অর্থদা লমজিংখিবা কয়াম্বুক য়াওরবস্ু তৈজদিগা পুজারিনা পাংবা চাক এঙ্গাংনি খনবীতুনা ঐগী নুংশিজরবা ইনিন মনাওশিংনা হাউত্রবস্ন হাউরে হায়না চাবিয়ু, দক্ষিনা য়াম্বদ্রবস্ন য়ামলে হায়না লৌবিয়ু।

অসিগুম্বা মমল য়াওদ্রবা লাইরিক অসি মনিপুরগী শিক্ষা বিভাগনা মনিপুর সাহিত্য লৈকোন্দা লৈরাং চার অমা ওইনা থান্নবা কাংখুল মচা অমত্তুং পীবিরবদি নীংলুবা অশানা মনীং থুংলে হায়না খঙ্গগনি অমসুং নাগরিক অমা ওইনগী মরৈবাক্তা সেবা ফংজরে হায়না লৌজগনি।

তাং ১৭।২।৭৪ ইং।

অইবা :—

# সুরনিমালা

লৈরাংসু পোমশাৎনরে, খোইমুসু শাখপ হৈরে।

“ওইরক্লবদা বসন্ত ঋতুনা,
চোংলক্নি অনৌবা ময়োন
হৈরাং লৈরাং পাম্বৈদা,
চুপ্পরনি খাংজেংবা খোইমুনা।
লৈরাং লৈহী!
তোংলরনি কোকিল
পামেল ফৈরা’থক্তা,
শক্লরনি নুংশি ঈশৈ
কুহু, কুহু!”

বসন্ত ঋতু ওইরক্লে! বাকচীংগী থাবা উল্লেন নংখ্রবা উপাল-রাপাল, হৈপাল-লৈপাল কয়ানা কুমগী অহানবা লাইজ খিক্লেন ফংবদা নৌনা য়েনীং হুল্লকলে। চীং-মান মচী-মচীদা শংবান্নবা মচুনা লৈতেংলক্লে। ইখোলগী মচী মচী থোঙ্গাল, লৈপন, শুমাং মফম অয়াম্বদা মতমগী লৈরাংশিং লৈশাৎ তম-লকলে। লিরি হুম্বা মালংবনা হৈনম-লৈনম পুরক্লুনা মী-ওইবগী পুক্লিং হকচাং তেখৎহলবগা লোয়ননা অনৌবা আশা অমমম পীররে। খোংলমদবা চেক্লাশিংগী খোঞ্জেলসু তারক্লে।

অশুম্না প্রকৃতিগী লৈকোনদা উপাল রাপাল, হৈপাল-লৈপাল অমদি চেক্লাশিংনা তাইবং মপুবু নীংশিংহুনা মোমোন নোক্লকলবা অসিদা মী ওইনা পোক্লবা ঐখোয়গী থম্মোয়দদি করিগী অনৌবা রাখল চোংদনীংঙাই লৈবগে? থোইদোক্লস্সু যৌবন্না মপুং ফারক্লবা শাবী-শানোশিংনস্সু হেল্লিবনি।

লমদা থাগী পুর্ণিমা হুমিংকী অয়ুক্নী। হুমিৎনা নোংপোক থংবা চীং মরুমদগী তরং তরং হুন্দোরক্লে। উচেক-রায়াশিংনা মকোন থাদোকতুনা লৌবুক লঙ্গাং তম্না চীঙ্গাক থিবা গাইখোক্লরক্লে। অয়ুক্নী অচিকপা থুগাইহুনা উচেকশিংনা 'জে,জে' খোংলকপা অসিদা শঙ্গোন্দগী যম্বী যম্নাউশিংস্সু লৈরক খুল্লক্কগী পরেং পরেং লৌবুক তম্নকলে ইখোল অমস্সুং লম্বী সরক মতাইদা হৌবা কুরাও, হৈনৌ, কৌবুলিয়া পাম্বীশিংগী মপালদা লৈহি মুন্নবা খোইনিঙ, চোংঙা অঙৌবী, মোংবনচিংবা উচেকশিংগী খোঞ্জেলনা জে, জে লাউরকলে। মরক মরক্তা হুংশিংনা অমু-মূক হুম্নকপদা উনা রানানা জায় জায় লাউনা মখোল থোক্লি! মখোক শোল্লবা উনানা উবক রারক ফাওহনা লৈমায়'থক্তা তারক্লি॥

অসিগুম্বা অয়ুক্নী মতমসিদা অঙাংশিংস্সু ফমুংদগী ফন-ফন চোংথরক্তুনা য়াওশংগী লাই খূরুম্বা চৎকনি হায়নরক্লে। য়াওশং শারিবা হুপামচাশিংনা চাক চানবগী চেং, হরাই থায়নবগী খোনজেলনা লৈরক খুল্লক্তা রা রা লাউরক্লে। থরনা লাও খোংহুনা অমগা অমগা লক তান্নরক্লে। ঙাইহাক্তংগী মহুংদা মায়কৈ

খুদিংমক্তা পুন্নিন নিনগ্রে ॥ অহলশিংনা লমজাউ সরক মতাইদা ফমহনা অয়ুক্কী হুংশা য়াইরবনা রারি-রাতাই শানরি। অঙাং-শিংনা অরাবা রাখল য়াওদনা য়াওশংগীদমক চেন-চোংবা উরগা হৌখিবা পুন্সিগী ঈচেনবু ময়েক শেংনা নিংশিংলি। অহুগা মখোয়গী রাখলসু ইনৌ নৌথোকলি।

হুপামচাশিংদা নত্তনা হুপীমচাশিংসু 'গারোক মহাদেব' খুরুম্বা চংকনি হায়রবনা পুত্রী তুরেলশিংদা চেংহি শমবাল লাংনরক্লে। চরাংপাৎ লমদম্বু ফাওহনা চেল্লিবা পিক্লবা অরোঙ তুরেলগী মরিন্দ অসুম কাখংপিরক্লবদি মহৌশাগী নিংথিজরবা পুত্রী অমা চীংয়া ওইরপ্লা লৈবা উবিগনি। হায়রিবা চীংয়াগী পুত্রী অসিদা সুরনিমালা কৌবী হুপীমচা অমগা মনাওন্নুপী বিনাসখী অমসুং মতা মল্লিকাগা লোয়ননা চেংহি শম্বাল লাংলি। মখোয়না ঈরুজরিবসিগী মনাক্তা বিহুর কৌবা পাখং অমা কল্লা চাইবা লাক্লরি। মহাক সুরনিমালাবু য়াম্না পামক্লবা পাখংনি। মহাক সুরনিমালাবু লাই খুরুম্বা চংলুসি হায়না হৌবা লাকপসি নোংঙাল্লিরিঙৈদগীনি।

থৌরাং পুন্নমক লোইনরবনা পাখং লৈশাবীশিং সোরোক তন্না থোক্লরকলে। নিঙাই চাউবা অঙাংনা "ঐদি পৈশা য়াম-দে, ঐগীদি ফুরিৎ খোংগ্রাও ফজদে" হায়বনা কপ্প কপ্পহনা লাই খুরুম্বা চংনরি।

হন্দক্কী য়াওশং মৈ থাবা হুমিংসি নোংমাইজিং হুমিংতা থোকই; মহাদেব খুরুম্বগীদমক্তদি মহৈ য়াম্না চাউই হায়নহনা

অঙাংদগী হৌনা মৌনহা, মৌয়ায়, মৌ হনুবী ফাওবা গারোক মহাদেব খুরুম্বা চৎনরক্লে। গোরোকসি চিৎনা-চাইনবা য়াখিদ্রে। লৌবুক শমত্তুনা চৎপা কয়া অমা য়াওনরক্লে। মখোয়গী মরক্তা সুরনিমালাসু মতাশিংগা লোয়ননা য়েন্দায় থন্না লৈ হাপতুনা মহাদেবনা লৈরিবা চীং তম্না খোঙশাল্লকলে।

---

# পাখং অমা।

লাই খুরুম্বা চৎনবগী খোঞ্জেলনা মায়কৈ অয়াম্বদা নিল খোংলল্লবা মতমসিদা 'বসন্ত' কৌবা পাখং অমদি বি,এ, তরোয়বা পরিক্ষা থানবগীদমক লাইরিক শঙগী চৌকিদা ফমত্তুনা লাইরিক পারি। লৈকাইগী অহল অমসু হিদাক থক্ল থক্লত্তুনা মাগী মপাবুংগা মাঙ্গোন্দা রারী শানরি। মমা চাউবীনা খাংগী ফি শারি। মনাও নুপা রাঘুনা শুমাং মচী অমদা সাইকল শেংদোকলি।

বসন্তনা ঙাইহাক লাইরিক পাবা লেপ্লিদৈঙদা হুংশিরবা মাইক্কী খোঞ্জেল অমা তাব্রকলে। ঈশৈহু তারগা লাইরিক্কু

খর ইম্থোক্লগা টেবলদা তবলা খৎলক্লে। মপান্দগী মপাবুংনা মহু উরম্বনা "ইচাদি পুং য়ৈবগা য়াম্না হৈরিপোৎনিনা, পুংলা ঈশৈরা অমা চৎথরোদনা" হেক হায়রকই। বসন্তনা নোকমি নোকমি তৌরগা লাইরিক্তা মুন্না য়েংই। মপাবুংগী ৱারী শান-রিবা অহলহুনা হিদাকপুগহু থম্লগা মখুৎনা মখুউ অনিহু পূল্লগা হায়রকই "তোকথোকহল্লুনেহে, কান্নপোন্তুনে। ওইস্নু ওইরোই-দৌবদা। পৈশা চঙনা চঙনা তম্বাল্লগা থবক ফংদহুনা কয়া মাঙনরে। বিয়েৎ, য়েমেনা (লান্না) ৱাই চাইরক্লবা অসিদা করিবু তৌনগনো। হয়েং তলব চারক্লগা মমা মপা হুন্তোকতুনা হেক মচৎখি।

সাইকল শেংদোকলিবা মনাও রাঘুনা মরক থৎহুনা "অহুনি খুড়া! এখায়স্না মহু খঙহুনা তোকচহৌরবনি" হায়রকই। বসন্তনা মনাওদা "ফুনীংই হন্তো! নংবু লাইরিক তম্লিৱৈদা নোংমতা লাইরিক পাব্রনে? ওইবা য়াদহুনা তোকথোকগ্রগা।" রাঘুহু ইখি-খিগৎলগা ফদি মচেৎনা সাইকলদা ফৎ-ফৎ কল্লি।

বসন্তনা থোঙজাওরোমদা মমায় ওন্থোরক্লগা অহলহুদা হায়রকই "খুড়া, হোৎপু-হোৎনরবদি করিগীস্নু ওইথোক্তগনোদা হোৎনবগী মথা পোনবা ঙাক্তনি। চাওখৎলবা দেশ কয়ানা হোৎনবগী মপান্দগী থাবু মশীং য়াম্না কাবা তান্নরি।"

থা কাবা হায়বা ৱাফমসিদা অহলহুনা ইফিং-ফিংনা— "করি হায়বা ইবো? মীনবু থা কায় হায়বা? ওন্থোক-ওন-থোকপা ৱা ঙাক্তা হায়দকো।" শকফমগহু হোংলগা হায়রকপনি।

অহলত্নগী মওংতদা বসন্ত মথনতা শোঞ্জরকই "মসি অহল-সিদি জাংতা অমনিদনা। ফবু ফুদোইনা।" অস্নুম্না শোল্লগা মচিনদদি থোক্কে। ইথক্কী অহলগা মান্নবা ফত্তে; অত্নগীস্ মথক্তা মথনতা পোকপা পুন্সি। মথনতা লমজীংজবা হায়বাস মহাপুরুষশিংগী মথৌনি। মসিনা মরম ওইত্নুনা বসন্তস্ মথন্তগী ৱাখল্লা মথনতবু লমজীংজবা পামজে। মরম অত্নুনা তুমিননা ৱাখল থন্দুনা লৈবা ঙাখি।

মচানা রা ঙাংখিদবা অত্নদা ফি শরিবী মমানা মচাবু কৌরত্নুনা হায়রকই, "নুপামচা! নং খুড়ানা ঙমহনখিবা য়াদে।" বসন্তনা—"ইমা, কাম্নপোংনক্তো" হায়রকই।

অস্নুম্না ঙাংনরিঙৈ মতমসিদা রাঘুগী মমান্নবা, মহাকুন্বা কাঙলুপ অমা থোঙ্গানদগী হৌনা "রাঘু, রাঘু" কৌরত্নুনা গ্রুং গ্রুং চংলকলে। বসন্তনা লাইরিক পারিবা কাসিগী দাড়ীদা মথোঙ নেৎলগা সাইকল থম্না, থোঙজিন পায়বনচিংবা তৌররে। থরনা মনুংদা চংলগা ফক্লাংদা থেংলিব ফিলম ষ্টারগী ফোটো মরু ওইনা হেরোনিগত্নু য়েংলগা মথজাইদা খুজিন্না শিকপানচিংবা ঈশৈ শরুগা মনীং হুৎ হুৎ লৈবনচিংবা তৌররে। বসন্তনা য়েংথোরকপদা ময়ামত্নু উবদা মিত্নুন-থাউনগা ইপা পাথংগ্রে। হায়রকই "তুমিন্না ফমসি।"

ময়ামত্নুগী মরক্তগী অমনা—"তা বসন! এল অমত্তা ইবিয়ুব।" হায়রকই। বসন্তনা—"কৈদৌবগী লেটরনোনে" হংলকই খুমল্লকই—"জিদা থানবা।" বসন্তনা—"কনাগী লৈশাবীদা

থানবনো ? ঐহাক চিঠি ইবগা হৈতেদা।" অমনা খোঞ্জেল হৌনা হায়রকই "মীনদি তা বসন্না ইবা চিঠিসি য়াম্না ফজৈ রাহৈ রাতাগন্থু লৈশাবীনা পাবদা হেক্তা থম্মোয় শুজাংলি, য়ারক- কদোবোই হেক্তা নিংই হায়নৈদা।" বসনতনা "খর তপ্পা ঙাংউনে ঐখোয় ইমাহোয় তাখিনি" হায়রগা মথা তারকই "ঐদি ঙসি ফাওবদা লৈশাবী অমত্তা নুংশিনদ্রি। চিঠি ইবা হৈতে। অদুগা নশা নশানা ননীং তৌনা কোয়রিবন্থুবু কৈদোবগী চিঠি থানদোইবনো ?" অমনা "অদু ওইরবস্‌ ইদা-ইশিযুনে। লৈশাবী মনাক য়োরগা হায়গে নীংবন্থু হেক্তা কাউথোকইনে। চিঠিদা হায়থ্রবদি ফরেদনা।"

চৈরক অদিদা বসন্তগা লুনা তিন্নবা বিমোনসু খোঞ্জাল- লোমদগী প্রপ প্রপ চংলক্তুনা শুমাং ময়ায়দা লেপ্লরে। চাউবীনা কৌরন্থুনা হায়রকই "ইবুংঙো বিমোন ! লাকইব্রা ? বসন্ত লাইরিক শংদা লৈবনি।" বসন্তগী মপানা "ইচাগী ফিদা পুথোরকউদনা হায়রকপদা ফি শাগরঙ্গদগী হৌগংলগা ইমুংদগী ফিদা লৌথোক- লুরগা বিমোনবু ফমহল্লে। অদুগা মচাবু মী লাক্লি হায়না কৌথোরক্লে।

বসন্ত চেন্থোরল্লগা "মরুপ ! চংথোকলুসিরা, ঙাইহাকতা ঙাইবিথো" হায়রম্লগা থোরাং তৌখ্রে। রাঘুদি শেম-শাবা লোইরন্থুনা সাইকল পায়রগা মমান্নবশিংবু কৌথোরকই। কা মনুংদগী মরী মরী থোব্রকপা উবদা বিমোন্না "ময়াম্বু কদায় কদায় য়ৌবিদৌনে।" হংলকই। খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা 'রাঙ্কিং' হায়রকই।

অহুক য়ন্না শাজেন চাউবা নত্তবনা বসন্তস্থু থৌরাং লোই-রবুনা মমাগী মনাক্তা লেপ্লরে। রাঘুনা সাইকল পুথিবা উবদা হংলকই, “গাড়ীহু নংনা পুররা ?” রাঘুনা “পুরে। ঙসিদি প্রো-গ্রামস্থ য়াম্না কুণ্ডখ্রে” হায়রকই। মাঙ্গালদা হল্লিবা অহল-শিংনা “মসি অঙাংসিনা তৌরিবসি” হায়নহুনা নোকলকই। বসন্তনা “কৈ অদুদি ! ঐগীদি ভেম্পা ওইনা লৈগনি” হায়না ফাগি তৌরকই। মমানা হায়রকই, “ইচাগীদি ভেম্পগা নত্তে, কারস্থু লৈবিগনি। লাইরিক্তা কল্লা তস্মু।” অঙাং ওইরিবৈদা পাখোন শীবদা কৈক্রো পীগেগা হায়বহু নীংশিংলক্লুনা নোকমি নোকমি তৌরকই।

রাঘুনা শঙ্গোয় মচীন্দগী হায়রকই “ভেম্পাদি ঐগীস্থ লৈদোয়নিনা।” মপানা মঙোন্দা মায় ওনশিল্লগা “উম ! হরাও কুম্মৈগী হিসাব পাহুনতা লৈরবা, হৌদোং অনি চিক্লবা কাওবা চিংথদ্রবা নংগুম্বদি নীংবা য়াম্না থুংগনি। অচিক অকোম য়েংলগা অমা হেক লাকউচো।” রা অসি তাবদা খুম্নিংঙাই লৈত্রবা রাঘুনা সাইকল ইম্থোক্লগা থোকখ্রে। লৈকইগী খুড়া অহুস্থ মতাং অসিদদি থরায় য়াওনা নোকই। ফম্বা পেল্লহুনা রাঘু-হোয়গা তুংথা মাংথা থোকখ্রে। অহুগা অমুকস্থ হায়রকই— “নখোয়গীসিদি পার্টি শুরেদনা।”

বসন্তনা মমাগী মনাক্তা লেপ্লম্বদগী “ইমা ! পৈশা থজিক্তা পীয়ুবা” হায়রকই। মমানা খোঞ্জেল থোংনা হায়রকই “কয়াম য়াম্বা পৈশানো ? মোনপাক মথাদা শেঙ্গাও লৈরমগনি লোথোক-লুচো, ঐ হৌগৎনিংদ্রে।”

মমানা লুপা অমা "সে, সে" হায়তুনা পীরকপদা বসন্তনা তরাম তরাম্না লৌশিল্লগা ফুরিৎথাওদা হাপচিনখ্রে।

বিমোন কৌবা পাখংবা ঙসাইদগী তুমিন্না ফমদুনা, ইমুংতুদা ঙাঙনা শরুরিবা ময়ামত্ত তারগা, বসন্তগী মমানা লুপা অমখক্তং পীবদা মরুপ্পা হরাওন, লৌশিনখিবা অদুদা মহাক্না খন্না হৌরকই, "মচা পাখং অমনা কুম্মে অমা চৎপবু, শেল অমুক য়াম্না পায়রীবসিবু লুপা অমখক্তমক পী। করিগুম্বা হোরেন লৈ-শাবীনগা পোৎ চৈ লৈয়্নগা হায়রবদি চোপ্তনা তোক্লরনি" অসি খল্লগা মথনতা নোকথোরক্লে। অদুগা মখা তারকই, "ইমুংগী চৈ শিংবী তুপী হায়বিসিদি অসি ওইরে; মসিমক্না মহোয় ইমুংসি তুংঙাইবজাৎনি।" র থনশিংশি খনবা লোইরকপদা বসন্তনা—"মরুপ হৌগৎলসি" হায়রক্তুনা মাঙোন্দগী কুমথমিন্নখ্রে।

মমানা পাংঙনদেম হুল্লগা তেম য়ৈশিনগনি কাউবগুম— "ইচা অনি অসি মশক্না মশক ফজরিবা, তিন্নবদা পকচৈদকো। করম করম থোক্লগবা" হায়না শোলহৌই।

— —

# গারোক মহাদেব।

মরুপ অনিসু 'গারোক মহাদেব' খুরুমজুসি হায়নতনা চীংয়াগী লম্পীদা লাক্লি। মখোয অনিনা চীংখোঙ যৌশিল্লকপা খোঙথাং খুদিংগী চীংশাং পরেংনা থাক থাক অসুম রাংখৎখ্রি। মখোয়না উরে— বসন্ত ঋতু হৌগৎলকপগী হৌনবা —চীংখোঙ-চীংয়া, অনকপা, অরাপ্পা মফম খুদিংমক্তা নৌনা য়েন্নীং হুল্লক্লবা পাম্বীশিংনা চীংমায়দা হৌরি। চীংয়াদা ঙা থেংনা চৎলিবা শোরেঙ্কী নাকল অনিমক্তা নীংথিনা শেম শা রবা হৈকোল লৈকোনগুম্না — কুঞ্জো, কৈজামপেং পাম্বীশিংনা নীংথিজনা হৌরি। চীংথক্তা য়েংখৎখিবদসু— ইঙৌ ঙৌনা শাৎলিবা কুঞ্জো পাম্বীনা মথক্কী লৈতেং ওইরি। চীং লম্বীশিংনা থেক্লা খোয়না কাখৎখিদুনা অশোংবা মরক্তা মাংখ্রি। চীংথারোমদা পাক্লা শন্দে কখ্রিবা লৌবুক লন্নাংলোমদা য়েংথোরকপদা মখোয়না উরে— কুমগী লৌ লোকপোকখ্রব। পাল্লবা লৌবুক্লা ইচিক চিক্লি। মরুভুমিগী লমদমদা মায়া মরিচকানা

মীওইবগী থম্মোয় শুম্মাৎপবগুম, লিক লিক লাওনা শিৎলীবা লমদাগী মুংশিংনা মরুপ অনিগী থম্মোয় শুম্মাংলি ; লিক লিক লাউনা শিংলিবা মুংশিং মরক্তা কাওরেন যন্না শজিক চাবদি —উপুং মচা মচা খিনবগুম উরি। শম্বর রেবগী দর্শন ফংহৌ-ররোয় হায়বগী মতাগুম অঙাংশিংনা লৌরীদা চেল্লকপদি, লাপ্পা য়েংবদা— উথক্তা ককচেং লমজেন তাল্লবকুম উরি। লমদম তান্না য়েংথোকখিবদসু চীংগী অমসুং খুঙ্গংগী উ-রাশিংবু লৈচিন নোংফাইনা পানা কুপখ্রি। মরুপ অনিনা অসুম চৎখিবদা য়াই-রিপোক অমসুং চরাংপাং লমদমদগী লাকপা শোরোক্না অমৎতা ওইনা তাইশিল্লখিছনা, রাংলবা গারোক চীংশাং ফাওহনা নোং-পোক সেকমাই পাংনা হাইক্তিনখ্রিবা মফমদু য়োবদসু উরে— সেকমাইরোমদা চঙখ্রিবা শোরোককী নাকন অনিমক্তা শংবান্ন-রব চীংনা ঙমখৈ ওইখ্রি, চীয়া পরেংদা মঙ্গে, হৈনৌ, থোং-নাং পাম্বী কয়না পুরেং ওইনা হৌখ্রি। য়েংবদা কয়াদা ফওখ্রবা! দৃশ্যশিনা পাখং অনিগী লুপ্লিং হকচাং ইনৌ নৌথোকই।

গারোক মহাদেব চীংশাংগী নোংচুপ থংবা চীংশারোমদা ঙমথখ্রিবা অদোমদা কুমথরকপদা মখোয় অনিগী মাঙ ওইরপ্পা পাখং লৈশাবীগী কাঙবু অমা চৎপা উরে। মখোয়গী মনুংদা ঘনা কৌবা পাখং অমনা মরুপ অনিবু চৎমিল্লসি হায়তনা কৌ-শিল্লক্লে। পাখং লৈশাবী ওায়বসি চিংশিল্লবগী শক্তি অমা য়াওরি। অমনা অমবু থঙনাীংবগুম তৌনৈ। মসিগা চান্নবা

ওইনা ঘননগা কৌশিন্নবপ: অদুদা মথোয় অনিনা লৈশাবীশিং-হুসু মশক থঙগে হায়দুনা খোঙগাং খজিকং হাপকংলকই। ঘনা নওনা মতুদা য়াওরীবা মীওইশিংদি— বিদ্বর কৌবা, সুর-নিমালাবু নোং ঙানখ্রিবৈদগী হৌবা লাকপা পাথং অদুগা রাঘু অমসুং মাগী মরুপাশিং। মুপী মচাশিংদি — সুরনিমালা য়াওনা মনাও মুপী বিনাশথি, মতা মাল্লিকা অমসুং মমান্নবী থরনি।

বসন্তনা ময়ামগী মনাক য়ৌরকপদা হাঘুনা— "হায়স, ঐ-খোয় তামো য়ৌশিল্লক্লে" হায়রম্লগা মাম্নকৈ অমরোমদা শামায় লৈখ্রে। মতুদা ময়ামদুনা রা লাওনা নোকহৌই। মরুপ অনিদবু ওইরব্রা খল্লদুনা হাইফেৎ ইকায়বা পোকই। অদুবু ইকায়দবগুম চঙশিল্লকুনা ঘনগা কৌনফম থোকপা কৌনখ্রে।

লৈশাবীশিংগী মরকতগী অমনা ফিজী মরুমদগী লোম্না লোন্না বসন্তদা য়েংলক্লগা মখোঙ থাংফম খংদবগুম তৌরি। মদো লৈরাং লক্কগী অথোয়বী সুরনিমালানি। মুপী মচা অসিগী শবান মুত্তিদি— তোঙ্গানৈ, চেংতক তৌবা খাঙদা গুলাব অঙাংবগী ফনেক শেংলি; চোম্না ইল্লিবা ইন্নফি অঙৌবা মচিন্দগী লিৎথরকপা মুরবা শমদোম্না নীংথৌ হেন্থনা জারি। মায়থোং-তবু হায়রগা— থম্বাল লৈকাগী মওং হাইফেৎ মান্না য়াংতুনা শেম্বা মায়নি। অমকপা লৈতবা লাইবক্কী নাকন অনিমক্তা হুম্লি পানবা থাজগী শকফমদা মুনা কেল্লবা পিগুম অনিদুগী মথাদা তরু-তরু পাঙলিবা হুংশিরবা মিৎস্না অনিহুনা চিক্না ঈংনা

য়েংথোরকপদা করম্বা পাখংগী থম্মোয়দা হুংশিবগী ঈথক হৌ-রোয়দগে ? শঙলুদনা তঙাংলবা খজায়গী ওই থংবা চায়রুংদা নমলুদনা অপিকপা শমক্রু অমসু থুংলি, শমক্রু অসিনা কদায় ফাওবা রাশি হাপ্লগে হায়ববু— নোংঙাল্লমদায়দা থোকপা শজিক্রা, নোংঙাল্লমদায়গী অতিয়াবু ফজবা হেনকৎহলবগুম, পি-ক্লবা হুজাগী শমক্রু অসিনা মায়থোং থাজ পুন্নমকপু রাশি হাপ্লি। ফজবা শকপু উরগা মিতাদবা কনা লৈ ? বসন্তনা মমাংগী হুমিৎশিংদা লৈশাবীনা য়েংলকপসি থোইদোক্লা খন্নরুবা লৈতে। অদুবু ঙসিদ সুরনিমালাগী মায়থোং থাজা মখী, খোইথোয়বা মিৎচিনা ফিজি মরুমদগী হুদুনা য়েংথোরকপদা মাগী থম্মোয়দা অপাম-হুংশি ইথক অমা হৌরকই অমসুং য়াই থারবা লাইজহুংগী লেম্লেগুম তৌই, ইপঙ পংশিনখ্রে। হুপী-মচা অসে মায় শোন্বীসু ওইরমানে, বসন্তগা য়েংনবদা মায় হুৎ হুৎ লৈরি। মায় শোন্বী ওইদুনসু মতমগী ঈচেল য়োঁশিল-লকলবা মরম্না হায়বা ইন্দ্রবা মমিৎনা লোন্না লোন্না য়েংলকপদি তোক্তে। বসন্তনা মথন্তা শোল্লকই "ওন্থোক্লসু ফজখ্রে, পামখ্রেদা। মহাকসিবু মতম অমদা ঐথোয় ইমাগা লুনা তিন্নবী অমনা ঐ-থোয়দগা পুরক্কুনা শান্নমিন্নবদা ঐহাক্লা ঐগী হুপী ওইদোইনিগা-ইনা ইমুংদা চিংশিন্বদা মহাক্লা কপ্লদুনা মমাগী মনাক্তগা চেন-শিনখিবা অতগী হুপীমচাদু নত্রনে ? হৌজিক্তি লৈশাবী ফারম-লেদো। মতমদু খল্লুরগা ইকায়খ্রেদা। ঈশ্বর ইবুংঙো ! মহাক-অসিবু ঐগী হুপী ওইনগা-তম্বীরম্লবদি পোকপগী মহৈ য়াম্লেদকো।"

অস্নুম্না শোল্লগা বর নিথোকখ্রে। সুরনিমালানা লোন্না অমুক্তং য়েংলম্লগা শোল্লকই, "পাখং অসিবু কনানোনে ? ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ইমাগা মতা শান্নবী অমগী মমুমদা পুবদা ইবান্নি লাইথিগা শান্নমিন্নখিবা অহু নত্রনে ? হৌজিক্তি পাখং ফারম-লেদো। ঈশ্বর ইবুংঙো! মহাক্না থুংনহনবিয়ু।" মথন্তা অসি শোল্লগা লাইফম য়ৌদ্রিঙৈদা বর নিখ্রে। চীংয়াদা চৎনা চৎনা চীংগী কুণ্ডো অশাংপা হেক্লগা তুংশিগী লংলাদা লেং-তুনা বসন্তদা তুকখ্রে; য়েন্দায়দগী লৈবা মাকোক্তা চাইখৎখ্রে।

মিৎনা মরোল লোন্নে, থম্মোয়দা শোন্নে হায়বদা মঙায়রে। রা মচেৎ অমত্তদি ঙাংনদ্রে। তুংশিত্রা তুংশিদত্রা হংনবদা তাকায়বা করিস্নু লৈতে। মশক ফজবা থীবা খায়দনা ঈশ্বরনা শরুক য়েল্লমই। শকথীবা ঐগুম্বদা য়েংলব্রবস্নু থীমন্বা শকসিদা অহোয়নবা অমগা লোয়ননা য়েংনীংদুনা য়েংলক্লিত্রা, নত্রগা তুংশি চাওবী কনাগুম্বী ওইরমতুনা লৈশাবী অমত্তনা তুংশিবি-দ্রমানে থন্দুনা থম্মোয় শেংনা তুংশিতুনবু য়েংলক্লিবা মিৎয়েংবা নত্রগা শকশু খিরবা ঐগুম্বনা জুৎ-মেন চান্দবা ফিজোন ঙাক্তা পাশিন্বসিদা নোক্লিংবা অমা য়াওতুনা য়েংলকইত্রা ? অতুস্নু নত্রগা মশক মতৌ ফজবগা তুংশিনরম্বদগী তুন্দে কপীরমতুনা —**হস্তমুক্তি** থীবা ফজবা খায়দনা অমদা হেক্তমক মরৈরগে খল্লদুনা য়েংলক্লিবা মিৎয়েংলা— পুন্নমক খন্নবা য়াবা রাফাম্ন। মশক মতৌ ফজবা বসন্তসু হংকম থোকই মরমদি— ফজবদা য়েংলকপা মিৎয়েংতনা অশেংবা তুংশিবা নত্তে। মতাং অসিদদি

মীমাঙ পোমাঙ নাইবনা অকায়বা ওইরে। মহাক্না খল্লকই, "অসুক ফজবী ৎপী মচাসিগী মখোন মরাহৈ অমত্তা তাদনা হল্লগদ্রনে।" হায়রকই, "ময়াম্না লাই খুরুম্বা চৎনরিবা অসিবু করি করি বর নিদোইবনো?" সুরনিমালানা তাল চারে খন্দুনা মিহুন পিং পিং লাউনা করি পাওথুম পীসগে হায়না খঞ্জরিডৈদা মনাও মুপীনা— "পাখংসু বর নিবরো?" হেক হায়দোকখ্রে। সুরনিমালানা— "অঙাং মতিক নত্তনা, মসি অঙাংসিমা" শোল্লহুনা তুমিন্না লৈখ্রে। বিনাসখীনদা ঙাঙবা ঙাইরিবা ঘননা—"পাথংদি বর নিহেদ্রা" হংলকই।

হস্তমুক্তি বসন্তনা খুম্মক্লসনু হায়রগী মওংগুম মুংশিরবা মিংসু অনিহনা হুহনা য়েংলকলগা সুরনিমালানা হংলকই, "পাখংবু করি বর নিবগে?" তাল চারে খন্দুনা বসন্তনা— "ঐদি মহাদেবদা করিগুম্বী অমৎতা নিজগে লাকচবনি।" অসি হায়রকপদা সুরনিমালানা বসন্তদা নোকফেৎ তৌরগা হংলকই, "করি বর নিবিদোইবনো?" কুণ্ডো পরেংবু ঙমজবী য়াতহু শঙলুদনা ঙাংলবা পারপ তৌরবী চীনবান অনিহু হাইফেৎতং কাংথোক্লগা হায়রকপা ব্রাহৈদা বসন্ত জ্ঞান মাঙহনা খুদি হেক থীজল্লী। খুদি থীজল্লিডৈ চৈরক্তুদা— "হোরেন হায়জগে" খুমলকই।

মখোয় অনি ব্রাহৈ খজিক্তুং হায়নখিবা অহুদা বিহুরনা মথরাই মুংঙাইক্রহুনা মথন্তা ঈশৈবু শকপনে, মগী মরুপশিংদা রারীবু লউনা শাবনে, অমুক্তোহবা চীংয়াদু পুম্নিন নিনখ্রে।

মরিং য়েনবা খোম্থাং শুবনা প্রজেক্ট য়েনবদা মশা থাদরগা, লাউ-খোংহুনা শীংবত্ত ভায়খ্রে। মহাক্কী মওং অসিগা, বসন্তনা খুদি থীজল্লফাও রা ভাংবা লেপখিদবা অদুগা —অনিসি পুনখিহুনা ময়ামহু থিক থিক অসুম নোক্লম্বদগী খাঙবা ওয়রক্তৃতনা অমুক্তং পোকখায়হুনা ৱা লাউনা নোকখিববু লৌবুক লন্মাং, উরক ৱা-রক্তা চ ক্তরম্বা উচেকশিংনা খংপ্রেক খংহুনা ফজ্রং লাউনা পাই-খৎলকতুনা, খোঙ্গেল অমত্তদা থক থক নিরু। চীং রাংমা লান্না অসুম অসুম তাল্লখি। অসোম ৱাংমদা চৎপা মীওইনা কদায়-দনো, কদায়দনো হংনরকই।

বসন্তগা থোকমীন্নরকপা, বিমোন হায়বহুদি রা ভাঙদবগুম তৌই। মহাকতুনা কমদৌরিবা? মাসু পাখনি; লৈশ.বী হুংশিনবা হৈ। অহুগা রাহৈ অমত্তংফাও হায়দবা করিগীনো? সুরনিমালাথে য়গা লাকমীন্নবী, মল্লিকা কৌবীহু মহাক্কী হুংশি-বিনি। মখোয় অনিদি লৌন লৈনসি হায়নহুনা রাশরুথ্রবনি। হুংশিনরবা মখোয় অনিদি মী ময়ামগী মমাংদা রারী খক শারোই। করিগীনো হায়ববু হুংশিব. হায়বসে তাঙনা ফংবা মরম্না তাঙনা ফংবা মতমদা রারী শান্নে। ময়াম মমাংদা হৌদোকলুরবদি অকায়বা লাক্তুনা হুংশিবা মী অহুনা মিয়েং কারন লান্দুনা চৎখিবা য়াই। হুংশিনরম্বদগী মিয়েং কারন চন্নথ্রবদি কায়নবগী মরু হুল্লকই। মসিনা মরম ওইহুনা বিমোন অমসুং মল্লিকানা রা ভাঙনদবনি।

হয়াও-হুংভাই রারী শানা গারোক মহাদেবগী চীংখোঙ

য়োশিল্লক্লে । লম-লম অয়াম্বদগী অঙাংদগী হৌনা পাখং-লৈশাবী ইচেম ইন্দোনশিংনা মক্ষম অসিদা ক্রিক-ক্রিক ইন্নরমলে । চীংখোংঙসিদা লুকমায় ফম্বীনা কয়ানী । অঙাংশিংনা মচে মমা ওইবীশিংদা, "কবোক লৈবিয়ু, শিংজু বোরা লৈবিয়ু, হুই-শেন লৈবিয়ু, খুজি লৈবিয়ু" হায়দুনা নিঙাই তৌবনা ভারি অমনি । লুকমায় ফম্বীগী শিংজু চারুবদা মোরোক শারংনা কপ্পনা অঙাং কয়ানি । লৈশাবীশিংনা মচী মচীদা চিবোন ২ রারী শান্নবস্থ য়াওরী । হুপা মচাশিংনা আবের তৈরুবদা তান্নরক্লুনা মীরক্তা চেনশিনখিবনা কোতো অমনি । অসিগুম্বা কয়া অসিনা চীংখোঙ অসি কৈথেল অচৌবা অমা কাবাদোনা ঙুং-ঙুং ঙংখ্রে । মী য়াম্না তিন্দুনা পুন্নিন নিল্লবা অনিদা মচা অমৎতা পোক্কবস্থ য়াওরীমানে । মখোয়দুনা শঙ্গেম ফোলা কংকে লাকপনা কয়ানি ।

মহাদেবনা লৈরিবা মক্ষমত্রদগী অরাং থংবা চীংখোঙদা হৌবা খোংনাং পাম্বীতুগী মনাক্তা লৈবা পুখ্রীদ্র তম্না স্মুরনিমালানা মখোঙ মথুৎ চামথোকচগে হায়দুনা প্রেম-প্রেম লাকচে । তাঞ্জা অসিদা বসন্তনা তুমিন্না ইন্নরক্লগা নুজাগী ফীজি য়াল্লগা —"রা অমত্তা হায়জগেবা" হেক তৌরকই । খংপ্রেক খংলদুনা মায় হুৎ লৈথোরকপদা মখোয় অনিগী মিৎ মরিদু গঙ-গঙ থেংগাই-নখ্রে । হুমাং মরিক মরিক শোনরক্লুনা চপ লেপ্লখ্রে । অনিনা উয়ুংদৌনা পেপ্লিঙৈ চৈরকসিদা মমান্নবীশিংস্থ পুখ্রীরোমদা মরী মরী লাক্লে । অমনা মাংজোননা হায়রকই' "নায়তোম তাবা

সেম্নংনন ঙ্গন্দোক্লখ্রি। ঙসঙ্গীগী লিক লিক লাউনা শিংপা
হুংশিংবা মরাও মরু শজিক চাবরু লৈপুং মচা মচা খিম্বা মান্না,
অঙাংশিংনা নোংখ্রাদা চেল্লকপক্ত উগক্তা ককচেং লমজেন্ন তান্নবা
মানবা, তম্না লৈবা—থৌরাল, ক্ষেত্রি লৈকাই, য়াইরিপোক
চঙাংপাংনচিংব লমশিং অমক্তা ওইনা, চিংচিন নোংফাইনা
কুপ্পাখিরনা মযেক শেংনা উগা ফুংদবা, উবা মবক্তা লৈবা
নুংশিং ফেক্কী শুক্ত হায়বা অঙেবা মুমশিংনা লিক লিক শিংলিবা
হুংশিংবা, খিন্নখিহনা — ঈশিংদা তাবা মখিগুম উবিবা, উরা
শিংনা, ঈশিংবা হৌবা চবাংগুম উবিবা পুম্নমকসিগা লোযননা
স্বরনিমালা থেংনক্লবদগী অপাম হুংশিগী রাখল অমগা ফাওবক
পানে। বসন্ত মপক্লংদা মওল মওল থনখ্রে।

রখল্ মওল্, মওল্ খংদুন চৌংখারোমদা য়েংথরিঙেদা
বিমোন অমস্থং ঘননা মুহাকপু থিরবপদগী চৌংখবসিদা থেংনবে।
বিমোন্না হায়ক্লকই, "ঐখোয়দি মকপু থিবরি, অতুগা মকপ্না
চিদা লৈনম্রে।" বসন্তনা —"ঐস্ত থিযম খঙব্রস্তনা চৌথক্তা
কখঙ্কলক্লপনে।" স্বরনিমালগা মিৎয়েং অমা তৌনখি, মবম
গাড়না মহাক্তুগী মতুং ইন্নখিবদা মখোয়বু হুন্দোকপিবম্বনি
ত্তায়বগী অর্থদা হংলকপনি। মহু খুন্নকুবা অদুদা বিমোন
ম ভান্নবা ইকায়জখি।

স্বরনা খুকমবা শাংখবদি লাইবক্তা শিংদুর নম্নগা মথাদা খুম
ওনখ্রে।, হাচেম ইন্দ্রানাশন করম্বা নোংদা থুংদবা যাওবনো
মিংলুদা প্রেমগী হরা শিন্থনা খুকুম্বস্থ যাওবী। বিমোনগা

মল্লিকাগা, ঘনগা বিনাসখীগা —জুড়া জুড়া চঙতুনা মহাদেবগী খুয়া ফংননবগীদমক থোরাংখ্রে। মখোয়হ উবদা বসন্তনা খল-লকই, "ঐগীদি লাই খুরুম্মিন্ননবা লৈশাবী অমত্তা লৈতেদকো।" অসি খল্লগা মমিংনা স্মরনিমালাবু কোয়না থিঁরকই। মহাক্তুসু মন্দিরদা চঙলমদাইগী কোয়না য়েংলকপদা বসন্তগা থেংগাইনখ্রে। হায়না হায়না লৈনা পিক থল্লবা য়েন্দায়হু য়াল্লগা তপ্পা তপ্পা চঙলক্লে। বসন্তসু তপ্পা ইন্নরক্লে। হায়রকই, "ঈশ্বরদা কং-ননবা লৈ খজিক্তা লৌজগেবা?" মায় পু। ঙমদ্রবনা হোয় মাই হায়রমদনা চঙশিনখ্রে। বসন্তসু ইকায়খাঙ ওইনা চঙশিল-লকতুনা মখোয় অনি খমত্রাংনা লেপমিন্নখ্রে। স্মরনিমালানা — "লৈ হায়বদো সে" হায়তুনা য়েন্দায় থাংজিল্লকই। মখোয় অনিনা য়েন্দায়দগী লৈ খুজোক খুজোক লৌথোক্লুনা মহাদেবগী মথক্তা চাইথংপদা, মহাদেবদু লৈগী মহাদেব ওইখ্রে। স্মরনিমালানা উপ্রাক্তা তুরগা মিংকি পি ঈরা চেন্দুনা— "ঈশ্বর ইবুংঙো! লাইবক থীবি ঐগী ইনাক্তা লেপ্লিবা স্বপাসে পুন্সিগী লেঙদ্রবা উপাল ওইহনবীয়ুকো" হায়না শোল্লগা বর নিরকই। বসন্তনা মমাংগী স্মুমিংশিংদা অসিগুম্বা কুম্মেসি চং-লক্লবসু লাই খুরুমদনা হেক্তা হল্লকই। অদুবু ঙসিদি নীংজবা আশা অমগা লোয়ননা— "ঈশ্বর ইবুংঙো! স্নুপী মচা অসে ঐগী ওইনা থুংহনবীয়ুকো" শোল্লগা বর নিখ্রে। মীওই-বগী রাখন্না চপ য়ুংনা ফংগে থল্লবা পোৎশক নত্রগা মীশক অমা লৈরবদি ঈশ্বর খুরুম্বদা পুক্লিং চঙবা ঙমই। করিগীনো

হায়ববু আশা তৌরিবা পোংশক নত্রগ। মীশক্তু লৈত্রবদি রাখল অরেম্বদা চোইথোক্কুনা পুক্লিং খিংজিনবা য়াদে। বসন্তগা সুরনিমালাগা করিগুম্বী অমত্তা ফোংদোক্লখিদ্রবসু অহানবা উন-বমক্তুদা অপাম-হুংশিগী রাখল পোক্লখিবা মরম্না থম্মোয়হুংদা চেংনা থমজিন্নহুনা মিংতগী পি তানা ঈশ্বর খুরুম্বা ঙন্নে।

মথং মথং হৈ-লৈ, শঙ্গোম, পৈশানচিংবা কংনবদগী ঘনা অমসুং বিনাসখীগী মতাং য়োরকপদা বিনাসখীনা খংপ্রেক খংনা —"হৈমা! ইচে ঐগীদি পৈশা চোংথোকখ্রে" হায়রকই। লাইশতুগী বামোন অমনা হায়রকই, "ইবেম্মা! কৈশু তৌ-রেইদা। মরাইনা থুংনজনিদা" রাতা হুংঙাইবা অহুদা কপলম্বা মীওইসু গা নোকই।

অসুম তৌনরবা মতুংদা পাখং লৈশাবীশিং চীংখাদা কুম-থনরক্কুনা মচী মচীদা রারী শানরক্লে। সুরনিমালানা তুং থংনা কুমথরকপদা বসন্তসু অতুম ইন্নরকই। মহাক্না মখা য়োৌবদা বিমোন্না হায়রকই, "কুমশিদি ঐখোয় মরুপ বসন্তসি লাই কম্না খুকম্লেকো।"

বসন্তনা মিংচিনা হাইফেং সুরনিমাদা য়েংলগা হাইরকই, "মরুপ নীংবা থুংদবা অমা লৈরে, অংদা বর নিজবনে। পীবিগদ্রা পীবিরোইদ্রা হায়বহুদি খঙবা ঙমদ্রে।" বিমোন্না —"ঈশ্বরনা চানবীবা ওইরসনু!"

ঙসাইদগী রা ঙাঙজদগী মল্লিকানা—"তা বসন্তগী নীংবা থুংদবসি ঐনগা মতেং পাংবা য়াবা মতাং ওইরম্লবদি থরায়

হকচাং য়াওনা পাংজনিংখ্রেদকো। ইতা ! মহাক্কী পাংনিংদ্রা ” হায়না সুরনিমালানা ওনশিল্লকপদা বসন্তদা হুন্না য়েংলকই। কিনাসখীনা হায়রকই, “করম্বা নীংবা থুংদবনো ? ময়াম মমাংদা হায়দোকপা য়ারোইদ্রো ?” বসন্তনা “ইবেম্মা ! ময়ামগী মমাংদা হায়দোকপা য়াবা মতাং ওইরমলবদি ঐনা অসুক রারমলোইদবনি। অদুবু মহু থোকখিদ্রে।” ময়াম্না ঙাঙ-শক্কু-নসু সুরনিমালাদি করি অমত্তা ঙাঙখিদ্রে।

রারী রাতাই শান্নরিবৈঙদা বিদুরনা মরি য়েনবাদোনা মথুং-কাহু ফল্লগা আবের খুবাম অমা পায়রদুনা বসন্ত-থারগী মনাক্তা চংলকই ; অদুগা খুপী মচা ময়ামহু অবের তৈবা তৌবকই। “য়াঙশংসু মৈ থাদ্রিবৈনা, য়াঙশংসু মৈ থাদ্রিবৈনা” হায়দুনা কায় কায়দুনা চেনৈ। বিদুরনা তাঙরকপগী চেনবদা সুরনি-মালাগী ইন্নফিহু উয়ুঙ মশাদা পন্দুনা মপান খর শেগাইখ্রে। ওনশিল্লগা হায়রকই, “ফি শেগাইরিবসি করি শারে, য়াঙশং মৈফাও থাদ্রিবৈনা। ইথক ওক থকাচিন্নরদনা।” অসি হায়-রগা, ইকায়বা খংদবা বিদুরনা — “ইবেম্মা ! য়াঙশংনিহে। থিহু শিংথিয়ুরো” হংলগা পৈশা শান্তোরকই। সুরনিমালানা শাউনিংনা হায়রকই,“পৈশাহু কৈগু পামজদে, আবেরদা তৈবিরক্কহু। ফুটানি তৌরগা ফুংশিনৌবোই নীংব্রা ?” অসি হায়রগা ঙঙাং-লবী মমায়হু থম্বক্ম কৈত্রুনা পেরি পেরি তৌরকই অমদুং মমাম্নবীশিংদা — “ময়াম চৎলসিব” হায়রকই। বিদুরগী মওংহু য়েংবা থুংহাইদ্রদুনা বসন্তনা মসিং থানা য়েংই।

তুমিৎ থংজিল্লক্লবদা ময়াম হৌনদুনা খোঙশাল্লরক্লে। গারোক মহাদেবগী চীংখোঙ চীংথক মফম খুদিংমক্তা মী অমত্তা লৈঙ্গৌদ্রে। ঈচিক চিকহৌরে; সূম্নতগী লাইশং অহুতমক উনা মরক্তা লেপ্পুনা লৈহৌরে।



## পেচকারী।

হরিবোল য়াওশং মৈথারে। প্রকৃতি ইমানা মচাশিংদা অহিংগী মতম হৌখ্রে, কোয়ৌ হন্না খোঙশাল্লক্লে; নথোয়সু হৌগংলো তায়তুনা মচাশিংবু হৌদোকপিরক্লে। মচাশিংনা হৌগংলকপদা পেচকারী তুমিৎ ওইরম্লে। ঐখোয়গী খাইদগী চাওরবা কুম্মে অসিদা পুন্সিগী মতাং মতাংদা খল্লকপা রাখল খুদিংমক থবক ওইনা পাংথোক্লরক্লে। অঙনবা অয়ুকসিদা কীর্ত্তন পালা লিংখৎপা ব্রাহ্মন-বৈষ্ণবশিংগী শঙ্গোয়-লুকোয়শিংদা উৎসবকীদমক্তা মরাং ২ তৌনরক্লে। লৈঙাং শেৎপা তুপা তুপীশিংনা ধালোক পারবা, ফিরাল পারবা তৌদুনা "হোরিবোল ২" লাউরদুনা শুমাং অয়াম্বদা ঈশৈ শকতুনা. জগোঈ শাদুনা শ্রীকৃষ্ণ

চৈতন্যগী নাম শোনবা হৌরক্লে। অঙাংশিংসু ফমুংদগী চোংথন-রকতুনা কাংলুক ২ নাইনা, য়ুমথোং খুদিং চংদুনা শেল নিবা হৌনরক্লে। ফুংশিবগী রাখলসু চেনজগ্রিবী ফুপী মচাশিংদা ফুপা মচাশিংনা অবের তৈগদবগী তান্নরকপ্পা খোঞ্জেলনা লৈরক-খুল্লক অপুম্বা রা রা লাউনরক্লে। ফুংশিগী ঈচেল য়ৌশিল্লকলবী ফুরা পাথংশিংসু হায়নখিবা মফম কয়াদা চৎকদবগী শোরক ফুন্না হাই-দোক্লরক্লে। ময়ুম মকৈ পাল্লবা মীওই ফাওবদা অনৌবা রাখল অমমমগা লোয়ননা থোক্লরক্লে। ঙসিদি অতোপ্পা লৈবাকশিংগা মীশিং য়াম্বা তান্নগনি, থোক্লকতবা মী অরুম্বা দগ্তি পিগনি হায়না পাও পিনখিবগুম, মনিপুর অসি ঙসিদি পৃথিবীগী মফুংদা খাইদগী চাওবা সহর অমগুম নিন খোংশ্রে।

অসিগুম্বা মতম অসিদা বসন্তদি লাইব্রিক পারি। মথোং কাখৎলক্লিবা পাখং ওইবনা মপুক্লিং মওল ২ খল্লকই, "ঙরাংগী ফুজাদো ওম্হোক্লা ফুংশিখ্রেদা! মহাকতুবু য়াওশংগা থোক্লমগদ্রা? ঐবু মখোয় অতুরাই ফাওবা চৎশোকউসিরা?" অসুম্না মথন্তা রাহং কয়া হংজখ্রে। অফবা ছাত্র অমা ওইনা ফুংশি ঈচেলবু থিংজরকপনি; অহবু ঙরাং গারোক মহাদেব খুরুম্বা চৎলূব-দগী থিংলিবা পন্দূ কনাগুম্বীগী মিৎচিগী তেন্না থুগায়খ্রে অমসুং তুরেল লাইজ ইনমখায়গুম নমখায়রকতুনা থিংবা ঙমদ্রবা ঈচেলনা ঈথক ঈপোমগা লোয়ননা চেনথরক্লে। সুরনিমালাবু বসন্তনা অহানবা থেংনৎমক্তদা থম্মোয়দা য়াম্না খোয়দারুরে। মথনতা পঙখনতা খনবনদি কান্নরকত্রদুনা—"মরুপ ঘনা হৌরুরগে,

মহাক্কদি কৈরোন লৈকায় ওইনা মুন্না থৎবগুম তৌই।" অসি-মুক থল্লকতুনা ফি-রোল শেৎচিল্লগা থুনা য়ঙনা ঘনগী মন্নুম য়োনা চংথ্রে। মহাকতুদি 'য়াওশং থোকথ্রে' হায়রকতুনা শোরোক্লোমদা অমুক হায়দোরক্লে।

মহক্না উরে— শোরোক্কী লমতুপ অয়াম্বদা স্নুপীমচাশিংনা কাঙলুপ ২ থৌরি থংলি, ফি য়ান্নরি, স্নুপামচাশিংগা আবের তৈনবস্ম য়াওরি। ঙাওবা হনদ্রিবা মকোক তাঙবা অহল ফাওবদা আবের তৈনবগী মাকক অত্তাঙবত্ত পুমঙাং ঙাংলি। অসিগুম্বা কয়াসি মী য়ান্না তিনবা মফম অমদা তুমিন্না য়েংলিঙৈদা ঘনা হায়বদো অবেরনা মকোক্ত শম অঙাংবা হৌবদৌনা তোরগা প্রম প্রম চঙশিল্লক্নগা —মরুপ! কদায় য়ৌবিদোইনো" হংলরে। বসন্তনা —"মরুপ ময়ামগী কুমৈসি য়েংবা থোকচরকপনে।"

ঘনা— "অত্থুদি অশ্বায়ফাও অস্নুম চংথে কল্লুসে।" বসন্তনা— "ফনি মরুপ" হায়দুনা মথোয় অনি স্নুরনিমালথোয়গী শোরোক মাপা তম্না থোঙশাল্লক্লে। ইশাং শাংদনা শোরোক্কী মফম অয়াম্বদা অঙাংশিংনা "পৈশা পীয়ু" হায়দুনা থৌরী থংপা, ফি য়াম্বনচিংবা ময়াম অদুনা মরুপ অনি থুনা চংপা য় খিদে। মত্থ পুন্নমক ঘননা—"হোরেন পীগে, ঐথায় শোয়দনা হল্লকখিনি, অশ্বাফ ওদনি, গোরেন লৈরম্মু" গাইনা হায়জিন্দুনা নাম্বোকপা য়াবা নাম্বোরক্লে। ওইদবা থর থেংনরবা

অঙাংশিংনদি কৌশিঙ্করিনী, ভৌশিংনিনী" হায়দুনা নমতং। পৈশা লৌহৈ ই।

অদুম্না ঘনাগী কদরনা লৈশাবী কাংকুপ থরম্নু পৈশা পী বেগ পীনবোয় তৌরগা হেন্থেদক্লে। মমগংদদি পাক হেক হেন্থোকতুনা চংপ য়নে ইদোবা কাবু অমা মথোয অনিগী মমাংদা লৈবা উরে। হায়রিবা কাংলুপ অসিদি পুকক চাউরবীদগীনা হাইফেং বুইনা লৈশানক্লবীক ও য় ওনে। লুপা মনাগ হেনবী, ইকাযথীনী জাং শুরে। লৈশানী শং অসিনা বসন্ত অমম্নুং ঘনা তম্না যেংলকপা মিযেংদা, মথে য অনিগু শাতাম্বন লীক দা তেঙ্গা থোংলগা নিশান তৌরক্লবা শক্তি গুমখ্রে। হাদনা ২ মিক্তন পিং ২ লাউনা যৌশিল্লকপদা "চংপা য়াদে, পৈশ পীবম্নু" হ য়না থ মখ্রে। অওইবমক বসন্তনা নীংজবিবী সুরনিমলানা, "চংপা য়াদে" হ যদুনা মমাংদা চপ লেপখ্রে অতে ২ ওগনম্নবদি যাওই নত্রগা যাওদে হায়রগা নাহোরবব তোংনরমগদবনি অদুবু মতং থাসদদি মচেলাক্লবনা মীনা পুক্লিংগী অনিংবা অমও ফোংদাকপা ভংদবহম বসন্ত শোরোক য়াউবী থক্লা হুরা পাথংশিগী নরক্লা মিক্তন পিং পিং লাংনা ভুমা স্বায় স্বায কাংনা মচেলারখ্রে। মহাক্লা ভুমিগ্না লৈবইদ মদক অসিদা ঘনাম্নু লৈশানী ময়াম্না যোমশিন্দুনা জ্ঞান তাখিদ্রে, মহাক্লা মথায় মযেক অমা পুথেরকলগা— "মথায মরেক ১ য়াওরি, মসি ভায বসন্ত ইবানিগীনি, সে লৌবো" হায়রগা বিনাসথীদা গী মযামদুনা, "সিদুদি করি কান্নদোইবা"

হায়দুনা সৌ হায়বা য়দ্রে। মতাং অস্বায়দা বসন্ত মিকপ থোরক্তুনা, "মরূপ ঐগীস্সু লুপা অমা য়াওরী" হায়দুনা ওরাং লাই খুরুম্বা চৎলমদাইদা হাপখিবা লুপা লৌথোকলকই। নৈশাবীশিংনা, "অদুস্সু য়ামদে, অদুস্সু য়ামদে" হায়রে। স্বরনিমালানা— "য়ামে লৌরসিব।" হায়রকই। ময়ামদুনা— "য়ামদে ইবেম্মা" হায়দুনা য়ৈথংপিরি। ঘনা— "অদুদি য়াওদ্রে, ফুরিংখাউ হুমদুনা য়েংগরা? নহেয়না থোকপা তৌরো।" অসি হায়বদগী ময়াম হোৎচিল্লকদুনা ফুরিংখাউ হুল্লরে। বিনাসখীনা ঘনাগী য়েৎথংবা খোঙ্গাওগী খাউত হুয়্বদা হোত্রোং তেক হোরম্লে। অদুদগী বিনাসখীনা ঘনাগী মনঙ্গন্দা তুপ ২ ফুবা হৌরকই। মতাং অসিদা অহল অমা শোরোক্তা অসুম লাকপদা মখোয়না তৌরিবদু উরদুনা— "হৈমা! নৈশাবীশিংসি পাখং ফুরেদনা হায়রকই। ঘননা— "ও খুড়া, পৈশাগী মহুৎতা ফুগেয়ে, অদদা কুপ্লিবা।" অসি হায়রকপদা ময়ামদু রান্তুদনা নোকই। বিনাসখীনা অমুক, "ও ইপন, পাখং অনিনা য়াওশং থোরকপবু স্নুগী মথায় অমথক য়াওরকই" হায়দুনা ফাগি তৌরকপদা ময়ামদু হেন্নমুক নোকখ্রে। অহল অদুনা— "ইচাশা নহা ওইরিঙেসে" হায়রম্লগা চৎখ্রে।

বসন্ত দু তুমিন্না নৈরন্দগী নোকমি ২ তৌরগা ঘনদা হায়রকই, "ভায় ইজৎ য়াম্না মাঙলেকো!" বসন্তনা নোকমি ২ তৌবসে ওন্থোক্লা ফজখ্রে। মহাক্লা মোমোন নোকলগা "ইজৎ য়াম্না মাংলেকো" হায়খিবা রাকমদা স্বরনিমালা শুক্কৎখরে।

নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই, মাঙদদি পৈশাদি খজিকথক্তা।” মহাক্না নোকফেৎ তৌবসিদি পুনিমা থাজনা অমুবা নোংদ্রুম মরুমদগী লিংথোক্লকপমুক ফজে। বসন্তনা করম্বা রা ফোং-দোকহৌসিগে খল্লিরৈদা লৈশাবী অমনা আবের লোৎলেরগা "তা ঘনা নংখায় হৌরিবরা" হায়রম্লগা বসন্ত অমসুং ঘনদা য়োমশিল্লগা আবের তৈবা হৌরক্লে। ঘননা—"নখোয়দা নত্তে আবের য়াওবা" হায়রুনা ফুরিংখাউদা হুমজিল্লুবদদি হুপীমচা-শিংনা পৈশা য়াওব্রা য়েংবদা লৌথোকখিরুনা য়ওরমদ্রে। "আবেরসু য়াওরমদরে" হায়রগা ফিদেক চিংহুনা মমায় তৈ-থোকপা হৌরকই। বসন্তসু আবেরগা য়াওজরক্কবা মরম্না হুপী-মচাশিংনা য়োমশিল্লগা তৈবহ্ন অতুম য়াদ্রে। মহাকসু মমিংকা উদনা কনাগুম্বী অমগী ফিজ্জী চিংলুরে। মুজ্ঞা অতুগী হকচাংদা হুমজিল্লকপা অহুদা খংপ্রেক খংলহুনা চেপ্পোকখিবদা বসন্তনা ফিজ্জী য়ালহৌরে; মুজ্ঞাদি সুরনিমাল ওইরম্লে। হায়রকই, "আবের তৈথোকও!" বসন্তনা তৈথকপা হৌরকপদা লৈ-শাবী ময়ামহুনা ইঙ্গিৎ তৌনরগা থিক থিক নোকপা হৌরকই। মহুদা সুরনিমালানা— "করি পোৎ মাঙবগে য়েংবিয়ো" হায়-রকই। বসন্তনা খুদাংদা য়েংলুবদদি ঘড়ী য়াওরমদ্রে। মহাক্না ঘনদা হায়রকই, "মরুপ ঘড়ীগা কদায় চৎথ্রবনো থঙদ্রে।" ঘননা মঙোন্দা য়োমশিল্লিবা লৈশাবী ময়াম মরক্তুগী "ঙাইখো, ঙাইখো" হায়রকই। ময়ামহু তুমিন্না হেক লৈনৈ। অতুগা অমুক হায়রকই, "ঘড়ী পুথোরকও, ঘড়ী পুথোরকও!" লৈশাবী

মকোক ওইবী অমনা তাপ ওক্লূনা, "মতিক চাবা মনল পীরগা হনবিবা য়াগনি" হায়রকই। বসনতনা— "লুপ অমমি লৌ-হৌরো, হয়েং কোন্না অমুক হাপ্পগে" হায়দুনা স্বরনিমালাদা পী। লৌগে হেক তৌবদা ময়ামদুনা "লৌরুহু, লৌরুহু" হায়দুনা মখুৎ চিংথোকই। স্বরনিমালাদু ইকায়বোয় করি-নোই "ঐখোয়দবুদি য়াম্না পীনিংপোনতেদা।" হায়রগা লৌদ্রে। বসনতনা — "নখোয়দা পীদনা কনাদা পীরোয়নো? লুপাসি নখোয়দা পীগে পুরকইবনে; লৌশিল্লো, সে!" স্বরনি-মালানা অমুকন্তু লৌগদবগী তৌই; ময়ামদুনা 'য়ামদে লৌরুহু' হায়রগা মখুৎ ইম্থোকই। ঘননা "মখায়সিমন্তু হাপ্পগে, লৌরো; ঘড়ীদু পুথোরকও।" নৈশাবীশিং — "ভল্লোই য়ামদে।"

ওতনা চাউগনবী হুজাশিংনা মোমোন মিনোক্কা লোয়ননা ওইরজবদা মরূপ অনি উপাই লৈখিদ্রে। ঘনানমুক হায়রকই, "ফুরিৎলা খোংগ্রাওরো অমা থনম্লগে।" বিনাসখীনা ফাগি ওইনা নংগী খোংগ্রাও শেগায়বদু কৈমু পামদে" হায়রকপদা ময়ামদু ব নোকই।

স্বরনিমালানা মান্নবীশিংদা ঘড়ী পীথোকখ্রসি হায়না ইঙ্গিৎ তৌই। বাওও-শাওও হুংজাইবী অমনা "য়ারোই নও নংগী দনা হেক থাদোবথিবা।" ময়ামদু গা লাউই।

বসনতগা ঘনাগমু গতি লৈত্রদনা তুমিন্না লৈরম্নদগী বসন-তনা হায়রকই, "ফরে অহুদি, ভসিদি পৈশা য়াওরক্লে, হয়েং কোন্না হল্লগে, লুপা কয়াদা হল্লগে?" ময়ামদুগী মকোক

ওইরিবী অহনা— "লুপা তরাদা হনবীয়" হায়রকই। ঘননা ওনশিল্লগ — "ইস লুপা তরা! ঐখোয়না পাখং ফাবকপদগী লুপা তরা পুন্না অমুক্তা পায়রকত্রি। নখোয়দি লক য়াগ্না চাউইনা!" নোকনবি মথৈদি রাস্থনা নোকই। বিনাসখীনা — "তা ঘনাগী হৌনবী ভৌরদমী, পাখংনবু মথা অংক পিরক্রা?" ঘননা "নোক্লহনা— ইবেম্মা লৈতদনা পিকইসিনে, পাখংনি হায়হন্ডাই শেলবু পাইত্রবদি লুপা অমা মখায়সিফাও য়াম্মল্লবনিনে" হায়রকপদা লৈশাবী ময়ামহনা "লুপা তরা হেক্কা থদ্বীরম্মু অহগা ঘড়ী পুবীখো।" বসন্তনা —"অহবু ভসিদি য়াওরক্লে, হয়েং হল্লগে।" ময়ামহনা "য়ানি, য়ানি" হায়রকই।

হুমিং থেংজিল্লক্লে। পাখং লৈশাবীশীংস্থু মানা ২ পাম্বা মফমন্না চৎনরুবা অহু চাক য়াওনরক্লবদা ময়া হা হা কানরহনা পুল্লপ ২ ময়ুমদা হল্লরক্লে। মরুপ অনিস্থু "ঘড়ী কোন্না হল্লগে" হায়রম্লগা খোঙ থাংবা হৌরকই।

বসনতনা চংখিবহুদা সুরনিমালানা — 'চংলো, ২ অসোমগীহুনা কন্না ভায়রম্লগনি" হায়রকই। মহুদা বসনতনা মনাক্তা চঙশিল্লগা — "অসোমগীহবু খঙলবরো" হংলকই। সুরনিমালানা— "খঙলে" খুমলকই। বসনতনা — "অহুদি কনানো?" সুরনিমালানা— "লৈয়ে, তাকথোকওইয়ে।" বসনত—"খঙদ্রগা ঐ তাকচগে।" সুরনিমাল "তাকপীয়ুনে।"

বসনতনা নোকমি নোকমি তৌরদনা —“ হৌজিক ফাওবা খঙবীদ্রিবোরে ! হয়েং কোন্না লোন্না তাকচরক্কে ।”

বসনতগী রাসিদা মুপী মচা ময়ামহুনা “ ঐদি খঙলে ” ঐদি খঙলে ” হায়রূনা খুবাক প্রোক ২ খুবা হৌরকই । ঘনচু শোরোক মতাইদা ফমহুনা ঙাইরম্বদগী ভায় বসন্ত ! খিৎ লাকঙনে ; ঘড়ী মুন্বীখবা অহুমক্তদা পেনদ্রিব্রো ” হায়রকই । অসি হায়বদগী মখোয় অনি চৎমিন্নখ্রে ।

মরুপশিংনা চৎখ্রবা মতুংদা, মুপী মচাশিংনা ময়ুমদা চঙলমদাইদা সুরনিমালানা মমান্নবীশিংদা— “ময়াম ঘড়ীচু ঐ থমজগে ” হায়রকই, শৌ ২ লাউবী অমনা— “ কৈদৌবগীনো অসুম থমজনি । ”

সুরনিমালানা— “ ঐনা থম্বদি কৈদৌবগে ” হংলকই । ঘড়ী পায়রবীবী অহুনা — “ সে, ২ নঙগী মুপা হেক ওইরুরো ” হায়রগা পীরক্লে । মমায় য়াম্ন ঙাংনা— “ তঞ্জখ্রে নহোয়সিদি হায়রগা লৌশিনখ্রে ।

মহৌশানা মুংশিবগী লীচিঙসি য়াম্না কনখ্রে, য়োৎচাবীনা মাগা নক্করিবা য়োৎ মখৈ চিংশিনবগুম মুংশিবা ওইরিবা মহাক অহুগা নক্করিবা পোৎশক, মীশক অহুম্ন য়াম্না মুংশিজে । মরম অসিনা সুরনিমালানা বসন্তবু মুংশিবদগী ইকায়বা হন্দোকতুনা ঘড়ীচুতবু থমজনিংবনি ।

———

# নুজাগী ইমুংদা।

নুপীমচাশিংনা শোরোক্তগী কায়নখিবা অদুদগী সুরনি-
মালাসু ময়ুম য়োরকতুনা বসন্তগী ঘড়ীহু মশাগী মোন মখাদা
থমজিঞ্জরে অহুগা ঈরু-মায়থজরগা চাক-ঈশিং চান-থরুবা থৌ-
রাং তৌখরে।

মহাক্না চাক তোক্লগা পুথ্রীদা কোন ফেংবা কুমথ্রিংঙদা
বিতুর কৌনা পাখংহু সূরনিমালাখোয়বু হুংথিলগী য়াওশং থাক-
লুসি হায়নবগীদমক মমা ওইবীশিংদা হংলরে। মহাক অসে
তম্পাক্লেমাগী শাগৈগী নিঙোন মচানি হা.নৈ। বিন সখীনা
ইমুংদগী— "তা বিদুর! ঐসু য়াওশং থোক্কনিয়ে, চংমিন্নসে,
ইমুংদা চংলকখোও" হায়রকই। করিমত্তা হঙ্গোয়না লৈতনা
নিঙোল কাদা থারিবা সুরনিমালাগী ফমুংদা ফয়রে। বিনা-
সখীগা মখোয় অনি রারী শান্নরিঙেদা সুরনিমালা পুথ্রীদগী কা-
রকতুনা চাকশংদা কোন-লিক থমলুরগা মপান্দা থোক্লকপদা—
"সুরনি! কোয়রুসি।" কৌরহুনা বিতুরনা হায়রকই। য়া-
নিংদবমক নৈরবসু পাখং অমনা হায়ববু করম্না তথি তথি হায়গনি

খল্লহুনা য়ুময়ায়দা চপ লেপলগা হায়রকই, "তা বিদুর ! ঐ ৬সিদি চৎনীংব্রেবু, মুংশা মরক্তগী হৌজিক্তা হঞ্জিল্লকপগী রাবনা অমুকতোইরে, হয়েং কোম্না চৎলসি।" অসি হায়রগা মপান্দা থোকখ্রে। বিনাসখীনা —"ঐদি য়াওশং থোক্লখিনি, পেল্লি" হায়রকই। বিদুরহু মানা প্ননিংলিবীহুনা য়ারক্তবা অহুদা নীংবা কায়রহুনা তুমিন্না লৈরম্বদগী ফুক হৌগৎতুনা প্রম প্রম থোকখ্রে।

মমা অতোম্বীনা হায়বদি তম্প্যাক্লেনা— "মীনা হরাও ২ কোয়রুসি হায়রিবসি চংমিন্নরুসোদনা।" সুরনিমালানা— "ঐ ৬সিদি চৎলরোইদা।" অসি হায়রগা ইমুংদা চঙলক্তনা যমুংদা ঙেক লাউনা ফমখ্রে। অহুগা মোন মখাদগী ঘড়ীদু য়েংলুবদা ঘড়ীদি লৈরমখ্রে। সুরনিমালা স্বায় লাউখ্রে— বিনাসখী ! নঙ 'সিদগী ঘড়ী লোথোকপ্রা" হংলকই। "লোথোকচদে" খুম্লকই। মপান্দা অমুক চেম্থোক্লগা— "ইমা ! ২ মোন মখাদগী ঘড়ী লোথোকপ্রা" হংলকই। "ঐদি কৈদৌবগী লোথোক্তোইবনো ?" বিদুরনগা পায়রম্বদগী থম্বা কাউরহুনা পুথরা থন্দুনা থোঙান্দা কপ্পি ২. তফিং ২ চেম্থোকলুবদা বিদুরদি উবা ফংখিখ্রে। ইমুংদা অমুক হোবে ২ চেনসিল্লক্লগা ফমুংদা ফম্লগা কপ্পা ২ —"মীনা পৈশা পুরক্তনা হনগে লাক্লগা করি খুমদোইনো ! হৌজিক্তা থনম্বা পোৎপু লোথোকপা য়াওদনা মথক্তা চৎখিদ্রা !"

মচানা কপ্পা তারগা মমা ওইবী চান্দনি ইমুংদা চঙলক্লগা

—"হৌজিক্তা মোন মখাদা পল্লগ্না পোংপু লৌথোকপ। য়াওদনা কদায়দা চৎখিনেগেনে ? নঙগী তাদা বিদ্রুয়নগা পায়রম্বদগী ভাব ওইদদুনা থম্ব কাউবদগী পুথ্রবজাংলা।" অসুম্না শোম্লগা মচাগী মোন মখাগদু হাইগংতুনা থিবা হোৌরকই। "বিহুয়নগা পায়রম্বদগী ভাব ওইদতুনা থম্বা কাউবদগী পুথ্রবজাৎল্লা" হায়বা রাহৈশিংসি তাবদা তম্পাক্লৈতু শমজেংৎ হাৎলম্বদগী মকোক্তগী শমজেংকত্থ লৌথোক্তনা ইমুংদা পাইশিল্লক্লগা— "করি হায়বা ? বিপ্লরনা ঘড়ী পুথ্রবা ? হোৌবা ঙম্বীরেদা, ইচা পাখং 'তুনা ইমুংসিদা ঙাইহাক্তুং চঙলগদা চংহাৎ হাৎপীরেনে ?" অসুম্না মথুৎনে মশানে চিক্কদৌবগুম তৌরকই।

চান্দনিনা—"পুথ্রে হায়বা নত্তেনে ইবেম্মা ! চুম্না পায়রম্বদগী ভাব ওইদতুনা পুথ্রব্রা হায়না শোঞ্জবনিনে।" তম্পাক্লৈ—ইচেনা হৌজিক্তা বিহুয়না পুথ্রে হায়খিবদুদি। চান্দনিনা থবাক হৈয়রদুনা "ইমায়-পেম্ম ! কয়াদা তৌবা ঙম্লিবনো !" মরক অসিদা বিনাসখীনা— "থংনদু তানিংদে ; মীনা য়াওশং থোক্লমদাইদা" হায়রকই। স্নুরনিমালানা কপ্পা কপ্পা— "বিনাসখী লিখৎলক্কনু, নঙমু ঐগুম্বনি ; ঐনা ঝারিবসি নঙমু খঙফম থোকই" হায়রকপদা "মীনা নঙোন্দ্রা থম্মোস্নু হায়দনা কৈদৌবগী পুরকইবনো, কল্লক্তুম পেল্লী" হায়রকই। বিনাসখীগী রাঙাঙ তাবদা স্নুরনিমালা থোয়দৌ চাক্লা ২ কপ্লে। চান্দনিনা বিনাসখীদা হায়রকই, "ইবেম্মা করবস্নু ফংজ্রবস্নু নঙগী নচেনি মাগা মান্নরুনু।" বিনাসখীনা—"অহু ওইরবনু" খুম্লকই।

চন্দ্রনিনা হায়গে য়াওনা— বিচুক নত্তনা লৌথোকখীগাই লৈতে ! ওরাং ফংই লাই থুরুম্বা অমুক্তং চংচরুরদা ফিদেক অম্বুক ফবসি শেগায়বিরক্লে ; মহুগী পাখংত য়াম্না ওক্লেদা .... !"

তম্পাক্লেনা শৌ ২ লাউনা— "ইচেবু বিক্তরনা ঘড়ীত পুখি-বা অশেংবা উংহৌব্রো । কৈগুম লৈতবা পোংতুবু মঙোন্দা করি তৌনদোইবনো ? মথক্তসু পোকপা চারা থকপন্তু বাক্তবনা পৈশানা ভারি ২ খঙলব্রা " হায়রকই ।

ইমুং অসিগী হুপা নদিয়াচান্দ হায়বহু ওসাই মখৈ ফমুংদা তুম্লিবনি, ময়াম অসিনা খংন-লাউনবগী য়ৌ ২ তৌরকপা অসিদা তুখা য়াক্লহুনা— " ইমুং অসিবু করিনো তৌরিবসিবু " লাউরকই । তম্পাক্লেনা— " ও পাখং অমগী ঘড়ী পুরক্লগা মোন মথাদা থনম্বদা লৈরমক্লে, বিক্তরনা পুক্লেয়ে ।" অম্পুম্না হেক পাউদম্মী ।

নদিয়াচান্দনা— " রিদুরদি করি তৌবা লাক্লক্কা " হংলকই । তম্পাক্লেনা, " ও লৈশাবীশিং য়াওশং থোকমুসি হায়হুনা হৌবা লাক্লম্বনি । কিনাসখীদি চংক্লে । " নদিয়াচান্দনা — " অঙবু পাখং অমনা মীগী ইমুং অমদা চংলম্লগা মোন মথাদগী ঘড়ী হেক্তো পুখিগক্লনে ? " মহাক্লা ঙাংবা লোইক্কাব্রিডেদা তম্পাং ক্লেনা তাপ ওক্লুনা— "অহুনি মীবু চঙহাং কাংলেমী" হায়না খোনবাংলকই ।

চন্দনি— " পুখরে হায়বা নত্তে য়ে, চুম্না পায়রম্বদগী ভাব ওইদহুনা থম্বা কাউবদগী অমুম্ব পায়খব্রা হায়ক্লবনে ।" তম্পাক্লে

—ইচেনা ঙসাইদা বিদ্বরনা পুক্রে হায়খিবত্বদি । চান্দনি—হায়খিদবা ৱাসিদা কয়াদা তৌবা ঙমলিবনোনে !

নদিয়াচান্দনা— " তুমিন লৈয়ু তানিংদে ! পুখি পূখিদে হায়বস্ন খংদনা·। "

তম্পাক্লেনা তঃশিল্পগা মপুরোইংনা থাজহুনা চৈহুংলকপা অসিদা চান্দনিনা মথৱায় মুংঙাতহুনা মচানুপীদা অস্থুম্না ঙাংবা হৌরকই' " নঙ হয়েং মথৈ কুম্মৈ-ফিয়োং চংকে হায়য়ু, নঙগীনি হায়বা মী অমত্তা লৈপোংনত্তেনে খঙলব্রা ; ঙসিদগী মপান থোকপা য়াদে ।" মমাগী ৱা তাবদা স্বুরনিমালা মপুক্লিং মুংশিনা ৱাথল তৌরকই, " ইমান্নবীনা হংলক্লগা কন্নায়না খুম্বা, মীনা ঘড়ী হনবা লাক্লগা ঐবু করম তৌদোয়নো ! মুং-শিবিরমগনি মুংশিবিরম্লোই হায়বা মশক ক্ষাওবা মুম্না খংনদ্রিবা পাখং অমগী ঘড়ীবু ঐঙোন্দা থম্মু হ.য়বস্নু নত্তনা মফম মরাং খংদনা মাঙব্রে হায়রুবদা ইমান্নবীশিংনা ঐবু তৌবা ঙন্বীনি হায়বা তারেদকো ! ঐসি ওস্থোকপনিদকো ! করিগীদমক ঐনা ঘড়ী থম্লিংলুরিবনো ? " অসিগুম্বা ৱাথল কয়া অসিনা থোংন-নৌ-রিবী লৈরাং মায়থোং মকা লামখিদ্রে ।

মচানা কপ্পা উবদা মপানা— " কপকহু তোক্লো । কনা ২ পুরকমিন্নবা ঘড়ীনো পৈশা খায়গংমিন্নরগা হনমিন্নসি হায়রুসো ।"

স্বুরনিমালানা— " অহুদি কনাস্নু পৈশা খায়গংনসি হায়বা য়ারোই ।" মুপী অতোনবীনা শৌ ২ লাউনা " য়াদ্রগা তোক্লে-দনা ।" মতাং অসিদদি নদিয়াচান্দনা·· "তুমিন লৈয়ু তানিংদে ।"

ন্যংশিঙ্গরবী মচানা মমান্নবীশিংগী মমাংদা চোপ্পগদবা মমি উবদা মমা ওইবী চান্দনি লৈবা ঙমদ্রহনা মল্লিকাগী মযুম তন্না প্রম শম চংখ্রে অদুগা মল্লিকাবু মাংগোন্দ' কৌথোকতুনা অস্নুয়া হংলকই, "ইবেম্মা মল্লিকা ! নহাকপু ঙসাই শোংরোক্তা থৌরী থংপগা য়াওরুব্রনে ?"

মল্লিকা— ইমা ঐদি য়াওদেবু। করিগীনো ?

চান্দনি— অদুদি কনা কনা য়াওরমগনি ?

মল্লিকা— ঐখোয়গী মখারোমগী সুম্বো য়াওরমগনি।

চান্দনি— "অদুদি অমুক্তা চৎলুখিগে" হায়রগা মখোং থাংবা হৌরকপদা "করিগীনো ইমা, অমুক্তা ঙাইখোও" হংলকই। মমায় ওনশিল্লক্লগা "ও ইবেম্মা ! পাখং অমগী ঘড়ী পুরক্লগা চাক চংরমদাইদা মোন মখাদা থম্লবদা কোন ফেঙবা কারকপদা লৈরমদ্রেনে।" মল্লিকা— হাইমা ! অদুদি কমদোনি ? ঘড়ীদুবু কনাগীনেগে" হংলকই।

চান্দনি— ঐস্ম কনাই পাখংগীনো হংগে লাকপনিনে।

মল্লিকা— মতা চারবদি ইমা বসন্ত কৌবা পাখংদুগীগা ওইরমগনিকো ! ঙরাংস্মু লাই খুরুম্বা চৎমিন্নে।

চানদনিনা রাখল তৌরবা মতুংদা— "ও ! ইবেম্মা ননাদান চাউবীহনগী মচাদু ওইতারে, মহাক্কী ইমাদো মতম অমদা ঐগা ইতা শান্নরমইদো, হৌজিকস্মু উনবদা তরাম ২ কৌনরি। মহাক্কুগী মচাদু ওইরম্লবদি খরবু ফগনিনে" হায়রকই। মল্লিকা —অদুবু লৌথোকপা য়াওদনা কদায় চৎপ্রবনো ?

ইমুং মন্নুংগী খৎন-চৈনবা পুথোকতুনা তোংজবা ওইরোই থন্দুনা চান্দনিনা— "খঙদে ইবেম্মা ! ইচানা মথরায় ৱাহৌবা উৎদা য়েংবা ঙমদ্রবনা চেল্লকইবনি । ঐ সুরোখোয়দা চৎলু-খিগে" হায়রম্লগা মখোঙ থাংবা হৌরকই। মল্লিকা— হো ইমা, ইতাদো ঐখোয়রোমদা চথোরকউ অমুক্তা হায়বীয়ো ।" "হোয় হোয়" হায়না প্রেম প্রেম চৎখ্রে ।

সুরোগী ময়ুম য়ৌরবদা চানদনিনা অস্থুম্না হংলকই, —"সুরো, নখোয়বু ঙসায় পাখং অমগী ঘড়ী পুরকপ্রনে ?" "পুরকই" খুমই । "অদুবু কনাই পাখংগীনোনে, ইবেম্মা ?" "বসন্ত কৌবা পাখং অমগীনি । করিগীনো ?" চানদনিনা—"চাক চারমদাইদা মোন মথাদা থম্লম্মেনে অদুগা কোন ফেঙবা কারক্লগা য়েংলুবদা লৈরমদ্রেনা ওখোংথৈ কপফৌরেনে ; কন্ধায় তৌদোয়নোনে ?"

—"কদায়দগী য়ানেগ অদুদি, মঙোন্দা থম্মু হায়বসু নত্তনা, পৈশা ওইনরা কগিনো হন্বী.খা ।" অদুম্না সুরোনা শাওনা হায়রকপদা চানদনি ইকায়রদুনা ময়ুমদা চৎখ্রে । অদুগা মচানুপীদা তম্লুরে ।

সুরনিমালাসু মাংজোননা মমান্নবীশিংনা থীনা হায়রক্কদবঙ্গ উবা ফংই ; মসিগা লোয়ননা ভারিবা পাউ অসিদা অমুক হেন্না ইকায়খ্রে । ফিভিনা মপি তৈথোক তৈথোকলহুনা মল্লি-কানা "চথোরকউ" হায়বহুদা মতারোইগী ময়ুম য়ৌনা চৎখ্রে ।

সুরনিমালানা য়ৌখিবদা মল্লিকানা কৌশিন্দুনা মাগী ফমুং

মনাক্তা থাবা চৌকি অমদা ফম্মল্লে অত্তুগা হংলকই, "ইতা নঙদি দশা অমা ত'রেয়ে ?" সুরনিমালাগ মোমোনফাও নোক্তে। হায়রকই, "তারে, অহূবু ঐবু কম্মায় তৌদোয়নো ?" মল্লিকানা— "ঘড়ীত্থবু কনাগীনে," হংলকই। সুরনিমালানা — "নঙগী বিমোনগা ঙরাং লাই খুরুম্বা লাকমিন্নবা পাখত্থগীনে" খুমজৈ। মল্লিকানা ফাগি ওইনা— "অহ্দি মঙোনদত্থম লৈরোবা" হায়না ফাগি তৌরকপা মতাং অসিদদি অরাবা শকফম ওইরমবদগী নোকফেং তৌরগা— "হেরা ইতা নঙসিমা" হায়না চৈশিল্লে।

মখোয় অনিনা রারী শীংবুন শারিঙৈ মতমসিদা মমান্নবী ময়াম হুংথিলগী য়াওশং থোকলুসি হায়ত্থনা সুরনিমালা হৌরুবদগী মল্লিকাখোয়দা চংখি হায়রকত্থনা থোঙ্গাললোমগী মরী মরী চঙলক্লে। মমান্নবী লাকপগী থৌরাং মিদা পুথোকত্থনা মাঙ্গোন্দা সুরনিমালাগা লোয়ননা থোকমিন্নরক্লে অত্তুগা— "ময়াম ফিদাদা ফম্বীয়ু" হায়জরকই। ঙসায়গী সূরো কৌবীত্থনা— "ফম্বগা লায়রি, সূরনিমালা নঙনা ঘড়ী পুথ্রগা মাঙহনথ্রে হায়রিবসি অচুম্বা" হংলকই। মহাক্কা খুমদ্রিঙৈদা লৈশাবী অমনা— "য়ারোই, ২ পৈশা ওইনরা কৈনো হন্বিখো, ঐখোয় পৈশা থাংলোকপগী দাই লৈতে ! মীঙোনদগী থমগেনা পুথ্রগা, তৌবা ঙম্বীরেদা !" অসিগুম্বা রাঙাঙসি তারগা সুরনিমালাগী থম্মোয়দা ফোংদোকপা য়াদবা রাখল খিবিকনা তাশোন ওইনা থিনথ্রে। অমসুং হায়রকই, "ময়াম শ.উবীবদঃ

ঐ শেল ওইনা হনজখ্রগে ! ” মল্লিকানা— “ ইতানা মাঙ-হনগে খন্দুনা মাঙহনখিবা নত্তে, ময়াম শাউবীগনু, শেল ওইনা মরাই হপ্পখিনি” হায়না থেমজিল্লকই । লৈশাবীশিং অহুনা— মীদি হায়নখিবা হুমিত্তা পৈশা পুহনা লাক্লনি । মহুদা মতিক চাবা লুপানা ঘড়ী ওনবিখো , ঐখোয়বু চোপফনগনু” হায়রম্লগা ফুক ফুক হোগৎতু । ১৭নখ্রে ।

য়াক্লবা রঙাংশিংসি তাবদা স্নুরনিমালানা খন্না হৌরকই “ খুদোংথিবা তারবা মতমদা মরূপ লৈতে. ঐবু তৌবা ঙম্বীনি হায়বিরেদকো, ঙম্মোকপা লাইবক্লিদা, অরেম্বদা ঘড়ী থল্লি লূ-রেদকো” অমুম্না খন্না মিৎলূদগী পিরাং শিন্থরকই ।

মহাক্না মুংঙাইতবা অসি উবদা মতা ওইদী মল্লিকানা — “ কপকনুবা ! নঙনা মুংঙাইতবসি উরগা ঐ লৈবা ঙম্ল-ক্তে ! ইকায়রবমু ইকায়না পৈশা ওইনা হনবিখ্রসি ! নঙ খরা থাংদোকলো, ঐ খরা থাংদোকলগে ” হায়হুনা মতাবু অরাবা কোক্লবা থেমজিঞ্জে ।

ফিজিনা মপি তৈথোকলগা হায়রকই, “ ইতা নঙ পৈশা থাংদোকপা য়াওগনু ; নঙগী মিংচৎ হম্থগনি ; ইবান্নী তান-দুনা ঘড়ী মফম মরাং খঙহনখিদবনি খনখিনি ।” মল্লিকানা —“ইমাদগীরা পাজিদগীরা খর লৌরো । ঐমু অঙম্বা হাপ্পগে অদুগা পীখ্রসি । স্নুরনিমালানা— “ ঐগী লিক কোনশিংসি লোইনা য়োম্থোকখ্রগে ; অরাৎপহুনা ইমাদগী লৌরগে ” হায়-রগা মঙকশমদা শিরিবা লুপাগী লিক মরী অথনে, তনৌরিবী

খুংশাদা শিজরম্বা সনাগী খুদোপ অদুগা লৌথোক্লগা মল্লিকাদা পী অদুগা— "ইতা ঐহাক্তি মপান থোকপস্থ ইকায়রে ! মসি সনা শাবা মোহেন্দ্রদা পুরগা হোঙলবস্থ হোঙনা শেল অচিন-বগীনি হায়দুনা খর কায়থোকপীরুসো ; য়ুমদগী লিক মরী ১গা লৌরুখিগে ! " অসি হায়রম্লগা তক্ফিং ২ ময়ুমদা চেনখ্রে ।

মল্লিকানা অস্থম্না খলহৌই, " ওস্থোক্লা রাজরেদকো ! ঈশ্বর ইবুংঙো ইতাগী মোন মথাদগী ঘড়ী লৌথোকপা মীহুগী মপুন্সিদা ভৌথোরকপা থবক খুদিংমক্তা মায় পাক্তবা ওইসয় । "

অস্থম্না খল্লীবৈদা স্থরনিমালাহু হোবে ২ অমুক চেল্লক্তুনা — " ইতা সে ! নঙনা ফনবা খর শিনবিয় ; ইতাগী অফ-বদো ঐগীস্থ অফবনি " হায়দুনা পুরক্লিবা সনাগী লিক মরীহু পী । মল্লিকানা— "অদুদি ঙসিদি ঙ্গমিং তাশিল্লক্লে, নঙস্থ য়ৌরো ; হয়েং অয়ুক ঙন্তা চংতুনা পোংশিংশিগী মমল কয়াম লৈরিবগে হায়বদো হংদোকলুরগে " অসি হায়দুনা স্থরনিমালাবু থোঙ্গাল য়েংনা থিন্দোরকলে অাগা মথোয় অনি "চংলাকো" হায়নদুনা বিদাই তৌনরকই ।

স্থরনিমালানা অস্থম লাকপদা শোরোক্লোমদা য়েংথোক-লুবদা শাবী-শানৌ কয়ানা শিরোউ নারোইদৌবগুম গা-গা শোরোক ফুম্না চংপা, অমদি অাবের তৈনবনচিংবা ময়াম অদু উরগা হুংঙাইবগী মহুক্তা অরাবদম তেনগংলকই অমস্থং খল্লা হৌ-রকই, " ময়াম্না হাণ্ডরিবা অসি হুথাদরবা ঈশিংদা ঙানা চেন-চোংবগুম্বনি" অসি খল্লা "বসন্তগমূক থেংনরবদি ঐ ··· ···· " হায়-রয়গা ময়ুমদা প্রম-প্রম চেনশিনখ্রে ।

# 'অমুক্তা চংথোকপীরকউ'

**নোংম্মা** নুমিদাংৱাইরমগী মতমনি। নুমিৎনা নোং-চুপ থংবা চীংয়া নকশিল্লক্লে। তারমদাই নুমিৎকী মশেক্না উতোন ৱাতোনশিংদা ঙৈবদা সনা ভহিংবা মচু মায়া ফজবি। ইরাং লংলবা উতোন রাতোনশিংদা চেক্লাশিংনা নুংশিবা ঈশৈ শক্লি। লৌবুক লম্বাংদগী যণবী যন্নাউশিংম্ম ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লে।

লম্বী শোরোক্ ফুন্না য়াওশংগী গা ২ লাউরম্বা নুরা-পাখং-শিংগী খোঞ্জেল তাখিদ্রে। লান লোইখিবগুম ইচিক চিকক্লে। অঙ্গুগা মচী মচীদা লৈশাবীশিংনা থাবল চোংবগী ৱা তান্নতুনা কো-ল্লুপ ২ চৎপদি উরি।

অসিগুম্বা মতমসিদা বসন্তবু মল্লিকানা মখোয়দা "অমুক্তা চংথোকপিরকউ" হায়না পাউ পিরক্লে। "মল্লিকাখোয়দা চংপগীদি মরুপ বিমোন তৌরুবনা ফগনি" খন্দুনা মখোয় অনি মল্লিকাখোয়গী ময়ুম তয়া খোঙশাল্লক্লে। বসন্তনা মহাক্কী ঘড়ী মাঙখ্রে হায়রবগী পাউগু তাবা ফংই; অদুবু লৈশাবীশিংগী চিন-থোক ওইরমগনি হায়না লৌই, অমস্থং মহাক্না নিঙজরিবী স্মুরনিমালানস্থু পায়খ্রে হায়নবদা ওইদুম ওইজরমসনু হায়বগী

মতাংগুম অসুম লৈথোকপনি। অদুবু ওসিদি মল্লিকানা "অমুক্তা চৎথোকপিরকউ" হায়বা পাউসিদা "করিবু ওইরমগব," খন্দুনা লাকপনা মল্লিকাখোয়গী শুমাং থৌনিংদা। অম্মা চারিসু মখোয়গী মপান্থ ফি-রোল শেৎলগা কোয়থোক্কদবগী মাঙোল দাড়ী হেক কুমথরকপদা বসন্ত অমসুং বিমোলা উবহুদা „ইচাশা কোয়রকইব্রা" হায়না কৌরগা "মল্লিকা! মী লাক্লি ফিদা পুথোরকউ" হায়-রম্নগা থোঙ্গাললোমদা লোকখ্রে।

মখোয়গী য়ুম অসি চেন্না মখোয় হৌরগা কৈনা শাবা য়ুমশানি- য়ুমগী অয়োয়বা, মখা থংবা কাহু মল্লিকাগীনি— হায়রিবা কা অসিদগীমমান্নবী অমগা ব্রান্নী শান্নরদ্দগী ফক অহম্বা অমা পুথোরকহুনা কা অতুগী থোঙজাওগা মায়োক্নরিবা মাঙোল অদুদা— "তা বসন্ত সোমদা বখীয়ু" হায়না ফিদা থারম্নগা উমুংদা চঙগে তৌরকপদা বিমোল্লা — "মল্লিকা ইমাদি কদায় চংখি" হংই। চপ লেপ্লগা— "ঐথোয় ইবেমচাখোয়গী চাক চানেনা কৈথেন্দা ঙা নৈবা চৎখি" খুমই। অদগা বসন্তদা "তা বসন্ত ঐখোয়দা লাকপদি করি সেবা তৌগনি" হংজরকই।

বসন্ত – করিবু তৌগনোদা।

মল্লিকা— অহা ও অথুম অমত্তম্ন লৈতে, শিংজু শুরক্কে, চাশিরা?

বিমোল্লা মল্লিকাদা হাইফেৎ য়েংলগা —"মীবু চাশিরা, থকশিরা হংলিবসিবু, মনঙ্গল অপাকপসিদা খুতুম্না হেক শুবু" হায়না ফাগি তৌরকই।

মল্লিকানা মোমোন তৌরগা— "নুপী ঐখোয়সে নুপানা ফুনবা পোকপা নংচদে। হৌজিক মতমদা নুপানা নুপী ফুবা য়াপোন্তে, চপ মান্নরে" হায়না ফগিমুক তৌরকই। বিমোন্না নোকমি ২ তৌরগা হায়রকই, "নুপানা য়াদবা থবক তৌরবদি ফুবা হায়সি ডায়। নুপানা নুপী ফুরিবসে ফুনিঙতুনা ফুবা নত্তে, নুপীনা ফুইনববি। নত্রনে ভায় বসন্ত?" অদুম্না বসন্তদা অমুক ওনশিল্লকই। বসন্তস্ নোক্লগা "ওইরমগনি, হৌজিকমক্তি থঙদ্রি" হায়রকই।

মল্লিকা—অদুবু পুন্নমক ঐনা লানথে, ঙাকপিরো; শিংজু শুরুগে চাশি।

বিমোন— হো তাতম্মা য়না চাশি হেক হায়য়ুদনা।

মল্লিকা— মীনা চানীংঙুমদবা ওইরম্লবদি পীজরবদ তং, ওনখিনি খন্দুনা হংজরনি; ম্রারোৌবিবা য়াদে। অসি হায়রগা বিমোন্দা শুগংলমগা উমুংগা চঙখ্রে।

মখোয় অনিগী রাঙাক্তে তারগা চুম্নদা ঙাওনন্নিবোয় নিংছই। বসন্তনা হাইফেং য়েংখংল্লবদা মল্লিকানা বিমোন্দা শুগংলম্নগা চঙখিবা অতুদা মতাক্না খল্লকই, "শুগংপা হায়বসি য়াম্না থীবা শকফম্নি অতুবু তুংশিনরবা মখোয়গী মফমদদি হেন্নচম ফজনমানে। অতুগা বিমোন্না মীগী ময়ুমদা লাকলগা মল্লিকাদা "খুতুম্না হেক শুবু" গাইনা বেরা নৈতনা ঙাওথোকউ, মসি মতে মনাও ওইবা য়াবগী চাং য়োরকলবা তাই, মরমদি— ঐখোয় পাবুংগা ইমাগম্নু অমুন্না হেক হেক ঙাঙনবা য়াওই। অতুগা ঐগীদি

কদায় । ” অতুম্না খল্লগা ইমুদা য়েংশিল্লবদা শিংজু ময়ান শোক্টরম্বী নুজা অমসু মপাল্লেমদা য়েংথোরকপদা গও হেক থেংগাইনরুরে । শজি মিৎতা তাজগী অনিনা য়েংথোরকপদা বসন্তগী থম্মোয়দা ফাওনবা লেংবগুম তৌই । নুপী মচা অসে সুরনিমালানি । মহাক্কী মিংয়েংসে লুংশি পাউখোং য়াওরি । বসন্তনা উখিবা অতুদগী ইকায়খিবনা মখুত্তা পায়রম্বা ছুরিগহু থন্নগা মল্লিকাগী কমুদা চওশিন্দুনা কমখ্রে ।

পুংজা খরা হৌখ্রবা মতুংদা শিংজু শুবা লোইরদুনা মল্লিকানা সুরনিমালাদা মরূপ অনিদা “শিংজু পীরুচো” হায়রকই ।

সুরনিমালা — ইতা ঐ ংকায়, নঙ পীরুচো । মল্লিকানা — “কৈদৌবগে” হংলকই । সুরনিমালানা— “ঐঙোন্দমুক লকনরম্ব, নঙ কোক পীরুচো । ”

শেগা মাইগা ঙাইহাক তায়নরবা মতুংদা, মল্লিকানা বসন্ত তামম্বুং বিমোন্দা শিংজু প্লুথোরক্তুনা পীরে । অদুগা ঈশিং চাইসেন অমমুক লোথোকল্লুরে ।

মরূপ অনিনা “ ভৌবিরো, হৌবিরো ” হায়নরগা শিংজু তুবপা হৌনরকই । খর হুক্লবা মতুংদা বসন্তর মোরোক শা-র-মানে মপি চত্থম ২ তারকই । বিমোন্না—“মল্লিকা, ২ ” হায়না কৌথোরকই । শিংজু চারুবগী মচৌনবান্দু ঙাংশঙ ঙাংলদুনা শি শা তৌরদুনা প্রম প্রম চেত্থোরক্লগা — “ করি হায়বনো ” হংজৈ ।

বিমোন্না — “শিংজুসি মোরোক কয়াম থাকই ” হংলকই ।

মল্লিকানা - "য়াম্না থাক্তবনে, ত. বসন্তনা মোরোক কয়া চাদ-
বনা শাবা ওইরমগনি" খুমই ।

অসুম্না ঙাঙনরিঙৈসিদা মল্লিকাগী মনাও নুপীদু শান্নরুবদগী নুংশা স্বর থবেং ২ হোল্লহনা চেনশিন্নরুগা "ইচে করি চানৈ, ঐগী শকক পীয়ু" হায়না মনেদা কোনশিনলি । অঙাং অদুনা মরুপ অনিদা য়েংথোকলুবদা বসন্তনা মোরোক শাবগী মপি তৈথোকপদু উবদা "হৈমা নুপা অমদি কপ্পে" হায়রকই । মতমদা মথোয় অনিমক নোক্তুনা ঙকদে । বিমোল্লা— "ইবেম্মা নখোয় নচে চিংচাবীনা মোরোক পীজনা হায়জোক্লমদোরে" হায়না কাপি জোরকই । মল্লিকনা.... "চিংচাবা মীনা য়াম্না থাক্তবনি হায়খিমক্তদা" হায়রগা মনাও নুপীদ পামখৎলি । মদুদা বিমোল্লা অঙাং পদগদি য়াম্না পকচাকো হায়রকপদা মোমোন নোল্লহনা "পকপদদি" হায়রগা শুগাৎলম্লগা ইমুংদা চঙলে । বিমোলসি মকোক চাঙ্গনা লৈখোই । হুপীমা হায়বসি লম কেলবা থম্মোয়বু মাকশিন্নবা ঈশ্বরগী শক্তি লৈরবা পোংশক অমনি । অসিগুম্বা পোংশক অমিনা ভৌথোরকপা খুদিংমক অতম নুংশিগনি ; শুগানে অতম নুংশিগনি, কি অমোংপা শেংলাম্ল অতম নুংশিগনি ; লৈথোম মরক্তা লৈরম্ল অতম নুং-শিগনি, — হেন্না শুঙয়া য়াম্নে কই । নিমোল হায়বা পাখংসে ফনা লম চেনাগে তৌবা পাখং ওইনমদুনসু মল্লিকানা অমুক্তং শুগাংপদা মহাক্কী থম্মোয়সি চিংখম রাক্ষে, পোইদোকপা রাখল থন্নবগী পাম্বৈ লৈতে । মথোয় অনিগী থম্মোয়সে নুংশি লংলানা ক্রেক ক্রেক লাকশিন্নরকই ।

মোরোক শারে হায়বত্নদা প্লেট অমমমদা চিনি অঙোবা জাপলগা পুথোরকত্নুনা মখোয় অনিগী মমাংদা থম্লরে। অদুগা হায়রকই, " তা বসন্ত ! খোইহীসু অঙাংনা হৈদোকখিত্নুনা য়াওরমদ্রে ; চিনি অঙোবা ওইনা তৌজরে , রারোবীবা য়াদে।"

মল্লিকাগী রাঙাঙসি অর্থ লৈবা রাঙাংনি খল্লত্নুনা বসনতনা হায়রকই, " তৌদ্রবসু য়ানিদা ! "

তুংশিবা রাইগা লোয়ননা চামিন থকমিন্নবা হায়বসে হাউ-ত্রবগ হাউরে, মমল য়ামদ্রবা য়ামলে ! মল্লিকানা তরাম ২ তৌত্নুনা লৈজবা খর পুথোরবত্নুনা চামিন-থকমিন্নবা অসিদা মরুপ অনিগী থম্মোয়দা পেনখ্রে। মথুং মশা হামদোকত্নুনা ঙাই-হাক ফমই। মপান্দগী চাইসেন্নচিংবা পোং-চৈশিং লোইশিল্লগা মল্লিকানা বসনতবু " ইমুংদা অমুক্তা চঙবীরকউ " হায়না কৌ-শিললকই। অমুক্তা চঙদ্রিবা মীগী ইমুংদা চঙলকউ হায়বসিদা চিংনবা পেক্লত্নুনা 'করিগীনো' খঙ্ঙে। অদুবু তোয়নি কৌ-শিললকই। বিনোনসু "চঙলুসোবা মরুপ" হায়রি। য়াদ্র-ত্নুনা তপ্না ২ চংখ্রে। মল্লিকানা মনাও তুপী পমতনা মপান্দা থোরক্লে। অদুগা---"মী অমদি কৌশিনবিদ্রেবা" হায়ত্নুনা মখোয় অনি রারী চংশনখ্রে।

বসনতনা চংখিবদা মল্লিকাগী তরু তরবা কা অদুদা মেজ অমগা চৌকি অমগসু থারি, কক্রংগা লাইনচিংবা থেৎপসু উই। ফমাংদা য়ে শিল্লুবদা সুরনিমালাত্নু ফক অমদা হঙ্গাম

মপানগী ফিদেক অমনা মকোক খুমজিল্লগা লৈরম্লে । মহু উবদা বসনত স্নায় লাউখ্রে । মো অনৌবীগাইহু নিংশিংলুরে । গুজা ওইবী ইকায়খিবনা রা মচেৎ অমত্তা ভাঙখিদ্রে । বসনতসু চপ লেপত্তুনা লৈখে । কোন্ন-থংদা স্নুরনিমালানা খোঞ্জেল ফাইনা "চৌকিদা ফম্বীয়া" হায়রকই । বসনতনা— "ঐ উরগা কদিগী অত্তক পাখৎলিবনো" হংলকই । অসি হংলুবদগী হিক হিক লাউনা কপথোকখ্রে । হায়রকই, "নহাকগী ঘড়ীহু ইমানবীশিংনা থমখিগদোরবদা ঐ থমগে হায়ত্তনা ওন্নবদগী মফম মরাং খুদেনা মাঙখ্রে ; মদুগী মহুক্তা পৈশা ওইনা লৌবিরো, রাখল থেন্বী নচনবু শাউবীগনুকো।" অসি হায়রগা লুপা ৩০০ (চহুম) পী । বসনতনা— "কৈদৌবগী পৈশানো, মাঙনিঙলগা মাঙজগ্রসহু । পৈশাসি লৌশিল্লুসে" হায়ত্তুনা অমুক পী ।

মখোয় অনি লোগা লোরোয়গা ভাইহাক ইন্নগ্রবা মতুংদা স্নুরনিমালানা— "ঐবু অমুক ইকায়বা পীবিরনু, লৎনবা লৈতনা লৌশিনবিয়ু" হায়রগা বসনতগী থবাক্কী ফুরিৎ থাউদা হাপচিল্লগা প্রেম ২ চেনখ্রে । বসনতনা পৈশা শৎত্তোক্লগা— "ভাইখো-ও লাউরগা মখুৎ তিংথোক্লগা লৈকোরে । তপ্পা তপ্পা মখুৎ থাদরগা "ও ! কয়াদা থরায় রাজরমলবীনো ! ইকায়থীবী লৈরাংসু ওইরমানে ! ঐহাক্কী ঘড়ীবু কনানা লৌথোক্লমগবা ; ইকায়থীবী মহাক্কী মমাংদা অমুক্তা খঙনিঙখ্রেদা হায়না শোল্লগা বসনত মপান্দা থোক্লকই ।

অহুগ। মল্লিকাদা— "পৈশাণি অমুক্তা হনবিখো" হায়-রগা পী। মল্লিকা— তা বসন্ত ভৌবীগন্নু, পূবিখো! মগাক্তি ইকায়বনা শিখিবনা ফরে খল্লবনি।

বিমোন্না—"হনবীখোদনা, কৈদৌই।" মল্লিকাদা হায়রকই।

মল্লিকা — মীনা কপ্পাও লাউবাও থনম্লবাপৈশাবু ঐনা করম তৌনা হল্লুগদোইবনো?

শিকুপ খর তুমিন্না লৈনৈ। অদুগা বসন্তনা হংলকই, "পৈশাসিবু মখোয় পাবুংহোয় ইমাহোয়দগী লৌব্রা নত্রগা মশাগী লৈজব্রা, কদায়দগীনো?"

মল্লিকা— মহাক্কী লিক মন্নী অনিগা খুদোপ অমগা লুপা ২৫০ (চন্নী য়াঙ্খৈ) দা য়োন্থোকখ্রে; অরাৎপদুনা মমাদগী লৌবনি। বসন্ত—ঙাইখো অহুদি! লিক্কা খুদোপকল্লদি কনাদা য়োন্থোকখি?

মল্লিকা— সনা শাবা মোহেন্দ্রো খঙবীব্রা? মঙোন্দা য়োন্থোকখিবনি।

বসন্ত— পৈশাসি পুরগা খর হনবীরুগেরা?

মল্লিকা— ইতানদি ইকায়মনবদগী অৱাৎ ৱাত্তা খঙদনা শেল ওইনা থনম্লে, মহুদা ঐনা লিক-কোন অমুক হল্লুরগা মঙোন্দা পীবহ্ন নুংঙাইরোইদা, শেল ওইনা অদুম পুবিখ্রো।

বসন্তনা নুংঙাইতনা রাখল তৌই। হায়রকই, "অমুক্তা হনবীরুচোদা; হায়জৈ হায়বগী মতিক পোঙইকো!" বি-মোন্না— "নুপীদি অওই-ওইনা হায়রুরবদি পোঙবা অমা য়াও-রক্কদবনি" হায়রকই।

মল্লিকানা— হুপা নখোয়দবু মীচেন ওইনা গোঙজবনে ! হুপী ঐখোয়দি মীচেন ওইজদেয়” হায়না পাউ-আর অমগা লোয়ননা হায়রকই। বিমোন— ঐনা কদায়দা মীচেন ওইরিবা ?

মল্লিকানা মমিৎসু য়াওনা “ওইরিদুদি” হায়রকই।

লিক হনবগী মেল তাক্রিইঙেদা মখোয় অনিনা মরন্নাইগী রারী চথনখিবা অংদা থুগাইবসু ফত্তে থল্লহনা বসন্তসু তায়। রারী লোয়রবদা “ভায় বিমোন কমদৌসিগে” হংলকই।

বিমোন— হুমিৎ তাশিল্লক্রে চৎলসিনে ?

“অদুদি মল্লিকা য়ৌজরগে” হায়দুনা বসন্ত হৌগৎলকই।

মল্লিকা— তা বসন্ত নচনগী য়ুমদা লাকপদি অথুম-অহাও অমত্তবু পুথোক্নুনা চামিন্নবসু তৌদ্রে রারৌবিগনুকো !

বসন্ত—মল্লিকা ! নহাক্কী খজরবা ব্যবহার-নিতিনা মরুপ ইবানিগী থম্মোয় পেনখ্রে। অথুম-অহাও চামিন-থকমিন্নদবগী-দমক্তদি থোইনা হুংঙাইতবা তৌরুনু : বিমোন নখোয় অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসিনবু তত্রবদি মতুং তররক লৈরি। অদুনা হৌজিক ঐখোয় য়ৌরগে। অসি হায়রগা দাড়ী মখাদা কুমথহনা খোঙউপ তোংশিল্লগা থোকখ্রে। বিমোনসু ফমুন্থদগী হৌগৎলগা— “চংলগেকো মোরোক পীজবসু শিহৌদ্রে” হায়না মাগী ফাগিহু তৌরকই। মল্লিকানা— “ঙসিনে, ঐ শাউনিংইকো ... ... ... ....” হায়রগা বিমোনগী শক্তম্মু মথম্মোয়দা কোনশিঞ্জহৌই।

বিমোন্না থোকলকপদা বসন্তদি কোম্থোং মনাক য়োরম্লে। মহাক্না হংলকই, " হান্না চৎথ্রিবা করিগীনো ? "

বসন্তন।— "মল্লিকা নখোয় অনিগী আর্ট এক্টীংহুদা মী তাবা য়াদবা রাফমগস্থু পুকমেন পাউমেন্ননীংবগস্থু য়াই খল্লদুনা ঐনা হান্না থোকচরকপনে। "

বিমোন— মরুপ তাবা য়াদবা রাফস্থু ঐনা কৈদৌঙৈ খল্লক-খিগবা। বসন্ত— অদুস্থ হায়নুদা ! অরুবা মতাং য়ৌশিল্লক্লবদি ইশা নত্তনা কনাবুস্থু খঙহন্নীংদবা য়াওরকইগা হায়নৈদা ! মরুপ মপাংগা কোয়মিন্নরম্বদগী মথন্তগা চৎনবা য়াওরক্লিবা অসি ফোং-দোক্লিংবা কয়া মনিঙ তৌনা ফোংদোকপা য়াদবদগী মথনতা চৎনরিবনি হায়নৈ।

বিমোন— মরুপতি কদায়দগীনো য়ান্না শিংলম্লেদকো !

বসন্ত— করি রানো মরুপ, কোয়ত্রবস্থু হুংশি-হুংওনগী লাই-রিক ফনা য়ান্না তম্লক্লেনা। বিমোন্না— "চুম্লে, ২ " হায়রকই।

———

# নুজাগী থম্মোয়দা

**বসন্তনা** লিক্কা-খুদোপকা পীরম্বদগী মল্লিকানা মতাগী ময়ুমদা লাক্লে। সুরনিমালাহু বিনাসাখীগী লাইরিক পাফম কাগী চৌকি অমদা ফমহুনা রুমান লোল্লমই। মল্লি-কাগী খোঙ্চেল তাবদা মপান্দা চেন্থোরকতুনা "সিদা ফমসিলাউও" হায়না কৌশিল্লকই। মখোয় অনি চৌকি অমমমদা ফম্মিন্নখ্রে।

মল্লিকাহু মায়থোঙ মাকা লাম্না মোমোন তৌরহুনা—"ইতা! রুমানগদু থমখোদা, রারী অমা শানশি" হায়রকই। সুরনিমালানা মখুৎতগী রুমানগত্ত থম্লগা "ইতা করি শানসিগে" হংই।

বসনতনা পীরম্বা চে ময়োমহু পুথোক্লগা মল্লিকানা—"সি করিনো য়েংউ" হায়রকই।

সুরনিমালানা মহু লৌরগা য়েংই; অহুগা ইফিং ফিংনা, "হৈমা! সিদি কনানা পীরকইবনো? পৈশাসিনা কৈদৌবগী?"
মল্লিকা— তা বসন্তনা হল্লুরবনে! ঙসাই ঐনা ইরুজবা কা-রকপদা পীরম্বনে; লুপা ১৫ (তরামঙাস্থ) হাপ্লম্লে হায়বনে।

সুরনিমালা— ইতা! অরেম্বা লুপাসি পীথিবা য়াব্রা?

মল্লিকা— ঐদি য়েংস্থু য়েংলক্কে, কনা খঙনি।

সুরনিমালা :— ইতা অহুবু ঐগী ফংলরোইদোবা লিক মরীগা খুদোপকা মহাক্না অমুক ফংহল্লে; করম্বা মতমদা মাগী লমন শিংবা ঙম্লকথিনি ? ঐদি মীগী লমন য়াম্না তোনশিল্লে-দকো ! ইতা নঙনা ঐগীদমক ব্রাবিবসিনা করি লমন-শিংগনি।

অসি হায়রগা মমিৎতগী মপি তারকই।

মল্লিকা :— হেরা ইতা ! নঙসিমা হেক্তা কপ্নী ! ঐগী লমনদি লায়রি; তা বসন্তগী লমন অমুক্তা শিংগে খল্লু।

"অহুবু করিনা শিংগদগে" হংলকই। মল্লিকানা খুম্লকই "ইতা মহাক্কী সেবা অমুক্তং ফংজগে হায়না লাই খুরুমউ !"

লংলবা সনা লূপা মতুম অমবু উপু মন্থংদা হাপচিল্লগা মথুম চেজেৎ লোনশিন্দুনা থমজিনবগুম, অওইবমক সুরনি-মালাগী থম্মোয় লাইশংদা মক্তুবা বসন্তগী শক্তম্না ঙাম্থাইগ্রে। অহুগা অৱাবা অমনা বসন্তনা মহাকপু থুংশি অমসুং মহাক্কী ওইজগে হায়বসিমদি মচিম্না ফোংদোকখিগ্রি। মতুদা হেন্না চাকখৎলকই, "ইতা অহুবু মীনা থুংশি হায়বিরক্তগবু কমদোগদগে" হংলকই।

মল্লিকানা ফাক ২ নোক্লহুনা— "হৈঁমা ! থুংশিবনদি লোইরবজাৎনিদা, মীনা ফোংদোকপীরক্তবদা ঙাইরজাৎনি" হায়রকই।

সুরনিমালা— (নোকফেৎ তৌনা) করি ব্রানো ইতা ! মহাক্না য়েংলক্লিবা মিৎয়েং অহুস্থ অচম্বা মিৎয়েং নত্তে; অহুগী মৎক্তা ফং-লরোইদোবা থুপীমচা ঐগী লিক-কোনসু অমুক হন্না ফংহনবীরে,

মসিমু ঐবু মুংশিবগী খুদম্নি,— ঐঙোন্দা মুংশিবা মিং-য়েং য়েংবিরিবা মঙোন্দা ঐহাক্সু মুংশি লমন শিংবা নত্তনা কন্নাদবু শিংলুপ্পদগে ইতা !

মল্লিকা— ( রাখল তোয়গা ) অচুম্বনি ! মুপী ওইবী ঐখোয়গী খম্মোয়দি ওলাং থাগী লৈরাং অমসুং ইঙা ইঙেনগী তেরা মফোলগা পান্দম্নরিবনি ! মীমুংশি খঙবী পুকচেল চেনগদবনি। মতুনা মুপীগী অশেংবা গুন ওইগদৌরিবনি।

মল্লিকাগী রাসিদা রাখল মুন্না তৌজে অমসুং বসন্তগী মরমদা হংজরকই, " মহাকতুবু লাইব্রিক তমই হায়বদাই, ক্লাস কয়ানো ?

মল্লিকা.... কুমসি বিঃ এঃ অরোয়বা থাগদৌরিবনে। বি-মোলগা মান্নবনে।

সুরনিমালা.... অতুদি ইতা, মহাক্না লাইব্রিক তম্বা চৎপ-সিদা কলেজগী ছাত্রিশিংনা মশক মতৌ ফজবা মহাকপু অরে-ম্বদা হাঙহল্লমগল্লনে ?

মল্লিকা :— কনাসু কোয়রষ্কোরোয়দা মহাক্তি মসিগী থবকসি কয়া তৌদবনি, কুমসিদনি মহাক্না মপান থোক্লকপা।

খোয়নৌ ইতা অনিনা বারী শান্নরিঙৈ মতমসিদা বিনা-সখীতু স্কুল কারুবদগী প্রম প্রম লাক্লগা থোঙজিন মনাক্তা লেপলগা মখোয় অনিনা শান্নরিবা বারীতু তুম্মিন্না ঙাইহাক তারগা " কনা কনানো লাইব্রিক ফাক্কনা শান্নম্নিবদো ? করি হৈদনা " হায়রগা চঙলকই।

মল্লিকা·· ঈবেম্মা নঙবুদি ঐখোয়না হেন্না হৈরমগনি ! ক্লাস য়াম্না তমজগৌদে হায়বগী রানি, ইতা ইবানিদি য়াম্না হৈরিজাৎনি ।

বিনাসখী— ঐসু হৈদনা ক্লাস মথং ২ কারকইবসিনি ।
মল্লিকা— ইবেম্মা লাইরিকস্থু পাদনা পরিক্ষা ফাওবদি কৈস্থু হৈত্তবনি ! নঙ কৈস্থু হৈরম্মোই ।

বিনাসখীনা শাউরমানে "তুমিন লৈয়ু তানিঙদে, মহোয়নহেক হেল্লদৌনা ! চাক লাম্ম-কলসিদা" হায়রল্লগা খোঙথাং জাৎ অমদা চাকশং তল্লা চঙখ্রে ।

মল্লিকা···· ইতা নখোয়গী বিনাসখীসি তিন্নবা য়ুংঙাইত্রা ?
সুরনিমালা ·· মঙোন্দা রা অমত্তং হায়রুবদা ফেৎ,ফা, লাইরিক তল্লবীনি, হৈশিংলবীনি, শক ফজবীনি হায়হুনা ওনথোকল্লা পোঙপ্রপোৎনিদা ।

মল্লিকা···· শক ফজবদি নঙনা য়াম্না হেল্লিদা । মানা ইথক ইবাংদা ময়াম্না থঙনখিবগী রানি ।

সুরনিমালা— ইতা অহিংবা মীগী মরা ঙাঙনগনু হায়নৈকো ; কোক হেক চঙলক্কুনা তাগ্রবদি ইমা অতোম্বীমুক য়াওরক্কনি । মল্লিকা— তোক্লসি ইতা ! ঐসু চৎলগে !

"থোকমিন্নসি ঙাইখো" হায়রগা থোঙ্গাল য়োনা থিনতোরক্লে । অদুগা 'চৎলোকো' 'লৈহৌরোকো' হায়নহুনা বিদাই তৌনরকই ।

মমাম্নবীগা ৰ৷ৰী ৰাতাই শান্নিংদদি থৱ ফবোই নিঙই ; মথনতা লৈহৌৰবা অসিদদি সুৰনিমালা ৰাখলগী ইপাক্তা তাউখ্রে ।

---

# চীংঙ্গাগী লৈকোন-পুখ্রী ।

কালেন থাগী শাবৰা নুংথিলগী মতমনি । ওম-চারবা নুংশাগী মৈশানা মী খুদিংমক পোথগন্দ্রে । পৃথী থক্তা খোঙ থা্‌বনা চৎপা ঙম্‌খিদ্রে । লৰী, শোরোক, লৌবুক-লম্মাং খুদিংমক ইচিক চিক্লি । মী অমত্তা চৎপা উদে । উপাল ৰা-পালশিংনা তুমিন্না নুংশাগী মৈশা থাঙলি । হুমাং শোইখৰনা মী অনি শুনা ফমমিন্নবা যাথিদ্রে ! হকচাংদা ফি থোংনিঙ-দবা হ৷য়বদু য়োথ্রে । জীব পুম্নমকসি মৈরীনা চাকথেকহল্লগে হ৷য়বগী মতাগুম শাথ্রে । বসন্ত ঋতু হৌগৎলকপদা নৌনা য়েন্নীং চোংখৎচরক্লবা হৈৰাং-লৈৰাংগী অনৌবা মনাশিং মথৈ ফংনা পৎথরক্রে । নুংশিংফাও শিংত্রবোয় নিঙথ্রে ।

অসি য়োনা শাৰবা মতমসিদা নুংশি মৈশা অমুকন্ন ফং-লবা বসন্ত মাগী কাদা হুমাং অনপ্পা কাংনা ৰাখল তৌরি ।

ক দুগী খোঙজ ও অমসুং খোঙনাঙশিংসু হাংদোক্লি। কদুগী অকোযবদা হৌনিবা অশাংপা লৈশিংগী মনম্মু সুংশিংনা অমু-মুক হুমজিল্লকতুনা মাগী হকচ'দা য়ৈবি। অমসুং টেবল মথক্তগী চে-সুং, ফক্লাংদা থেংলিবা লাইশিংসু হাই হুম্লি।

মহাক্না হুমাং কাংনা ৱাখল তৌরিবা অসে সুবনিমালাদা 'সুংশি হায়না মচীগ্না ফোংদোকপা ঙমদ্রি, অহুননি। চাক্লিবা মৈচাক্তি থাম্বী মৈহৌ ঙাইরবা ওম্না চাকপা ফুঙ্গাগী মৈ, — অমুক্তুংগা কান্নবদি ক্ৰুং লাউনা হৌরক্লদৌববা মৈহু ঙায়গে। বসন্তনা খল্লকঙ, "সুবনিমালাগী গুন্নবু হেনমনা খবনা তৌববা, সুংশিবগী খুদমসু ফনা য়ান্না ফংলে, অহুবু মহাক হেক উবগা ফোংদোকপদি ঙমদ্রেদকো।" অসুম্না খল্লগা কলম পাংথং-তুনা চিঠি ইগদবগী তৌরকই। ইগদৌরিবা চেহুগী মকোক্তা 'সুংশি পাউহং' হায়না থাদে। অক্তগা মথাগী অসুম্না ইথ-রকই। মরোল :—

সুংশিজববী ইচন— ত, ২৪, কালেনগী ২৫নি পাম্বা,
ইরাই হুমিং।

সুংশিজববী ইচনগী মগমদা চীন্না ফোংদোকপা ঙম-দ্রবা থম্মোযগুংগী বাহৈ খবদং কলমগী মতংনা ফোংদোকচবি, লংনবা তৌদনা লৌশিনবিযু কা!

রাকচীং থাগী উল্লেন নংঙ্গ্রবা — হৈপাল-লৈপান, উপাল-রাপল কযানা বসন্ত ঋতু হৌগৎলকপদা অনৌবা য়েন্নীং

হুল্লক্লে ! তাখিদ্রবা চেক্লাশিংগী খোঙ্জেলস্থ নুংশিনা তারক্লে। কয়াদা পুক্লিং শুম্বাংনিঙডাই মশক ওইরিবা !

মসিগা লোয়ননা ইচনগী নুংশিরবা শক্লস্থ উকবা অমস্থং থোংনা মেঙলবা রাহৈ খরদং তানা ফংজরুবদগী ঐগী থম্মোয় লৈকোন্দস্থ নুংশি যেম্নাং হুল্লকই। অত্তবু ইচনগী গুম্না হেন-মনখিবনা ঙসি ফওবা পুক্লিংগী অপম-নুংশি রাখলসি থৌনা ফনা ফোংদোকপা ঙমদ্রেদে।। অবাবনি ! নুংশি মৈচাক্কী চাংদি ইচনবু উকবা থুনিংগী অস্থম ২ হেনগৎলকই। নবুংগী রাখল পোথাযম খংদে। পোথাফম খংদ্রবা ঐগী রাখলনা ইকায়-ইকি রাংমা লান্দুনা ঙসিদি ইচনগী মফমদা তমথে ক্লগে

নৌনা চোংলক্লিবা থম্মোয় লৈকোনগী নুংশি ময়োন অসিবু নুংশি ইচনগী ইংলবা থম্মোয নুংশি লাইজ ফংবা ঙমদনা থম্মোয়নুংদা অস্থমমক কেমথ্রগদ্রনে !

'লেপ্তুনা চেল্লিবা তুরেলগী ঈচেলবু মতম কুইনা থিংব, ঙমদবগুম, ঐগী নুংশি লাইজ ঈচেলনা ঙাইহাক্কফাও লেপ্তুনা চেস্থরি। চেল্লীবা ঈচেলসি ইচননা অমুকতা তুংজফম পীবিয়ুগবা !'

'রাংলবা চেকপননুংদা শাৎলিবী লৈরাং ওইবনা-চেকপন অসিবু কাখৎলকতুনা লৈরাং হেক্কে খঞ্জববু ওন্থতুনা তোক্লগদ্রনে ! নুংশি ইচন !'

'শরত ঋতুগী অহীংদা নোংদোন থক্তা থোকপা থাজবু থরায়না পামহনা ইথুংনা ফংগে থৌরাংলুবগুম— ঐনা ইচনবু

নুংশিরুব, ব খলগী অরেম্বা আশা ওইরগদ্রনে !'

'মীচিক-মীরাওখোন তাখিদ্রবা, মেঙলবা অহিংদা লৌবুক লম্বাংদা থোকতুনা থম্মোয় শোক্লা ঈশৈ শকচববু— তাবিনবা খঙবীনবা লৈতনা অরেম্বদা শকচরুবগুম, থোক্লগদ্রনে ! '

হায়ম্বিয়ু ! পোত্থাফম খঙ্ৰেবা নবুংগী থম্মোয়না তত্না পাউহংজি— "লৈরাং নহাকপু লাইবক ফবা কনাগুম্বগী মফমদা থরায় ভকচাং কৎথোকপ্রবীরা ? নত্রগা পলেম পম্মৌগী লৈকোন্দা মনীং তৌনা, হাই-হুম্না শাৎলিবী লৈরাং অমরা ? "

নুংশিরুবা ঐতনা ইচনবু পামজে, পামজরুবা ঐতনা ইচম্বু নুংশিজে। অপাম-নুংশিগী মৈনা ঙাওচৎনরবা ঐহাক্লা অমুকম্মু তংলিঃ— "মালেম থক্তম্মু শাত্তবা, লাইজ ঈরোনম্মুংদম্মু পোমদবা, কুবেরগী পুকৈদম্মু য়াওদবা— 'তাংলবা ইচনগী নুংশি খুদোনবু নবুং ঐহাক্লা ভীক্ষারি ওইনা, ফিগাও শানা নিজরি লৎনবা তৌদনা হাপ্পীয়ুকো ! নুংশি ইচন ! ঐনা কনাগুম্বীগী মফমদা অম্মুম্না নুংশি অমুক্কা হায়থিদ্রি। ইচনবু নুংশিনা পামজে হায়বসিতনা নবুংগী পুন্সিদা লেঙদ্রবা রাখলনি।"

শারবা কালেনগী নুংশা মরক্তা লম্বী চৎপা কনাগুম্বনা ঈশিং থৌরাংবনা ঙাওরবদা, রাংলবা পুথ্রীগী লৈরায়দা নাপী মাকা অমত্তং য়াম্লগা হাউরবা ঈশিংবু থক্কদবগী লাক্লরি। অরাবদি— খুজোক থম্না অমুক্তা শোক্কৎতুনা থকপা ঙমদ্রেদো ! ইঙা-ইঙেনগী ইনোৎ কারবা ঈশিং ঈচেল অমুক্তং চেনশিনবিরকত্তুনা মবুক্ক পেম্না অমুক্তং থকচবা ক্বংজরবদি মহাক্লা

কয়াম হুংঙাইজগদা .... ! মহু রাখলনা ফোংদোকপা ভমল্রেদকো !

ইতি—

হুংশি পাউহংজবা, কনাগুম্বা অমা ।

চিঠি ইবা লোইরবদা বসন্তনা মথুৎ মশাগচ হুমাংনা পুম-চোৎ চোৎলহনা-কদায়দা শোয়রি-ঙাম্লবগে, সুরনিমালানা পাৰদা মহাক্কা খল্লিবা রাখলহদগী শেরান্নদা অর্থদা পুখিগদবা, অরাম-বগা য়াওব্রা হায়চনা হন্না হন্না পারকই, য়াওদ্রবদা মহু থুপচিল্লগা কনাদা পীরগা য়োংগদগে খল্লকই ।

সুরনিমালাহোয়না লৈবিবা মফমসে, চীংয়া ওইরম্লা মহৌশাগী নিঙথীরবা পুক্রী অমা লৈ ; মদুগী মনাক্তনি । পুক্রী অসি মতম চুপ্পদা লোক মচা মচাদগী লুরবা ঈশিং চেনশিল্লকই অদুগা অরোঙ তুরেললোমদা চেন্থি ! কংবা নাইদে থুনগী মী থুদিং-মক পুক্রী অসিদগী ঈশিং শিজিন্নৈ । পুক্রীসিবু মী-খরনা চীংয়াগী পুক্রী হায়না কৌনৈ, খরনা লৈকোল-পুক্রী কৌনৈ । অদুবু মহৌশা কৌনরম্বা মিংদি 'চীংয়াগী লৈকোন-পুক্রী' হায়না কৌনরমই ।

চিঠি পীবদা খুদোং চাবা মফম থিরকপদা হায়রিবা পুক্রী অসিনা য়ুম্ফম ওইরগা রসপূর্ণ ভাবনা শারকই, "হো-ঙ্গিক্তগীনা হুমিৎ তারমদাইফাও পুক্রী অসিগী মপান্দা ফমহনা ঙাইরবদি সুরনিমালাহ অমুক্তা ওইরবসু ঈশিং শোকপা থোক্রক্কনি ।

মরমদি ঃ—হৌজিক কালেনগী মতম্গিনা ইঙ্খোলদা লৈবা পুথ্রী অয়াম্বা ঈশিং কংনরে। অতুগা লূবস্ু চীংয়াগী সিনা হেল্লী। সুরনিমালানা ঈশিং শোকপা থোক্লকপদা চিঠিসি পীহৌরগে।” অসুম্না মনো বিজ্ঞানগী পাদ্বৈনা পুথোরাক্লে।

মহাক্না মখা তানা খন্থরকই, “ঙাসদি চিঠীসি পীবা মতমদা মরূপ অমত্তা হৌররোয়। করিগুম্বা সুরনিমালানা হল্লক্কবা থোক্লবদি ঐগী ইজং মাঙই।”

চিঠিদু কুরিংখাউদা হাপচিল্লগা সুংশা মরকসিদা চীংয়া পাংনা চংখ্রে।

আরোঙ তুরেলগী তোর্ব্বান পরেংদা চংনা চংনা বসন্তনা উরে,— য়াঙ্গঙলবী তুরেলসিগী তোর্ব্বান পরেংদা খোংনাং, হৈনৌ হৈবোং, তোমান পাম্বী কয়ানা পরেং শানা হৌরি ১সুং তুমিন-তুমিন্না সুংশাগী মৈচাক খাঙলি। নৌনা চোংথংলক্লবা খোংনাং, হৈনৌ, হৈবোং মনা মরক্তগী উচেকশিংনা পাম্বীশিংগী মহৈ মুয়বগী খোঙ্গেলস্থু তারি। মৈচাক খাঙবদা রারবা যণবী-যন্ন ওশিংনা শজিক চারম্বা থাদোক্লত্তনা খোংনাং, হৈনৌ পাম্বী মখোঙদা মমৈ চমোর হাই হুম্নহনা শগুপ শায়রি। যণ শেনবা ইচিন ইনাওশিংসু উখোঙ-রাখোঙদা ফমহনা হকচিক লাংলি।

অসিগুম্বা কয়াসি য়েংনা য়েংনা চংখিবদা চীংয়াগী লৈকোন-পুথ্রী য়ৌশিল্লক্লে। মহৌশা লৈমা নিংথৌ হাক্তক্তা থুং চঙনা শেন্নম-শারম্বা ওইরমানে। ওস্থোক্লা ফজখ্রে! পুথ্রীগী

মপান্দগী খোঙকাপ মচা তরুক্কং হন্দোক্লগা শমবল্লেনা কোয়না শম্বল ওক্লরি। কোয়না খারিবা শমুবল্লেগী শম্বল অসিগী নোং-চুপ থংবা নাকন্দা চংফম কোঙ্গুম পাল্লি। বসন্তনা কোন-খোঙ হাদোকখিনা মচুংদা চংলক্লে। পুর্নিমা থাজংনা কোয়-রূপ লৈরাং, ইমাগী চোম্না লিক-লিক লাউরবা পৃথ্রীগী মপ ন অকোয়বদা হৈ লৈগী মখল মথংগী মফম খুদিংমক্তা হৌরি। মল্লিকা-মালতী, নাগেশ্বর, কোতুকি, চিনিচম্প্রা, ঊরিরৈ, তুনিৎ-লৈ, পেরুক্লে, কুদম্লৈ' লৈপাক্লে— লৈ-শুনা হৌরি। পুন্ন-মক কুনগী লৈশাং তমখৎলক্লি। পৃথ্রীগী নোংচুপ থংবা না-কন্দা থাক থাক নানা সিড়ি চল্লি। অরাং থংবা নাকলগী কোয়না হৌরিবা শংল্লগী মনাক্তা শুহু ভাররবা মহৌশাগী ফুড়া অমা লেপ্পী শাবিদবগী মন্থরকলবনা হৌরানা শকফম উংলি। ফুড়া অসিগী পৃথ্রারোম থংবা মায়কৈরোমদা বোকুন পাম্বী অমসু হৌরি; বোকুন পাম্বী অসিগী মখোঙদা পাক্লবা হুং অমসু লৈমায়গী ফুট অনিরাম রাংখৎনা লৈরি। বসন্তনা অরাং পাংলা চংশিল্লকতুনা বোকুন পাম্বী মখোঙগী তিংখৌ মথক্তা ফমদুনা সুরনিমালাবু ভাংবা হৌরকই। কুমগী লৈশাং তমখৎলকলিবা বোকুন অমসুং মল্লিকা-মালতী লৈরাং কয়াগী লৈনম্বু মালংবনা তপ্না ২, অমুমুক হুমকপদা— বসন্তগী পুক্নিং হকচাং তেকখৎলী। ফুগায়না শাৎলবী অশংবা, ঙাংবা, অঙাংবা লৈশিংদা খোইমুনা খুনুং পাংথবগুম্না হি হৌরি। হুংশিংনা শিংলকপদা লৈখোক লোইংবী লৈরাংনা অশংবা

তিংখৌ মথক্তা কেল্লক্রি। করিগুম্বদা লৈকাদগী লৈরিকপু হুং-শিংনা পুখিহ্নুনা লিক লিক ল উরবা পুখ্রীগী ইপাক্তা— আ-বের চাইথরকপগুম খিকথকলি। পুখ্রী ময়ায়দা য়ুংলিবা উগী মক্তোন্দা তোংলিবা ভোক্রনবা উচেক্কী মুর্ত্তিনা ঈশিং মহুংদা মমি তারি। হুংশিংনা ঈশিং লেংলকপদা থেক্লা নৌনা জগোয় শারি। পুখ্রী মপান্দা হৌরিবা পান্দীশিংনা থেক্লা-কোইনা, তাংজা মানা চংপগুম তৌরি। চীংয়াদা খৌবা উপালশিংগী ফৈরা থক্তা উচেকশিংনা খোংবগী খোঞ্জেলসু হুংশিনা তারি।

পুমক্সি উরু-উক্রবগা বসন্তগী থম্মোয়দা সুরনিমালাগা উননিংবগী রাখল অমা তগনা ফাওরকলি। থল্লকই, "অচিক-পা মফমসিদা ঈশিং শোকপগা থোক্লকলবদি হুংঙাইনিদকো। ঐনা নিংলিবসি মপুং ফানা ফোংদোকপা ঙমগনিদকো।" অমুম্মা মওল মওম থল্লহনা অসুম ফম্বদগী রারকলহনা নাপী মথক্তা হিপতখ্রে। হুমিংসু থেংজিল্লক্লে; তৌইগুম্বসুং সুরনি-মালা লাক্তে।

হুংশা নেমথরকলে। মালংবনা তোয়না শিংপা হৌরক্লে। পংথরুরবা উনা রানাশিংসু খর খর তেকথংনরকলে। বসন্তগী লাইবক ওন্থোক্লা কৈদকো! অওইবমক সুরনিমালা মতা মল্লিকাগা লোয়ননা সনাবুন অমমম মথুংনা য়াল্লদুনা লৈকোন পুখ্রী তন্না লাকলে। মখোয় অনিনা রারী শানা শানা ঈশিং শোক্লদবগী সিড়িদা কুমথরকপদা সুরনিমালানা বসন্তবু তুমহনা লৈবা উরে। মল্লিকাদি উত্রি। খঙহৌদনা সুরনিমালানা—

" ইতা ! কনানো অমা বোকুন মখোঙদা তুমদুনা লৈরে " হায়রকই। মল্লিকানা— "ইতা নংগী মিৎসি এম্মোক্না থৌগ্রে-দা ! লৈ পম্বী মরক্তা তুমদুনা লৈরিবা মী সবু কমদোনা উরুরিবনো " হংলকই। বসন্তনি খঙলদুনা সুরনিমালানা হায়রকই, "ইতা মশক উত্রবদু মিৎকুপ পুংজা খুদিংদা উঙনতা লৈরবা মহাকসিবু, অশেংবা ওইনা লৈ মনক্তা লৈরবদা কম-দোনা উরোইদৌরিবনো ?" মল্লিকানা— " ঙচুম্বনি ইতা ! বসন্তী গুলাবপু ( *Primrose* ) পামজরুবা খোইমুদা লৈগী চুপ্পগী খুদোং চাবা পীদদুনা গুলাবকী তিংথংনা মশা খেগায়-দুনা লৈমায় থত্তা ওয়-থোইনা খাংলামানে ! " সুরনিমালানা —" ইতা ইচেম্মা, তুদি হংনরু ! চুম্মা মালং ইচিক থেম-জবা থইরবগানি। বসন্ত্না ঙসিগী খোইমুনা লৈ কন অদিদ পাংথরকদুনা বসন্তী গুলাবগী লৈগী চুপাক তায়থ্রবগে ? " মল্লিকানা হায়রকই, " অদুদি ইতা, খোইমু মাগী মনাম্নি। "

অমুম্মা থাদুনরগা মখোয অনি ইক্সিং তৌনরগা সুর-নিমালানা বসন্তগী মনাক্তা চঙলক্লে। সুরনিমালাসি নহানমথৈ-গুম্মা ইকায় থীবী ওইনম্লে। মহাক্না লৈগী মশা অমা থেকলগা ঈশিংদা লুম্লগা বসন্তগী মথক্তা খিকথবা হৌরকই। ফুংঙাইনা তুম্মু বদগী, নোং ত রমানে খন্দুনা তপ্না-তপ্না মমিৎ নোইরদুনা মথক্তা য়েংখৎলকপদা ফুংশিরবী সুরনিমাল্লানা চপ লেপ্পুনা লৈরম্বা অদুদা বসন্ত খংপ্রেক খংখ্রে অমম্মুং মঙলনে হায়না খনখ্রে। মমায় লুকপদুনা তুমিন্না ফমদুনা,

লৈখ্রে। সুরনিমালাসু মহাক্না য়েংখৎলকপা অদুদা মায় ঙাংনা লৈগী মশানা মায়থোঙ থম্বালবু খুমজিল্লগা অহৌবা শাঁঙেন পাম্বীগুম্না চপ লেপ্তুনা লৈখ্রে। লৈ মশা মরুমদা ইকায়বা খাঙজরিবী হুজাগী মায়থোঙবু— অশাংপা থম্বাল ওইরবোয় নিঙথুনা খোইমুনা ঙ্‌ং ২ পাইশিল্লক্লে। বসন্তনা তপনা হায়-রকই, "খঙজরে, ২! কেকু শান্নবা মতম নত্রে!" সুরনি-মালানা,— "হৌজিক্তা খঙবীরিবোরে; ঐদি খঙজবা কুইরে" হায়রগা শাউরপ্না লৈ মশাহু হুম্বোকলম্লগা সিড়িরোমদা চৎখ্রে। বসন্তদি বোকুন মখোঙগী হুংডগা পাংথক ওইনা খিন্দুনা লৈহৌরে।

শুজা অনিনা সিড়িদা কুমথদুনা ঈশিং শোক্কদবগী সনাবুন লুপসনগে হেক তৌরকপদা সুরনিমালানা খংপ্রেক খংনা— "ইতা! ঐগী লিক মরী তৎতুনা তাখ্রে, ঐদি কম্মায় তৌনি!" অরাবা খোঞ্জেলদা হায়রকই। মল্লিকানা মতা য়েংদুনা হংলকই, "ঙকশমদা শিবা লিকপু কনদৌনা তাখ্রিবনো?"

"খঙদেমী! ঈশিং শোক্কে নোম্বদা তৎতুনা তাখ্রি-বনেমী! ঐদি কম্মায় তৌনি!" অসি হায়রগা সুরনিমা-লানা বসন্তগী মনাক্তমুক লাকলগা —"ঐ ব্রা অমত্তা হায়জগে য়াবিগদ্রা" হংলরে। বসন্তনা— "হায়গদৌবা রাহু হাম্না হায়-ওঃ ঐনা ঙমগদৌবা ওইরবদি কব্বিগী য়াদনি; ঙম্নোইদৌ-বা রাফম ওইরম্নবদি চীন থীবা তাগনি।"

"ঐগী লিক মরী অমা ঈশিংদা তাখ্রে অমুক্তা খুনবীয়ো।"

অসি হায়বদগী বসন্তনা ফয়স্বদগী খোংগৎলগা সিড়িরোমদা লাক্লে। সুরনিমালানা খুদোম্বী থিন্দুনা — "তু সিদৈদনে, অমুক্তা খুদীয়ো" হায়রগা মল্লিকাদা অমুক "হওা ঐদি কন্নায় তৌনি. ইমানা শোয়দনা চৈবা তারে।" অসুন্না অরাবা শকফমদা মমিংকা লাওথোকপা অড়দা বসন্তনা হুংঙাইত্রক্তনা সুম্নগী ফিহুং খোঙ-গ্রাও অচৌবা শেৎলগা ঈশিংদা কুমথহুনা লিক তাথি হায়রিবা মফমহুদা থিবা হৌরকই। ঈরুপ্প ২ গা মফম অয়াম্বদা থির-বদস্তু ফংবা লৈখিদ্রে। মহাক্না ঈরুপলুবগী ফুঙ ফাওগৎলক-পদা মল্লিকানা— "হাইমা ইতা! লিক-সিদা লৈরে" হায়রুনা লৈরাম্ন মপান্দগী থাংগৎলক্লে। অড়গা সুরনিমালা মখোয় অনি মচীন খুমজিল্লগা থিক ২ লোকপা হৌদনই। মখোয় অনিগী তাৎনি হায়বা হৌজিক্তা ভাব তাবক্লহুনা বসন্তনা নোকমি ২ তৌরগা— "মাঙদবা পোৎপুদি থিনিংবা মফমদা থিহুনস্তু শুক-ফং ফংলোইনে" হায়রগা ঈশিংদগী কাখৎলক্লে। অওইব-মকস্তু সুরনিমালানা মমিংকা লাওথোক্তুনা অরাবা শকফমদা হায়রকপা অড়দা কয়াদি থাজফবে। সুরনিমালানা মোমোন নোকলহুনা, "ঈবোয়বা কয়াম হৈবজাৎনে। য়েংজবনি, ব্রারৌ-বিবা য়াদে।" বসন্ত রা ঙাঙফম লৈখিদে।

ঙৌরবা কুচুগী মর্থক্তা ঈশি চোৎপদগী নমুক্ ঙৌরবা কুচু, নোংশা শাবান তাজবা হকচাং অমসুং লকু লেমম্রা মা-ল্লবা ঙোংগ্রোক ঙৌরবা ফৈগন-ফৈকবু মথেক শেংনা উরবদা নুজা অনিগী থম্মোয়দা কল্লক মিহৌবা পোবহললি অমসুং

কাম কৌবা লাইনা লূরবা চীংয়াগী পুথ্রীদগী কাখৎলক্তুনা লৈরায় মথক্তা লেপ্পরবোয় নিঙই ।

বসন্তনা চপ লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা সুরনিমালানা মহাক্কী ফুরিৎ মথক্তা থাঙন ওন্না ইল্লিবা হঙ্গামপান্নগী থুদৈ মতেঙ্ক, বসন্তগী মরেংবান্দা য়ানশিল্লগা— "কাম কৌবা ইবুংঙোদা ননাংগী ফিদেকসি কচ্চরগে " হায়রগা থুরুম্লকই । উপাল-গা লেপ্তুনা লৈবা ওয়ক্তুত্নুনা মরেংবান্দগী ফিদেক লৌরগা মফি হোংদোকই । মল্লিকানা— "ইত্তা তুমিৎ তাশিল্লক্লে, চৎ-লসি লাক্লো " হায়রগা ঈশিং সনাবুন্দু থোংকৎলগা চৎপা হৌখ্রে । সুরনিমালনা সনাবুন থোংকৎকে হেক তৌরকপদা বসন্তনা — "সুরনি অমুক্তা ঙাইখো" হায়রকই । সুরনি মায় ঙাঙনা লেপ্তুনা লৈ । বসন্তনা মমিৎ পিরাং চেন্না, তপ্না হায়-রকই, " নহাক্কী নফমদা রা অমত্তা হায়গে খনবসি কুইরক-লবনি অতুবু খুদোং চাবা ইফং ফংথিদে । ঙসিদি ঈশ্বরনা পী-নবিরমানে — 'নহাক্কী মফমদগী তুংশি খুদোনবু ফিগাও শানা নিজরিবসি- সুরনি নঙনা হাপ্পীরোইদ্রা ? "

সুরনিমালানা মমিৎতগী মপি চতুম ২ শিন্থনা সনাবুন মপান্দ মখুৎ পায়রত্নুনা হায়রকই, "হৌজিক্ অমুক অতু হৌ-দোকলুত্নুনা করি কান্নগদগে ? ঐগী তুংশি খুদোন্দ্রি অহানবা থেংনবমক্তদা থরায় হকচাংগা লোয়ননা কৎথোকচগ্রবনে । " মমিত্তগী শিন্থখিবা পিনা সনাবুন মতুংদা তাখিত্নুনা ঈশিংগা অমত্তা ওইনা তিন্নখ্রে ।

কোম্লোও ৱাংমগী শম্বল্লে মকাদা মল্লিকানা মাবু ঙাই-রম্বদগী — "ইভা ! লাকও, লাকও হুমিং তাশিল্লক্লে" হায়না কৌরক্কপদা সুরনিমালান। ঈশিং সনাবুনত্র থোংকৎলগা তপ্না ২ থোকখ্রে।

---

# হুল্লানল্লা কাল্লে !

বসন্তনা অশাম ঃশি কাদগী চুংশি খুনোনবু হংজক্নদা হবাও নুংঙাই ৱাখল শিনিম। পুল্লচুনা শ্বর অমংং শাংনা কোল্লগা মমায় মমাং ওন্দুনা সিড়ি মৎক্তা ফমলগা মণ্ডল ২ থনখ্রে।

সুরনিমালাদা পীগে খ" চিঠিজুদি পীহোত্রে। ঈশিংবু খিকচল্লকপদে, ঈবপ্প-ইরুপফনবনে— চিঠি পীবগী ৱাৱল তৌবা নংহৌদে। অত্থু ওইরবস্থ মচীনমক্তা যোংদোকতুনা অরেপ্পা অমা খওজরে। বসন্তনা চিঠীগ পুথোকতুনা পাবা হৌরকই। তাল্লক অসিদা পাখং অমা পুথ্রীসিগী মায়কৈরোমদা লাকলে। বসন্ত লৈবা উবত্থুদা কোম্লোও কানশিনলক্তুনা নাশোন পীক্লা চঙলক্লগা তুংলোমদগী বসন্তগী মমায়বু খুবাক অনিনা

খুমজিল্লরে। বসন্তনা— "খঙজরে সুরনি ! ঈশিং শোকপা অমুক লাক্লিবরো ?" অসি হায়রগা পাখংগী মখুংতু পায়শিললি। পাখংদনা চিঠিতু তাপ মুল্লগা বসন্তগী মমাংদা চোংশিল্লগা ফাক ফাক নোক্লকই। পাখংদদি অতৈ কনাসু ওইরমদ্রে, ঘনা ওই-রম্লে, "হায়রকই, হুরানবা ফারে। মকোক্তা নাঙ্গী পল্লে।" অসি হায়রগা চিঠিতু লাউনা পারকই। পাবা লোইরবদা — "ঐসু অমক্তা শিন্দোকহোগে" হায়রগা ফুরিংখাউদা হাপ-চিনখ্রে। অতুগা হায়রকই, "লমদা থাগী পূর্ণিমা তুমিংতা সুরনিমালাগা অহানবা পেংনখিবদগী ৬সি কালেনগী কুনমঙানি পানশিল্লকলবা অসি ফাও অরেপ্পা অমা থংগ্রিত্রা ? ইমায়পেম্মা ! উ অফোপ্পদ চঙবা সুন্না অপানবা লৈতনা হুক্তোকপগুম, ছাত্র ওইবা মরুপকী থম্মোয় দকা অনৌবদু, থৌনা ফনা ফোংদোকপা ওমত্রবা হুংশিবা কৌবা তীল্লা মনীং তৌনা মহুং মহুং হুংতংলম্মনি !"

মেন-মান্র তানা কৌনবা তৌদনা পঙাওদা ঙাংশিল্লকপা অংদা বসন্তদি ময়া কাখৎতুনা লৈখ্রে। ঘননা মখা তানা অমুকসু হায়রকই, "শ্রীরাধ-কৃষ্ণ অনিগী ভক্তা-বৈষ্ণবশিংনা 'হরে রাধে, 'হরে কৃষ্ণ' শোল্লগা অরাবা পোৎথনবগুম মরুপসু সুর-নিমালাবু শোল্লগা পোৎথনরমানেদো ! বৈষ্ণবশিংদি চুম্না শোঙ-বতনি — পোৎথফম থঙই। অদুগা মরুপতি মহুসু ওইরম্লোই।" বসন্তনা নোকমি ২ তৌরগা হায়রকই, "মরুপ নঙসে ওস্থোক ওস্থোকপা রা ঙাক্তা হায়দকো।" ঘননা— "ওস্থোকপা রা

নত্তেনে, হৈবোং মনুংগী তুমিংনা প্রকৃতিগী অশং-অমান খিবি-কসি অমুক্তং উবা ঋংজরুবদগী হৈবোং মনুংদা অমুক চঙনিঙ-দবগুম— মরূপসু সুরনিমালাগী মায়থোঙ থাজবু উরুবদগী অসিগুম্বা দৃশ্যাসিদা থিত্তুনা লৈরমানেদো। বসন্তনা— অদুসু হায়মল্লেদা।" ঘননা— "করম্ হায়মনব থোক্কোইনো ? মরূপা তমখৎলক্লিবা পান্নাত্তুদি ঐখোয়না হন্না হন্না পাত্থনা লোই-থোকপ্রবনি। নত্তে, অদুগা শমত্থনা কৈদৌবদা চোৎলুরিবা ? কালেন্দ তোয়না ইরুজরুনুকো, নাজনি।"

হুর.নবগী মফমদা অচুম্বা বিচারপতিনা ব্রায়েল্লবদি খুমহন-নীংবা মখৈ খুমহল্লবদা 'ঐ হুরাল্লুরে' হায়না খুম্নকপা নত্তনা। করিসু উপাই লৈতে। ঘননা অচুম্বা খুদম ঙাক্তা পীরকপা অসিদা বসন্তনা নাথৈত্তুনা খুম্বা ঙমখিদে। মহাক্না খুম্নিংবদি— "সুশা মরক্তা থবক অমা চৎলুবগী হুমাং শোত্থনা ইরুজ-থোকপনি" হায়বসিনি। অদুবু মসি খুম্বা য়াম্রত্থনা থোকখিবা খৌদোক্তা মগাক্না— বোকুল পক্ষী মখোঙদা তুম্লিঙৈদা সুর-নিমালানা লৈগী মশানা ঈশিং লুপালগা খিকথরকপা অন্তদগীনা —ঈশিং কুমথত্থনা লিক থিহনবা অদুফাও তম্লবদা ঘনত্ত ব্রাস্থ ২ নোকখ্রে। অদুগা হায়রকই, "কৈসু হেঙ্গনবা ঙমখিদে, চিঠিসু পীবা ঙমহৌদে" হায়রগা মখা অমুক তারকই, "মরূপা সুরনি কোয়বগীদমক্তদি ঐ লৈরি, ঐনা অঙম্বা মতেং পাঙ্গনি।"

ঘনাগী ব্রাঙাঙদা বসন্তনা থাগৎপা ব্রাহৈনা হায়রকই, "মরূপ নহাকসে পুকচেল শেংবা মীওইনি। অদুগা ব্রাঙাঙ-শাঙাঙ,

প্রমান-পানথৈস্সু ওস্থোক্লা হৈত্রে। করিগুম্বা আইন সভাগী মন্ত্রী নত্রগা উকিলগুম্বা ওইরম্লবদি ফাওগদৌজাংনি।”

বসন্তগী থাগৎ ব্রাহ্মদা ঘননা— “মদুনি মরুপ, লাইরিক্কা খর য়াম্লা তম্লম্লবদি শোয়রোয়দৌজাংনি। অদুবু ফজবা ব্রাহ্ম ব্রাতা, প্রমান পান্থে থিরগা নুপীমচাশিংদা চিঠী থানবা হোৎ-নরিঙৈদা শোয়হৌরবনি।” মখোয় অনি ফাক ফাক নোক-মিন্নে। নোকপগী খোঞ্জেল কনমনখিবনা ঈশিংদগী ঙা ফাও চোংথৎলকই।

মীওইবা খুদিংমক থাগৎপা ব্রাহ্মনা হায়রবদি মাগী ২ থঙ্গোয়দা হরাওবা খরদি পোকপা জাংনি। ঘননা হায়খিবদা লাইরিক্কা খর তম্লমলবদি শোয়রোয়দৌজাংনি” হায়বা ব্রা-ফমসি বসন্তগী থাগৎপা ব্রাহ্ম খরত্তননি। অদুমওইনমক কা হেন্না হরাওবা উংলুরবদি— “অঙাং ওইরিমানে’ হায়নৈ. হায়-বদি পঙলিমানে হ.য়বা।

---

# কৃষ্ণ জর্ম্ম

থা খর হৌখ্রে। হয়াও-কুম্মৈ কয়াম্থু হৌখ্রে। চহি চুপ্পা কুম্মৈ-ফিওং য়াৎপা মৈতৈ লৈবাক নত্তে ; অমুকম্থু কৃষ্ণ জর্ম্ম ওইরক্লে। শ্রীহরিগী অংশ-শায়োন, যশোদাগী থরায়গী মনি, রাধিকাগী চান্ন-থোইবা, মুনি ঋষিশিংবু য়োকখৎপিবা —মগুন লৈবা ইবুংঙো মহাক্না তাইবঙদা শায়োল্লকপা হুমিৎ অহুগীদমক্তা মপুং ফানা পাঙথোক্লনবা ঙসি অয়ুক অঙনবদগী প্রকৃতি কৌবী ইমানা হুমিৎ কৌবা মহাকপু নোংপোকথংবা চৌং মরুমদগী তরং-তরং থোকহল্লক্লে। ইঙা ইঙেনগী নোং মরাং কায়না ফংলবা নাপী-শীংবী ম তোন্দা পকপা লিক্লাশিংদা হুমিৎকী মঙান য়ৈরকলে। লৌবুক-লম্নাং, চৌং-মান মফম থুদিংমক ইশং শংখ্রে। পুখ্রী পাৎ, তুরেনশিংস্থু ঈশিংনা ঈরং লংখ্রে।

পুন্নমকসিগী মথক্তা কৃষ্ণ জর্ম্মগীদমক্তা মৈতৈ অয়াম্বা অয়ুক অঙনবদগী মরাং মরাং তৌনরক্রে। অহল-লমনশিংস্থু শ্রীকৃষ্ণগী মন্দির লৈবা মফমদা ইবুংঙোগী দর্শন ফংনবগীদমক ফি অশেংবা শেংতুনা চৎনবা হৌরকলে। শাবী-শানৌশিংস্থু মানা মানা

পাম্বা মতুং ইম্না থম্বাল হৌবা মফম লৌশিদা, পোইবোদা চৎনরক্লে। বিহোম চাবা চংপনা কয়া অমনি। কাইনা চীংদা লাই খুকম্বা চৎপনা কাণ্ডলুপ অমনি। অহলদগী অঙাং মচা ফাওবা শঙক যানরক্লে।

অসি য়ৌনা হনাওনরবা মতম অসিদা সুবনিমালা কৌবী হুজাপুদি মথন্নায় ইনুং যুংঙাইতনা উই। বসন্তনা মহাকপু সুংশিজে, মহাক্না বসন্তবুসু সুংশিজে। মমাগী ময়াম্না কাইনাদা লাই খুরুম্বা চৎনখিবা উবদা মহাবসু চংনিঙই। হৌখিবা সুমিংশিংদসু অমুক্তা চৎখিদ্রি খন্দুনা নহান্দগী চংচগে শঙ্খবনি অন্তবু বসন্তনদি পোইবোদা নত্রগা লৌশিদা চংলুসি হায়না হৌবিবদ্রে। মহাক্নসু সুংশিজবা বসন্তগী মকমদা মযাম্না চংনাবিবসি চংলুসি হায়বসিদদি মঙমখিদ্রে।

তম্পাক্লেগা বিনাসখীগা মমা মচাদি নহান্দগী কাইনদা লাই খুকম্বা চংলুসি হায়নবকই। ঙসি অমুক মখোয়না থৌরাং তৌরমদাইদা তম্পাক্লেনা সুবনিমালাদা— "ইবেম্মা ঙসিদি কাইনা চীংদা লাই খুকম্বা চংলুসি" হায়বকই। সুবনিমালানা খঙ্গ "অসুক কুইবকলবা মতমসি হয়াও হবাওনা 'ইবেম্মা' কায়বা রাইসি কয়া তোয়না শিজিন্নখিদ্রি, ঙসিদি ইমা অতোনবীনা থোন থোংনা 'ইবেম্মা' হায়রকলিবসি কবিগীনো? থেম্না তোয়না পোৎলবদি হৌকরনু হায়নৈ। অদুগা ঐদি কাইনদা চংনিঙই।" কনক তৌবা? ঐনা চংসি হায়দোক্লবগা ইমানা যারক্লরবদি।" অসুম্না খল্লবা মতুংদা মমদা— "ইমা। ঐ কাইনদা লাই

খুরুম্বা চৎলুগে ” হায়না হংজৈ। মচানা হূরাও হরাওনা হায়জরকপবু করম্না থিংলুগদগে, মমাম্নবীশিংস্পু চৎনৈ খন্দুনা— “চৎলুসো ২” হায়বিরকলে। মমাগী বাদা খজিক্তং হবাওবা পোল্লদুনা তম্প্যাকলৈ মমা মচানা থৌরাং লোইশিল্লক্লবদা মহাকস্পু থৌরাং তৌখ্রে। ঈক মায়থজরগা হৈ-লৈ শুনা হেকখ্রে। মমা চান্দনিনা মচাগী মশম হংপিরি। শম হাৎনা হাৎনা চান্দনিনা ফাগি তৌরকই, “বসন্ত হায়বদুবু নঙঙোন্দা কায়গে-গা হায়ত্রো ?” ‘বসন্ত’ পল্লকপা অদুদা হরাওজে। অদুবু অশেংবমক্কি তাকথোক্তবনা— “মায় হৌনবী তৌরদমী” হায়-রকই। মচাবু বসন্তনা কোয়রি হায়বসে মমাম্নবী মল্লিকাদগী খঙলবনি। খঙনা ২ হংজিন্নবনি। চান্দনিনা অমুকস্পু হায়বকই, “অপঙবী, মহাকতুদি জ্ঞান য়াম্না তাবা পাথংনিনে, তিল্লদা য়াম্না হুংঙাইগদবা মীওইনিনে!” অস্পুন্না ঙাঙনবা মমা ওইবীনা মচাগী শম হাৎপা লোইখ্রে।

ইথক ইরাংগীদমক্তা বসন্ত নত্তবা কনাগুম্বা অমগস্পু থেংনবা চৎপা নত্তে। কৈগু খঙজদনা চুম্না চৎচবনি। মায় মিত্তা হামুক হনায় তৈশিনবগা হৈজবী নত্তে: সুরনিমালাগী মায়দি —পুর্ণিমা থাজ হাযবস্পু কোয়মল্লি, শগোল মায়তা হায়রবস্পু শাংমল্লি। অফাওবা চিত্রকারনা থস্বাল লৈনাগী মওং হাইফেৎ মাম্না য়েকপগুম নীথিজরবী মাগী মায়নি। শেংলি ঈল্লিবা ফি রোলস্পু মমল য়াম্না তাবা নত্তে। ফজববু থাবগা—অমকপা লৈতনা ফজরবা মায়থোঙদা পানথৎলকপা থাজবী মওংদা মুগুক

মুনা কোল্লবা পিশুম, সুংশিহনবা হৈরবা মাগী মমিৎ, রোই-রোয় ছুইথরকপা · নাতোন্দ্রা নম্বা চন্দোনগী সিড়িনা ফজবদা নগুনা ব্রাখল খনবা কনাগুম্বদা মহাকসিবু ইপা ইপুগী চৎনবী নিয়ম ঙাক্লি হায়বা শঙহল্লী ; শিংলীদ, ঈ চেনবা উবগুম তঙাং-লবা ওই থংবা খজাইদা থুংবা, শমক্রু, লুপা মহী মচুগী নানপ্পী-না নাগী লৈতেং ওইরিবা, নোংশাগী শাবান্নদা চেংতক তৌ-রবা খাঙদা শেৎপা কন্নারংগী ফনেক্লা খাঙগী ফজবা কুচুগা অমত্তা ওইথ্রি ; তরোপ্লবা হকচাংদা লিংপা অঙেবা ফুরিংকী মথক্তা থবাক ঙানফম অনি তম্না য়াম্থরক্লিবা লুপাগী লিক মরী ; ইল্লিবা অতিয়া মচুগী ইন্নফি, ফিজিনদগী লিথরকপা শমদোন —পুন্নমক শুক্ষাংনীংঙাই মশক্লি খোঙ খুৎকি লৈতেংতবু চায়রগা— হুমা মরিক ২ কাররা খুকম খোঙদা তাজবী মো-দোনবু ঙমজবী অনিদা তোংবা অচথা সেন্দ্রল, থম্বৌ হেরানা ইকায়নিংঙাই ওইরবী, তাপকা পায়বদা পোক্লা তেকখিগদৌ-বোয় নীংবা খুদাং অনিদা শিবা খুজী— পুন্নমক মমা পুর্ক্ত-দগী সেনদল তোংলগা, খুজী শিরগা পোকলকপোয় নীংবা মথৈ নীংথিজরি। ওম্মোক্লা ফজখ্রেদা ! হায় কান্নদে ! শেৎ-লি ইল্লিবা লৈতেং খুদিংমকসি অমনা অমদগী ফজগে হান্নবা লক তান্নরি । ফজবদা হেনগে তান্নরবদি কয়াদা ফজগনো হায়-বদো খন্দুনা য়েংবিরো । মাগী ফজবা থান্নিঙৈদা হুমিৎ তাখি-মুনা হানখিদারে । ফজবা হায়বসিনা শেৎতোক চাথোরকপদি ইফদা ফজৈ,

ইপক্কা পকচৈ। শকণীবা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ইমানা 'হচাদি মশক থী, বুচু মুক' হায়তুনা পল্লগদবা ফিজোল থোনবিবিঙৈদদি খরতুম ফজবোয় নীংলমই ; হৌজিক্তি— ইশা-না ফিজোল লৈজববা অসিদা সুরনিমালাহোয়ন. শেৎ-চাবগী মতৌ অল্লুবদগী হেয়া থীডল্লক্লে। ফজবী মঙোন্দ অম্ময়সু চিংনহল্লে, "ঐম্ম অম্মুক য়াম্না থীব্রমগত্র ?"

শেৎতোক চাথোরকপা থুদিংদসু পকচরবী. লৈহাউ লৈ.রল কুচরু ঙমজবী, পোমশাৎনরবী থম্ব.লহুম্না নিঙথীজবী, ফজবা শক্লোন কয়ানা সুংশিশা চেংলৌ চেল্লবী— অসিগুম্বী নুজা অসিবু অউবা পাথং কনানা 'ইস ! ওহ্হারা পামগ্রেদা' হায়রোইদবা য়াওবগে ? করিগুম্না তাপ পায়তুনা ফুরিৎথাউ-দগা হাপচনবা য়াবা পোং নত্রগা যানুংদগা! কুৎ লাউনা য়োং-শিনবা য়াবা অচাপোৎকুম্বা ওইরম্লবদি— অচুম অরান খঙদবা মথৈ হাপচল্লিঙ্গনি অমসুং যেংশিনিঙ্গনি।

সুরনিমালাগা চংমিঃরিবী বিনাসখী মমা মচাদি থাউ-দোক্লা মতমগী খুংশেম চঙলিবীনি। বিনাসখীদি থম্মু থমথো, তম্পাঃক্লে হায়বীসে ফনেক খোয়থা শেৎলিবীনি, শম্মুমদা লৈ পেৎলিবীনি, মথুংতা খুজী সিরিবীনি — পূম্নমক মতমগী ইরাংনি।

বসন্তগা চংমিন্নবসু নত্তনা ঙসি সুরনিমালানা হরাও কুম্মৈ থোকলে হায়তুনা অদোম্না হুজানু মমিৎ য়াম্বীনি হায়নদি খঙ্বীরু-মুকো। অদোম্না খল্লীবহু চুমই। হৌজিক অসি পাথংশিংনা

অশেংবা লৈশাবী থিবদা য়াম্না ৱানরে। অদুবু ইকায়খীবী মহাক্না ওসি নোংমথক মপান থোক্লুবা অসিদগী-কিলরগুম্না তৌরক্লগনি হায়বহুদি থাজবিরুহু।

---

## নুংথিলদা।

অয়ুক্কী মতম হৌখ্রে। নুংথিল ওইশিল্লক্রে। রসন্তস্থ হুমিদাং ৱাষ্টরমগী ওইনা শোরোকফাও ঙাইহাক থোক্লুগে খল্লহুনা স্বরনিমালাখোয় অদ্বায়দা সাইকল থোরককলে। মীনা শোরোক অসি ক্রক-ক্রক ইন্নখ্রে। অঙাং মচাশিংস্থ কৈথেল্ল থোকলক্লুনা মচেম মমা ওইবীশিংদা ৱোল অকাম্বী লৈবীয়ু, অত লৈবীয়ু, আদা লৈবীয়ু হায়বনচিংবা তৌনরকলে। নুংশি থৌনা হাপকৎননরা শাবী-শানোশিংস্থ ফজবা দৃশ্য, থৱাল হৌবা মফম অমস্থং সিনেমা ড্রামা য়েংননবগীদমক জুড্রা ২ চৎপা উই। শোরোক অসি মীগী তুরেল ওইখ্রে। দারোগানা মুলজগী লীচৈ পায়রগা হোইদোরকপদোনা শোরোক্তা থোক্লকলে। মী

ময়ামসিবু তূমিন্না য়েংবদা ককচেং মকোন থুগাইরুবদা মফম মরাং খণ্ডদনা মরূম পুন্থনা চেনবত্ত মাল্লি।

অসিগুম্বা মীয়াম মরক্তা বসন্তনা সুরনিমালাবু থিবা হৌরকই। শাওং শাদা মান্নবী অমত্তং থর লাপ্প উবদা ওইরবোয় নী'দুনা মিহুন পিং ২ হেক লাউই। অতুগা ওইসু হেক ওইরমদে। মহাক্কী মমিংসি থমযম লৈখিদ্রে। তোয়না তোয়না হোংই। উত্রবা অত্তুদা বসন্তনা খল্লকই, "মহাকতুবু থোকলকতবজাৎলা. কদায়দা চৎখিবনো? মফম অত্তদা চৎলুসি হায়নসু হৌনরুদে।" অসুম্না মওল ২ খল্লকই। পাথং অমনা মাগী সুংশিজবীবু, চৎলুসি হায়নবা মফমদা পুবিবা অত্ত উরগা মহাক্না খল্লকই, "ঐসু অসুম্না পুবিবা য়ারবনি। থীবোঙ পান্দেদকো। ঐবু মহাক্না থাজরমখিদ্রা?"

বসন্তগা নহানথৈ তিন্নবা মরুপ-মপাংশিংসু অমত্তা উবা ফংদে। মহৌশানা হরাও-কুম্মৈ কয়া চৎকনদবা মীওইনা নোং-ফাদোক চৎলুবসে, নাইতোম য়াম্না তাগল্লী। মহাকসু নাইতোম তাহৌরে। ঘনা অমসুং বিমোন, মরুপ অনিমকসু উত্রবা অদ্ধুদা বসন্ত য়াম্না সুংঙাইখিদ্রে। শৌরোক মতাইদা সাইকলদা অসুম ঙারগা লৈরে। চপ লেপ্তুনা অসুম লৈবদুসু মীনা— "করি ২ তৌরবা জাৎনো? মসি পাথংসি মথরাই সুংঙাইতনা উই" নিঙ-গ্রনি হায়তুনা পন্থুংফম লৈতনা সাইকল তপ্প। তপ্পা থৌবা হৌরকই।

ঈশ্বর অমনা ইন্‌শিল্লকপগুম বসন্তনা— "মথোয়গবু কাইনা

চীংদা গোবিন্দ খুরুম্বগা চৎলমগদ্রনে ? ঐখোয় অদ্বায়দগীসু ঙসায় অয়ুক লৈশাবী ময়াম অমা কাইনদা চৎনখি। শোয়দনা মখোয়সু চৎলমতারে। ঙনিগুম্বা ভাবসিদগী মপুক্লিং খজিক্তং থোগৎলহনা তন্দে মান্দ সাইকল খোরম্বদগী খোঙনেং ওৎপা মশীং হেনকৎলকই অনসুং কাইনা চীং পাংনা থোক্রে।

লৌবুক লম্বাংগী মতাইদা লৈরিবা শোরোকতা চৎনা ২ বসন্তনা উবা ফংলে,— পাকলবা যণজাবুঙনা নাপীনা ঈশং শংনা শন্দোকখিহনা ঙমখৈ লৈতবগুম পাকলবা লৌবুক্কী অশংবা ফৌনগা শম্নখ্রি। অশংবা ফৌনা মরক্তা চেল্লীবা লৌখোং-শিংদা ইমা ইবেনশিংনা ঈন চিংবগী অমুমুক শোনকৎলকপদা তারমদাই হুমিৎকি মঙাম্না য়েবদি— ঈশ্বরনা পীরিরকপা মিং অসিদগী শক্তি হেল্লবা মিংশেন্না, মিং অসিবু থকতোকপা ঙমগ-দৌবগুম লংলি। পাক্না শন্দোকখ্রিবা অশংবা ফৌনাশিংনা, লৈচীন নেংকাই থাংদ্রবা খুঙ্গংগী উ-রাশিংগা শন্নখ্রি। চীংয়াদা ঙা-থেংনা হৌরিবা উ-রাশিংদগী অমুকসু— মুনা শংলবা চীংগা শন্নখ্রি। চীংদোন্দগী অমুকসু শংবান্নবা অতিয়ানা তাইশিন্নখ্রি।

মপুক্লিং হুংশিনা মথক্তা শোরোক্তা গাড়ী থৌনা থৌনা চৎখিবদা কাইনা চীং য়ৌশিল্লকলে। সাইকলদগী কুমথরগা মখোঙনা চঙশিল্লকই। পুং ঈশৈগী খোঞ্জেল হুংশিনা তাবা ফংলে। মহাক্না মকম য়ৌরকতুনা কাইনা চীংবু কোয়না য়েংনা হৌরকই। চীংনা ইকোয় কোয়না খাজিল্লবা মকম অমদা মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী ইমানা হৈ-লৈ ক্তনা থারম্বা মকম

অমা উরি। কৃষ্ণ অসিগী মমায় ওইরপ্না থৈরাংখোয় পাম্বী অহুম্না নোংপোক নোংচুপতা পরেং ওইনা হৌরি। মসিগী অরাং থংবা নাকন্দা মণ্ডোপ খল্লি। চাউরবা মণ্ডোপ অসি মীনা মমায় চোম্না ট্রই। মণ্ডোপ অসিগী খা-নোংপোক অমস্তুং নোংচুপ থংবা মায়কৈ অনিদা অচৌবা থৈবোঙ পাম্বী অনি হৌরি। খা নোংপোকলোম থংবা থৈবোঙ অসি গোবিন্দগী দর্শন ফংনফম্নি। নোংচুপ থংবা মায়কৈদা হৌরিবা থৈবোঙ পাম্বীসি শুরুংগা শন্নবা থৈবোঙনি। মসিগী মুক নোংচুপ থংবা মায়কৈদা ঈকুৎ মচা অমনা খা-রাং পাংনা ত্রোং ২ চেম্থরি। মণ্ডোপকী অকোয়বদা কোয়না য়েংখিবদা হৈনৌ পাম্বী কয়া কয়ানা তুম্বক তুম্বক তাশিন্না হৌরি। নোংপোক থংবা চীংখাদা য়েং-খিবদা অশংবা ফৌনানা খারোমদগী অরাংলোমদা শন্দোক-খ্রি। অশংবা ফৌনা মণক্তগী অরাংথংবা মায়কৈরোমদা য়েং-খিবদা— চীংথক্তা, চীংমায়দা, অনকপদা, অরাপ্পদা— মফম ২ খুদিংমক্তা কিহোম পাম্বীশিংনা পরেং পরেং, লৌরী লৌরী নাইনা— শুমাং মমায় মোদোক্লৈগুম নিংথিনা হৌরি। কিহোম পাম্বীশিংগী মরক্তা য়াওশংদোনা শং মচা মচানা চীংমায়দা নপ-শিন্দুনা লৈরি। অরাংদগী নোংপোকলোমদা মায়ওম্লক্তুনা খা থংবা মায়কৈদগী য়েংলকপদা— কিহোম অমস্তুং উ মচা মচা হৌবা চীংশাং পরেং অমা অরাং পাংনা শন্দোকখ্রি অমস্তুং চীংগী মাপোমদগী খুজংগী উ রানা শমনখ্রি। অমুক হন্না হায়-জরবদা— রাধা-কৃষ্ণ অনিগী প্রেম লিলাবু নিঙথি ২ না বর্নন,

তৌহুনা, পুংলোনগী ত'ম্না চানা শকলকপা ঈশৈগী রসপূ—ম'ণ্ডোপকি অকোয়বদা হৌরিবা মনা পুংবা থৈবোঙ, হৈনৌ উ-পাল রাগ্গাল কয়া কয়ানা তুমিন ২ লেপতুনা তারি। রস চুপ্পদা হুমাং শোবা খণ্ডম্রবা ভক্ত-বৈষ্ণবশিং অমসুং থৈবোঙ হৈনৌশিংবু— কাইদা হুম্বা মালংবনা অমুমুক খোঙশাল্লকতুনা হুমাং শোবা কোকহল্লি। উনা-রানাশিংনা জ্বায় ২ লাউনা থুবাক থুহুনা ঈশৈগী তান থারক্লি। চীংথাদা হৌবা কৌশিংনা লুংশিংকী ফোরোয় মতুং ইন্না,-- ফোনাগী ইথক হৌরি। মনা পুবা হৈনৌ পাধৌগী মশা মরক্তা ক্তেনরাসু 'তে,-তে' অমুমুক খোঙলক্লি। উরোকশিংনা উদা তোংলম্বদগী পাই-থোরকতুনা— অশংবা ফোনা মতোন নক্না, চীংখোঙ চীংয়াদা লৈন। লৈনা পাইশিনখ্রি। কয়াদা কজপ্রবনো। পুম্নমক থম্মোয় শুক্কংনিঙঙাই মশক্লি।

---

* অখণ্ড অহৈশিংনা হায়নৈ— ইপুধৌ পাখংবনা লৈবা মফমদা শুরুং লৈ। মহাক্না শ্বর হোন্দাক হোপ্লিন তৌবা মফমদু শুরুংনি। থৈবোঙ অসি মহুং হোবা শুরুংগা ফাওনবা থৈবোঙনি।

* রাধা-কৃষ্ণনা লৈবা মফমদা রাধা কুণ্ড, শ্যাম কুণ্ড লৈগদবনি হায়নৈ। ঈফুং অসে কংবা নাইম্রবা অহুগুম্বা মফম্নি।

চীংনা কোয়না পল্লাবা, চীংমীনা কোয়না পনঙাকপ। মৈতৈ ইমাগী তম্পাক্তা, ফজবশিংগী মরক্তা ফজবা কয়াসু লোৎতুনা থম্লিবোম্মদো ! ইমা ! অঙবু কয়াম কুইনা লোৎতুনা থম্বা ঙমগদগেনে ? নচা ময়ামনা ইমাগী তম্পাক থক্তা কোয়চৎ চৎতুনা ইমাগী মতিক মগুনবু মীঙোনদা শন্দোক্লনবা, কদায়দা ফুরি লৈরিবগে থিনরকপদা, ঙসিদি চিকলবা * কাইনা চীংগী উমংসু নচাশিংগী খোঙ্জেলনা ঙুং ২ ঙংখ্রে ।

দৃশ্যসিগী মথক্তা অপাম-হুংশিংগী মৈচাক পুরংা বসন্ত মপুক্লিংদা থুক লাউবা পোকলকহ ; করম্বা শাবী শানৌনা পুক্লিং হুবা দৃশ্যবু উরগা মাগী রাথল তাহা তাহাবগে ? বসন্তদি সুরনিমালানা কাইনা চীংসিদা তশেংনা চৎলমগনি খঙনা লাকপা নত্তে। মথক্তা মচী অমদা চপ লেপলগা কোয়না ২ য়েংলম্বদগী— "ঈশ্বর ইবুংঙো সুরনিমালাহু ফমংনগা লৈরমলবদি হুংঙাইগনিদকো" শেল্লনা নহারোলশিংনা ফম্বা লেপ্পনচিংবা, তৌরিবা, মঙোপকি মখা থংবা মায়কৈরোমদা চঙস্লিলক্লে। নোংচুপ ইথং থংবা হৈরাংখোয় পাম্বীহুদা মখুৎ য়েংনা পায়রগা তিল্লিবা মীয়ামহু চাউরাক্লা য়েংলকই। ভাবোকশিংগী মহুংদা, ব্রহ্মন-বৈষ্ণব, অহল-লমনশিংনা খাইগী মাঙ থান।

---

* হৌজিক কাইনা চীংদা প্রকৃতিগী ফজবগী মথক্তা থুংশেমগী ফজবা হাপকৎলে মঙোপ চাউনা শারে। থৈবোঙ অমা য়াম্বৎতুনা রাধা-কৃষ্ণ অনিগী মন্দির লিংখৎলে।

মখোপকি লৈতেং ওইরি। ময়ায়দনা ঈশৈ শকপী মরিনা খা-রাংদা অনি অনি লেপলি। নোংপোক থংবা মায়কৈদা পুং য়ৈবা লৈরি। রাধা-কৃষ্ণ, পুং য়ৈবা, ঈশৈ শকপী, ফজবা দৃশ্য— মখোয়সিগী মগুম্না হেনমনখিবনবু ওইরবরা নত্রগা নহা-রোলশিংনা ভাব তাদ্রনবু তৌবরা— পুন্নমক পুং মখোন ১সুং সুংশিনা শকলকপা ঈশৈগী খোঞ্জেল নত্তনা থোইনা নিল খোংদে। তূমিন লৈয়ু হায়না ব্রারকনদে। তূমিন ২ লৈনৈ। ঈশৈ শকীপশিং অসিসু থোইদোকনা মমিং চৎলবী ঙাক্তনি। মপোক্কী ঈশৈ শকউ হায়না পীথোরকপী ঙাক্তা ওইনা তৌই। খুংখং থুনা থল্লকপা পুংলোলগী তালদা থাংলকপা খোঙথাঙ খোল্লিক, জগোয় শাথেক— পুন্নমক অমনা অমদগী হেন্নদে। মসিনা ভাবোকশিংদা য়েংনিঙবা, তানিঙবা পোকহল্লি। মশক মতৌ মিংয়েং নায়েংসু থোইনা ব্রাংনদে। ঈশৈ শক্লা ২ পাখংশিংদা মিৎচিগী তেনসু কাপলিঃ ক প্পা কাপ্পা অথাবা শেলসু লৌরি ; লৌনা লৌনা খোঙ খুৎকী তালসু কায়দে, খুৎকাপ্পী কাপ্পা ২ লৌই।

* রস শক্লিবীশিংগী মতুংদা মথাথংবা মায়কৈগী নোংপোক

---

* রাধা-কৃষ্ণ ইবেম্মা ইবুংঙোগী মগুনবু শক শোল্লিবা ঈশৈ ময়াম অসিবু অনি থোকনা থায়দোক্লি। —অয়ুক হুং-থিল শকপা ঈশৈবু রস হায়না খঙনৈ। অহুংগা হুংদাংগী মতমদা শকপা ঈশৈবুনা বাশোক হায়না খঙনৈ।

থংবদা লেপ্লিবী ঈশৈ হনবীতুনা, রাধানা কৃষ্ণগী মগুনবু মতারোয়শিংদা থাগৎপগী মতাং অমা শরুক্লি। ঈশৈ— "কয়া ফজরি য়েংউনে ইতা ইবুংঙোসে !! খঙদ্রে ইতা নোংদম্বনা ঐখোয়গী পুক্লিং হুনবা শেম্বরা !! মালা নত্তে জগৎপু শুদ্ধৎ- পনি !! মরোল অহুমদা অসিগুম্বা শকসে কৈদৌঙৈদসু উদ্রি ইতা !! চান্নৌ, চারবী ইতা মিংফম অসে হোংবা য়াদে !! "

ঈশৈসি তানা তানা বসন্তুনা অরাং অমসুং নোংপোক্ক থংবা নাকনলোমদা ফল্লিবী ইচে ইচন, ইমা ইবেনশিংগী মরক্তা য়েংবা হৌরকই। মহাক্না য়াম্না লুনা থমজবা, মীনস্ন য়াম্না পাম্নবা পোৎ অমা মাঙথি-তাখিবদা মী খঙহন্নীংদনা থিবা পোৎ- থিগুম মমিংনা সুরনিমালাবু থিবা হৌরকই। মহাক্না মায়- য়োক্লনা বিনাসখীনা কোয়রাওনবী মিংস্ননা য়েংলকপা উরে। মথংদা মল্লিকাসু লৈবা উরে। মখোয়গী মরক্তা কনাগুম্বী অমা মমায় নোম্বরগা মথরায় সুংঙাইতনা ৱাখল তৌবা উরে। বসন্তনা খল্লী— "মসি সুরনিমালা মানথ্রেদা, অমুক্তা মমায় নোথৎলক্লবদি ফনিদা।" অসুন্না খল্লীঙৈদা মল্লিকানা মথরায় সুংঙাইতনা লৈরিবী অৎদা ইঙ্গিৎ তৌরি। লৈশাবী অসে সুরনিমালানি। মহাক্না বসন্তরোমদা য়েংখোরকপদা মখোয় অনিগী সুংশি মিৎস্না মরিনা থম্মোয় থম্মোয়দা পাম্নখ্রে। উনদবগী অৱাবা মৈচাক কোক্লখ্রে। হাথু হাথু কাপ্পা তেন্দি শাদা পাল- হৌরোয়বু খনব্রা কৈনো। মখোয় অনিগী মিৎয়েংসে হাথু ২ য়েংনবা মিৎয়েং নত্তে। চিক্লা ইংনা য়েংনবা মিৎয়েংনি ?

মল্লিকা অমস্তুং বিনাসথীনা অহল-লমনশিং ফম্লিবা সোমদা তোয়না তোয়না য়েংশিল্লগা বসন্তদা ঈঙ্গিং তৌরকলি। মহাক্না — করিগীনো খন্দূনা অহলশিংগী মরক্তা য়েংথরকপদা ঘনগা বিমোনগা তুমিন্না ফমদুনা লৈরম্লে। খোঞ্জেল খোক্না কৌবদি অহলশিংদা অকায়বা ওইবনা বসন্তনা বিমোন্দা লৈতুম মচা অমনা থারুরে। য়েংথোরকপদা বসন্ত ওইরম্ব'দা ঘনগা লোয়-ননা হৌগৎলকতুনা মখোয় অহুম খুৎ শোকনম্রে। অহুদগী হৈরাংঘোয় হৌরিবা অহুগী খারোমদা গোকলক্তুনা নাপী মথক্তা ফম্লগা রারী শান্নবা হৌরকই।

বিমোন্না বসন্তদা— "মরুপ্প য়োবিরকপা কয়াম কুইরবগে" হংলকই। বসন্তনা— "ড্রাইহাক ওইজরে। ড্রাইখো মরুপ! স্বরনিমালাসি কনাগা ল কমিন্নে।" ঘননা— "ঐখোয়গা লাক-মিন্নরিমীনে।" বসন্তনা— "অহুবু খোঙনা লাকপ্রো?" বিমোন্না— "সাইকলদা লাকপনে।" বসন্তনা হংলকই— "স্বর-নিমালাদি কনানা হাপপিরকই?" ঘননা— "বিহুরনা হাপপি-রকই" খুমই। বসন্তনা ইপা পাখৎনা— "অওইবরনে মরুপ" হংলকই। বিমোন্না— "অওইবা নত্তুদি। নঙঙোন্দমৃক মিনম-খিদ্রো। বিহুর মখোয় অনি গা-গা তৌহুনা রারীগা হুংঙাইনা শাহুনা অমুক্তোইথ্রবনি। বিহুরগা হুংশিনখ্রবনি, কোয়রুরমু কৈস্নু কান্নররোয়।"

ম্রাহৈশিংসি ভাবদা খঙহৌদনা বসন্তগী মায়খোঙ মকশিল-লকই। কপ্নিং কপ্নিং মথৱায় হুংঙাইতনা ম্রাখল তৌরকই

—"ইস ! নুপীগী পুকচেন ! মথে'ন মরাহৈনা থোংলীবা ! ঐগী থম্মোয়দগী ঈ চুপকে খঘ্রী.বায়দো ! কয়াদা নমথাক হৈগ্রবনো ! ঐনা মুংশা মরক্তা যাবু থিরকপদি অসিরা ! অদুগা ঐসু নুপা থোকমনদে, মহাকপু মাঙজোননা হৌরম-লবদি ফগদবনি ।" অস্নুমমুক মথনতা নিন্দা তৌরকই ।

বসন্ত মকমসি থাদোকতুনা য়াম্না থুনা চৎনিঙগ্রে । অম-রোমদা বিদুরগা মুংশিনগ্রে হায়বতুদা হেম্না পামশিল্লকপা অমসু য়াওরি ।

মহাক্না মথরায় মুংঙাইতনা রা মচেৎ তমঙা ঙাঙাখিদবা অদুদা মরুপ অনিনা ঈঙ্গিৎ তৌনরগা ফাক ফাক নোকথো-রক্লে । অদুগা বিমোল্লা হায়রকই, "কপচেৎপা ফাগি তৌব-নিনে ।" বসন্তনা ঘনদা ওনশিল্লগা— "মরুপ ! ঙশেংনা বিগুরগা লাকমিন্নব্রো ?" ঘননা— "নতৌ য়েংগে তৌবনিদা, লাকমিন্নদে । অসি হায়রগা খোঞ্জেল থর হৌনা মথা তারকই, "অদুগা ঐখোয় লৈরিঙৈদবু মরুপকী চান্নথোইরবী সুরনিমালাবু য়েক্লবা কনানা জয় ওইথিগদগে ? মশানা য়াররগা অতোপ্পগা মুংশিনগ্রবসু ফাদুনা লৌগনি ।"

ঘনগী ফজমনবা রাহৈসিদা বসন্ত. হায়ফেৎ ইকায়বা পোকই । হায়রকই, "নখোয়গী ফাগিদা ঐদি নত্ত-নত্তবা রা-খল্, য়াম্না থল্লুরেদা ।"

বসন্তনা কুপথনা অমুক হংলকই, "মরুপ অনিগী সাইকল -দা লৈশাবী অহুম হাপ্পা য়াব্রো ?" ঘননা— "সুরনিমালানা

বিচুরগী সাইকলদা তোংঙু য়াদবদগী ঈল্লগা অদুম ঐখোয় পুন্না খোঙনা লাকমিন্নে।"

অশেংবমক্তি বিচুরনা সুরনিমালাবু মাগী সাইকল-দা হাপ্পীগে হায়বদা য়াখিদে। বিচুরগী সাইকলদা তোংলবদি মঙোন্দা য়ারে হায়না লৌখিনি খল্লদুনা সুরনিমালানা তোংখিদবনি। অদুবু বিচুরনদি— ইকায় থিবা ওইবনা শোরোক্তা চংপদা মী উখিনি খন্দুনা য়াদবনি হায়না লৌখি॥

---

# হল্লকপা।

অখোয় অহুম্না রারী শাম্নরিঙেদ। খঙহৌদনা নোংজম জম তাশিল্লক্লে। সাইকল ইনশিন্দুনা মঙোপকী মচি অমদা পুল্লপ থমগ্রে। নহারোল অয়াম্বা সাইকল ইনশিনবনচিংবা গা-গা লাউনরকল্লে। ইচেম ইন্দোনশিংসু লাওবা হৌনরক্লে। ঈশৈগী খোঞ্জেল য়ৈথৎলক্লে। ভাবোক্কী নিল্লকপা খোঞ্জেলগা নোংগী জম ২ লাউবা খোঞ্জেলগা অমত্তা ওইখিদুনা পুম্নমক নিজখ্রে। ঈশৈ শকপসু লোইশিনখ্রে।

নোং কয়া ত৷রকপা অসিদা বিরেনা মাগী মরুপ অনিগা উরক য়ারক্লগী মকোক্তা ইচোৎ চোৎনা য়ু ঙাওহুনা তুরুবদগী ছৌগৎলক্লগা মখোয় অহুম শ্রো শ্রো চিংন্নবগা তুরোয় ঙারোয় মঙোপ লোমদা চঙশিল্লকই ।

ময়ামদুনা মখোয় অহুমদা পঙয়েংদা য়েংনৈ। হাইবং হাইরং বিচরনা ঙাঙবা হৌরকই, "ঈশৈ শক্লো ‘ পৈশা থারগে। করিগী লোইশিল্লিবনো ? নোং তারবস্তু শকউ ২। ইবেন্মা মুং-শিবী। নঙগী তান্না মানবী খোঞ্জেন্দা নঙগী তামে। অমুক্তা তাহল্লো। পৈশা পীগে, পৈশা।" অসুম্না ঈশৈশকপীদা লাও-খোংলগা মখোয় অহুমত্থ লেঙ্গোন্নরগা চৎপা নিংথিনা হৈত্রিব। অঙাংগুম্না মখোঙ কাফৈ তুফৈ থাংলক্লগা সুরনিমালাখোয়গী মতুংদা ইচোৎ চোৎনা ফমথত্রে। মুপীশিংনা উম, উম হায়না মনা-তোন মেন্নে। অঙলশিংনা "কনাই,কনাই মচানোনে" হংনৈ।

নোং চুবস্তু লেপথিত্রে। অতিয়াদগী অতৎ অথম লৈতনা জ্রো জ্রো শিন্থরক্লে। মী অমত্তা চৎপা য়ানথিত্রে। ছাটিন য়াওবা য়াওদবা চপ মান্নত্রে। পুল্লপ পুল্লপ তাশিন্দুনা চৎপা য়াবা তাঞ্জা ঙাইনরক্লে। মুমিৎস্তু তাবুং তাবুং তৌশিল্লক্লে। মীপাই চাউবী মুপীশিং "কন্নায় চৎকনি" হায়নরক্লে।

মুমিৎ পুমত্তা তাশিল্লক্লফাও নোং তাবা লেপখিত্রে! থা-শিরমদাইগা ওইরে. চীংনগা কোয়না খাজিন্থ মকম ওইবে, মম্বনা মাইকৈ খংনরক্তে। অরেম্বদা লাকচরমলে হাইবা য়াওনরক্লে।

হুমিং থেংজিলক্লে। লেপ্তুনা চুরম্বা নোংসু খর ২ পাশল্ল-ক্লে। তিল্লিবা মীওই খুদিংমক অসুম লৈবা য়াবা মফম নত্তে, চোংলবসু চোংনা চৎলসি হায়নরক্লে। নোং খর পাশল্লকপা অতদা ইমা ইবেনশিং চৎননবা থৌরাং তৌরক্লে। মচা মশু কোবা হৌনরক্ল। সুরনিমালাহোয়সু তম্পাক্লৈগা লোয়ননা কাইনা চীংদগী থোরক্লে। বসন্ত; বিমোন, ঘনা— মখোয় অহুমসু হুপীমচাশিংগা ভুংথা মাওথা থোকমিন্নরক্লে।

মখোয়না অসুম লাকপদা কাইনা চীংগোল হাইজল্লম-দাইগী খা-নোংপোকলোমদা চৎথ্রিবা লম্বীহু য়োশিল্লকপদা বিহুরগী কাঙলুপনা বসন্তগী কাঙলুপতগী হেনগৎখিদ্রনা সুর-নিমালাখোয়গী ভুং ইন্নখ্রে। লম্বী অসিদগী মথা পাংনা অথুবা লৈরক অমা চঙখ্রে। নোংগা পেংলি পেংলি চুরে, মফম অম্বায়সিনগা খর শুক্লে, পুম্মম মমখ্রে। তম্পাকলৈনা সুরনি-মালাবু অথুবা লৈরক, অশুকপা অদোমদা চৎখিসি হায়রকলে। সুরনিমালানা খঙ্গে— "মীনা চৎনরিবা লম্বীসিদগী থৈদোক্তনা চৎসি হায়রিবসি অফবদি ওইরোই; বিহুরসু ইন্নরকলি। ঐবু ফাইন্দগী তৌবা থৌরাং ওইরমগনি। কাইনদা লাই খুরুম্বা চৎলুসি হায়না হরাও হরাও হায়বদি অসিগী ওইরমগনি।" মিপাইরবী সুরনিমালানা মতা মল্লিকাদা বসন্তখোয়বু কৌখৎ-পিয়ু হায়রকই।

মল্লিকানা তোয়না তোয়না কৌরকপদা তারহুনা বসন্ত খোয়সু মখোয়গী মনাক য়োশিল্লকলে। মখোয়না য়োরকপদা

বিহুরনা মমান্নবা অনিগা লৈরক অথুবগী মচীন্না সুরনিমালাবু ফাগদবগী থৌরাং তৌরমই। বসন্ত, বিমোন, ঘনা— মখোয় অহুম লাকপা অহুদা থৌরাংত্থ পাঙথোকপ। য়াত্রহুনা বসন্তবু তুংদা কৌথুরগা বিহুরনা হংলকই, "নঙনা ঐবু মতম অমদা জেলদা লৈহনগে থৌরাংলমলিবা করিগীনো? ঐনা কোয়রিবা লৈশাবীবুস্থ করিগী নঙনা কোয়শিল্লকলিবনো?" বসন্তনা খুম্নকই, "ভায় বিহুর ঘড়ীগী মতাংহুদি অদোমস্থ মম্না রাখল তৌবিয়ু। অদুগা লৈশাবী অমগী মরমগীদমক্তা ঐখোয় মশেন ফুনা-চৈনবস্থ ফজদে, মীগী মমাঙদা ইকায়। নঙ ঐ অমতনি। লৈশাবী অদুস্থ মপ্পামদা লৈরিবীনি, মদুগীদমক্তা কৈশু চিংন-বিরুগদ্র।" বিমোন্না মখোয় অনিবু থামতোকই। বিহুরনা —"বিমোন নঙস্থ মীচঙ য়াওরক্কনু" হায়রগা বসন্ত তমনা থাঙপাক অমা হাইথরকপদা খুংলাই য়াওদবা বসন্তনা পাখৎ-মনখিহুনা সাইকল তাপ পায়খৎলগা বিহুরদা থারকই। সাইকলগী ফ্রেমনা বিহুরগী মঙকশমদা লিক শিবগুম্না শিল্রে। থাঙস্থ তাগ্রে। লাংদা থুরবা নোংশাগুমগ্রে। হুনতোকখিদারে হায়হুনা বসন্তনা সাইকলহু পায়রগা খংচিং চিংবদা বিহুরত্থ উপ্রাকনা তুই। তাপ্রিবা থাঙহু বিহুরগী মমান্নবা অমনা থুন-কৎলগা পীগদবগী তৌরকপদা— "ভাইথো! করিগী থাঙ পীগদৌরিবনো? খুংলাই পায়বগা পায়দবগা লম্বা তৌবা য়াত্রা" হায়হুনা বিমোন্না শুপকোন কোনশিল্লগা থাঙহু মুনগ্রে।

অস্নম্না তৌরিঙৈদা মাঙ-তুং অনিমক্তগী— "মী হাংনমে,

মী হাৎনরে” লাউনরগা লৈথোম মরক্তা চেন্নরকলে। অতাবা মখেনা— „ফুরো, হাৎলো, শিরো” হায়না লাউর লাউরগা চেনশিন্নরকপদা মফম অহু মীনা পীক থনগ্রে। য়ুম্লক্তগী অতাবা মীফাও থাউমৈ পায়রগা চেঙ্খোকনরকলে। অহল অমনা— “তৌনম্বু তৌনম্বু” হায়না খামতোরকই। খামতোরকপদুদা থৌনা ফাগৎলকতুনা বিহুরনা মমান্নবা অমদগী থাঙ লৌরগা বসন্ত তমনা পাইশল্লকই। মহাক্না য়েৌফাৎত্রি-ভৈদা পাথং মচা অমনা খুগ্রি মপাক্না বিহুরগী মথজাইদা ‘শেং শেং’ নপগ্রে। হায়রকই, “ঐখোয় তামোদা থাঙনা য়াম্বগী তৌরিবা করিগীনো?” বিহুরদি চৈনাখোল্লা বাম্বগ্রে। পাথং মচা অসে বসন্তগী মনাও রাঘুনি। রাঘুনা ময়াম্বুংদা হংলকই, “তামো করি বাহৌগিনো?” বসন্তনা— “কৈগুগী নত্তেদা, য়ুমদা চংলো চো।” মরুপ মপাংশিংনা বিহুরবু হুগৎপিরে। মফি মরোলম্বু লৈথোম ইতৈ তৈগ্রে। য়োম-শল্লিবা অহলশিংনা— “করি বাহৌগিনো, করি রাহৌগিনো” হংনরকই। বিমোম্না খুমই, খুড়াখোয় কৈগু লৈবা বাফমগী নত্তে, তুপ-তা হেক্তা থানরকই, থঙদে।” “তৌনম্বু, তৌনম্বু নখোয় নশেন হুংশিনব্রগা লৈবাক্তী অমাঙবনি।” অম্মুন্না অহলশিংনা থেমজল্লমলগা মখোয়সু চংনগ্রে। বিহুরগী মরুপ-শিংনা মাবু কোনথংপিরগা লৈরক অথুবা অহুদা চঙমিন্নগ্রে। লৈরক অসিগী মগুং থর চঙশল্লগা বিহুরগী মরুপ অমা লৈ; হায়রিবা মরুপ অসিগী ময়ুমদা সুরনিমালাবু ফারগা থৈবা

হায়না তম্পাকলৈগা র৷ তানবনি। থৌরাং কায়রবুনা চঙ-নগ্রবা অদুদা বসন্তখোয়স্থু সাইকল ইল্লগা সুরনিমালাখোয়বু তাল্লরকই। মমগা ময়ে, নোংগা ত্রে ত্রে ভারে লৈখোম মরক্তা গাড়ী থৌবা য়াদবনা মরুপ অহুম খোঙথাঙ কয়া থাংলকই।

মখোয়না তোর্বান যৌশিল্লকপদা হুপী ময়াম অমা, বাং-খেম অমসুং পোইবৌখোংজিন অনিগী লোন্নবা তুরেলদা শারিবা খোঙহু লানগদবগী থৌরাং তৌরমই। হুপীশিং অদু'দ সুরনি-মালাহোয় ওইরমলে। অকনবা নোংয়ৈ তাখিবনা তুবেলগী ঈশিং হেনকৎলকতুনা থোংথোঙ পুম্বা থুমখ্রে। অকিবা ঈবাও খোনগা লোয়ননা র৷ র৷ চেম্থরি।

ময়াম থোঙ লানবা লোইনবতুনা নোংপোক থংবা তোর্বানদা পুল্লপ পুনখ্রে। হুপী ময়ামতুগী মরক্তা তম্পাকলৈনা— "বসন্ত! বিনাসখীসি নঙগী গাড়ীদা খর হাপ্পীখো" হায়রকই। বসন্তনা —"আও ইন্দোন" হায়না খুমই।

মরুপ অহুমা মাঙ হেনকৎলগা— "লাকও, লাকও" কৌরগা লৈশাবী অহুম্বু অমমম সাইকলদা হাপনখ্রে। তম্পাকলৈদি অহল খরগা মখোঙনা লাকমিন্নহৌরে।

বসন্তনা সুরনিমালা হাপ্পীরে, বিমোল্লা মল্লিকা হাপ্পীরে, ঘননা বিনাসখী হাপ্পীবে। অসুম্না জুড়া জুড়া তুংথা মাঙথা মাগী মাগী রাল্লী শানবা হৌরকলে। ঘননা খর কল্লা মাঙদা থৌই; বিমোল্লা মথঙদা; বসন্তনা খাইগী তুংদা থৌই।

খোইমুনা ৱাহৌকম থোকই খন্দুনা বসন্তনা হংলকই, "সুরনি নহাকপু কনাগা লাকমিন্নবগে ?" শাউরপ তৌনা—"ইতোমতা লাকচে। কনাগস্সু ল.কমিন্নদে।" বসন্তনা—"য়াম্না শাউগ্রেদা, কনানা কৈদৌবিরজাংনো ?" সুরনিমালানা—"শাউদদি। মৌগীদি লাই খুরুম্বা লাকপদা তা বিমোনসু. তা ঘনাস্সু লাকই। অঙ্গা ঙসাই কৈরক অখুবা অদ্বায়দা হিংচাবা হিংচাবী অনিনা ঐবু পুশিন্দগী তৌবদা চৎমিন্নসি ল কও হাযজবস্ম লাকপিদে।" অসি হায়রগা কপথোকখ্রে। বসন্তনা— "লাকইবদ্রদি। ঐসু বিন্থবনা ফুবিদনা শিরমগদোবে। পেবি পেরি—"কৈদৌবগী" হংলকই। বসন্তনা— "ঐনা নহাকপু মুংশিরিবসি কৈদৌবগী মুংশিরিবনো ফুগেয়ে।" সুরনিমালানা হায়রকই, "নগো নৈত্রা হায়রমদ্রো ?" বসন্তনা ফাগি ওইনা — "অদুম্ম নঙনা ঐবু তশেংনা মুংশিবিরমত্রবদি অকায়বা ওইবনা, হায়রমত্রবনিনে।" সুরনিমালানা শাউনা হায়রকই, "অদুম-স্মায়না কোচি থাংনরোইসি। মৌগীদি গোবিন্দ খুরুম্বা চৎপদা পুম্না চৎমিগ্নে। শকথীবী ঐদি মতিক চাদবনিনা কনাস্সু চৎমিন্ননিঙপোনতে।" মুজাগী ৱারোবা ৱাঙাঙদা বসন্তনা থেমজিনবা ৱাহৈনা হায়রকই, "মুংশিবী নঙমুক ফজবদি লৈগু লৈতে। ঐহাকসু মাঙজোননা হৌহৌদ্রে। ঐনা লানথ্রে, ঙাকপীরো।"

"মুংশিদনা মুংশিবা শাবদি ৱারী শাবগী খুদোং চাবস্সু ফংলোই। ঐ লোয়না খুঙই।" অসি হায়রগা মপুক্লিং

থুংশিনা হিক হিক কপথোরক্লে। বসন্তনা— "ওয়্ঙ্খাক্লসু পুক্লিং নৌথ্রেদকো! ঐদি কন্ধায় থেমনি" হায়না শোল্লগা বিমোন-গা রারী শানদুনা চৎমিন্নরিবী, মল্লিকাবু— "মল্লিকা! মল্লিক।" কৌরকই। মথোয় অনিস্থু রারী থু ঙাইমনখিত্নুনা পাক তাদে, কোন্নথংদা "করি হায়বনো" হংলকই। বসন্তনা —"কপথোক-থ্রে. কন্ধায় তৌদোয়নো" হংলকই। মল্লিকানা— "ইত্তাদি মপুক্লিং থরবু থুংশিন্নবদি হেক্তা বপ্পনি" হায়রকই।

মথোয় মশেন ঙাইহাক রারী শানখিদ্রে। মফমসু শো-রোক অচৌবা য়ৌরে। ঘনগা বিনাসখীগদি উবা ফংখিদ্রে। নোংসু পুহাঙ হাংথ্রে। অতিয়াদা থরানমিচাক ময়েক শেংনা উবা ফংলে। শেংফাৎত্রবা থরানমিচাক্কী মঙান্না পৃথী থক্তা তারি। নোং চুখিবদগী শোরোক মথকসু ইরং লংলি। ইপান্থা লোইশিল্লমদাইগী অকনবা নোংয়েনা শোরোক খোংবান, লৌবুক লৌখোঙশিংসু ঈশিংনা পীক পীক পাথ্রে। অয়ুক থুংথিলগী মতমদা শংনা শন্দোক্লব্বা ফোনাশিংনা অমম্বসিদা মুনা শন্দোকখ্রি। ফোনা মরক্তগী উথুম অমসুং হোংঙাইনা — 'তুম, তুম' 'হোঙ' হোঙ' খোংলকপগী খোঞ্জেলসু তাবা ফংলি। মৃত্তুক মুরবা ফোনা মথক্তা লুথুম লাংথাকপা ইচিন-ইনাওশিংনা মাগী ২ সগাইদা থাউমৈ থানবসু ময়েক শেংনা উরি। ইচেম-ইন্দোন-শিংসু শোরোক খোংবান অমসুং লৌখোঙদা ঈন চিংবগী মৈনমনচিংবা পাঈরি। চাওথৎপগী মঙান ফংলবা লমশিংদা এলেকট্রীক থাউমৈনা উনা মরক্তা, থরানমিচাক্লা অতিয়াদা কুফেৎ কাফেৎ তৌবগুম তৌরি।

অসিগুম্বা মরক অসিদা সাইকল থৌনা ২ বসন্তনা হায়-রকই, "সূরনি ! নহাক্না অদুক য়াম্না শাউরিবত্থ করিগীনো ? নমান্নবীশিং চৎনগনি হায়নরবদি ঐবুসু পাউ পীরকপা য়াক্রো ?" সুরনিমালানা— "ইকায়জেয়ে, খঙলবরা । য়াবীরক্রগা, নুপীনা নুপা কোয়বদা য়ারক্রে হায়না ঙাঙনহনগেরো ? ঐ য়াম্না ররোরে রা ঙাঙবীরকনু ।" বসন্তনা হায়রকই, "নুংশিবী নঙনা হ য়ববু কৈদোবগী য়ারোইদোরিবনো ? ফরে অদুদি ঐঙোন্দা রা অমফাও হায়নিংদবনিনা ঐনু নঙঙোন্দা রাহৈ অমফাও হায়ররোয় । ঙসিদগী ইবানি কৌনা-ঙাঙনররোয়সি ।" রা ঙাঙনদনা সাইকল তপ্না থৌই । সুরনিমালাসু ক্যোরি-আরদা তুমিন্না অংম তোংই ।

বসন্তদি রা ঙাঙদবা ঙন্নক্রে । হায়রকই, "সুরনি ! ঐবু নুংশিব্রো ?" শাউশিন্নরুনা হায়রকই, "রা ঙাংনরোই-সেদাই, কৈদো ঙাঙবিরকইনো ?" নোকমি নাকমি তৌরগা বসন্তনা— "ফরে হন্তমুক্কৈদি করিমত্তা ঙাঙথরোয় হায়রগা খর কুইনা খাঙলগে থনথ্রে ।

সুরনিমালা 'মুক থাঙবা ঙন্নক্রুনা হায়রকই, "মতিক চাদবীনি খন্দুনা ঐবু হয়েং হুন্দোকপিরমদোরিমী । ঐ খঙই । নুপা-দি মানা নুংশি হায়রিবত্ত থোক হুনতোকতুনা অতোপ্পী অমা উরুরগা কোয়গে য়াম্না হায়গল্লি । মীনুংশি য়াম্না খঙদে ।" বসন্তনা হায়হৈদবা রাবু হায়রেদা ! নুংশিবী নহাকপু করম্বা মতমদা থাদোকে খল্লকবা ! পুক্লিগী লম্বীনা লোয়রিফাও

থরায়ন খোয়দাঙবী লৈবাং নহাক্পু ঐগী নাপদ থেৎচগে হায়-বসে ঐগী লেঙদ্রবা আশানি। রাধল মুম্মা তৌ, ঐদি নহাক-মুক হুংশিবা লৈতে।”

হুংঙাইবা রারী শানা শানা লাকপনা পন্তুংফম যোবা খঙহৌদে। য়ুম অমদা পুল্লপনা লৈবদি নত্তবনিনা, বিমোল্লা মল্লিকাবু থিনজিনবিখ্রে। বসন্তনা সাইকল লেপ্তুনা থৌরকতুনা সুবনিমালাখোযগী থেঙ্গাল যোরে। ক্যেরিং-আরদগী কুমথ-রক্লগা, সুরনিমালানা— “চৎলোকো” হায়না বিদাই তৌরকই। বসন্তনসু — “লৈহৌরোকো” হায়বল্লগা মমুম পা না সাইকল থৌরকলে।

হুপী হাযবীসে হুপাগী মিংকী লৈতেং অমসুং থম্মোযগী মরুপনি। লৈতেং ওইরবী অসিনা ফজবা য়াবা ফজববদা করম্বা মীনা ঙাওরোয। ফজবদি মী ঙাওহনবা ঙমই, মাঙ-হনগে ঙমই। অনিশুবদা থম্মোযগী মরুপ ওইববী অসিনা মশাগী নাপল য়াওদ্রবা, মখোন মরাহৈ হুংশিববদা করম্বা মী-ওইনা তিন্নিঙওই! হুংশিনা শক্লকপা ঈশৈবু তারগা মী ঙাওবা ঙমই। অসিগুম্বা ঙাওবা য়াবা মচাকশিনা পুল্লবা মীশক অমদা হুংশিরুবা মীওই অমদি থর মথৈ শোয়দনা ঙাও-গনি। হুংশিবসু মী ঙাওহল্লী। বসন্তনসু সুরনিমালাগী ফজবা শক্তম, মশাগী নাপল য়াঙদবা, মখোন মরাহৈ থোৎপা মেঙবা —মযাম অসিনা হুংশিবগী চাং অসুম ২ হেনকৎলকই। মতম চুপ্পদা ঙাওবি ঙাওরি তৌদুনা লৈরগনি। মহাক্না— “ঐনা

স্বরনিবু ফোংদোকপা ঙমদবা মথৈ নুংশি অত্তবু মানা ঐবু চিংনরি। করম্না থাজনবা ঙমগনি ? ঐঙোন্দা থম্মোয় শোক্লা নুংশিরবী মাব পুন্সিগী চান্নবী ওইনা কনাবু ওই-রগবা ?" অসুম্না শোল্লগা চৎথিবদা বসনত মখোয়গী থোঙাল হেনতোকত্তুনা চৎলুরে। মসি ঙাওদে হায়গেরা ?

"থেংনরুবা খুদিংগী,
হাপকংলক্কনি নুংশিগী
চাং অসুম অসুম !
'নুংশি' 'নুংশি' হায়নবা
নুংশি পন্থুং য়ৌত্রিফাও
চাক্কনি মৈচাক থম্মোয়দা !"

---

# লক্ষ্মী কোইবা ।

ঙসাই বসন্তখোয়গা কাইনা চৌংদগী থোকমিন্নরকপা ঘনদি লক্ষী কোইনা সাইকল থৌদুনা বিনাসখীবু পুরক্লি। ঘননা হায়রি, "বিনাসখী ! ঐনা নহাকপু নুংশিরিবসি অরেশ্বা তা-হনগন্নুকো ?" বিনাসখীনা — "কৈদোবগী তাহন্দোয়বনো। ঐবু চিংনবীগনু।" ঘননা থরায় ব্রানা হায়রকই, "ঐদি নহাকপু চিংনৈকো ! ঐবু নুংশিবগী খুদম পীয়ু।" বিনাসখীনা কপ্পিঙ

কপ্লিঙ হায়রকই, "শ্রীগোবিন্দনা সাক্ষী ওইহনা ইমিত্তগী ইপি ত্তানা নিঙবা থুংনসি হায়না খুকম্মিন্নরিবত্নু করিগীনো ? হৌ-জিকসু অমম্বসিদা লম্বী কোইনা লাক্লিবসি করিগীনো ? অসি ফাওবা ঐবু থাজবিদ্রে, ঐনদি করম্না থাজগদৌরিবনো ? ঐবু সুংশিবগী খুদমসু পীবিয়ু ।"

ঘননা — "অয়ুক্তগী নংবু পুক্সনা কাইনা চীংদা গোবিন্দ খুরুমমিন্নরে, হৌজিক পুক্লিংগী অনিঙববু ফোংদোকহৌনবা হায়-হুনা মরুপশিংদগী থৈদোক্লুনা লম্বী কোইনা লাক্ল । মসিদগী করি খুদম পীয়ুগে ? সুপীগী পুকচেন্দি মচু তোয়না হোংগল্লী । অহেন অহেম্বা য়াম্না পামগল্লী হায়রৈ । মসি চুমব্রা বিনাসখী ? অত্তগী মথক্তা ছাত্রিনসু খর হেনগল্লি হায়রৈ ।" বিনাসখীনা "ছাত্রি খবনা তোরগা ঐসু অহম্না তোগনি খনব্রা ? অহেন অহেম্বা পাম্বী, মশাগী সুংশিবা লৈনা লৈনা অতোপ্পবু লাং থাকপা ওম্বী, অরগুম্বীগী পুকচেল চেন্দ ।

ঘননা বিনাসখীগী পুকচেল তক্লুনা হায়রকই, "অত্তগা বিনাসখী নহাকসি রাঘুনা কোয়বগুম্বসু তৌব্রা ? শেংনা হায়য়ু । হায়দোকখ্রবা রাদি অমুক হঞ্জনফদে । সুংশিবগী মফমদা তয়াং তশোইব- রাখন্না ফোংদোকহু । ঙসি নংবু সাইকলদা পুরক্লে হায়হুনা চিম্বান থোঙগী রাহৈনা ঐবু হরাওনবা ঙাংগহু । রাঘুনা কোয়রগা কোয় হায়য়ু । কোয়রগনা ঐ নঙবু থাদোক্লগে ।

বিনাসখী অসেংবা হায়রকই, " ঐনা হায়রিবসি অশেংবনি । ত্তা বসন্তগা ঐখোয় হৈগেগসু সুংশিনরি । মহাক্না ঐবু রাঘুনা কোয়-রমগনি হায়বসে থাজবীরুহু ।"

থাজবা ফংলবদা ঘননা হায়রকই, " অথুদি নঙগী অরেপ্পা মতম অমা পীয়ু।" বিনাসখীনা — " কুমসি ক্লাস টেনগী পরিক্ষাসি থাদোকখিগে অহুগা ওল্লকপা চহিদা ফৈরেল পানথংলকপা অদ্বায়দা পাঙথোকসি। মতমথুদা ঐঙোন্দা পাউ পীরকউ নত্রগা ঐখোয়দা চথোরকউ।"

ঘননা — "করিগুম্বদা ঐবু থাদোক্তুনা অতোপ্পা অমদা লৈথ্রবদি, ঐগী পুন্সিদা ইতোমতা লেনগনি" হায়রকই।
বিনাসখীনা —"ঐনা তা ঘননবু থাদোক্তুনা অতোপ্পা নিপা অমদা লৈথ্রবদি, ঐগী পুন্সিনা থঙমুথক্তা মাঙগা ওইজসনু। মহাক ঐ থুগা কায়নবা ওইগনু।" অমুম্না বিনাসখীনা অরেপ্পা ওইনা রাশক্তুনা হায়খ্রে।

---

# চিংনবা ।

ইপান-থা লোইখ্রে । শরত ঋতু হৌগৎলক্লে । শরৎকী পুর্নিমা নুমিৎকী সন্ধ্যা য়াচংলকপা মতমনি । নোংপোক থবা অমুবা চীং মকমদগী পুর্নিমা থাজন। থজিক থজিক লিখৎলক্লে । থাগী মঙাল্লা উরক ৱারক্তগী লিংথোরক্নুনা শুমাং মাঙ্গোন্দা য়ৈররে । ইমুংদফাও থোঙগী অহোবদা থাগী মঙাল লিশিল্লক্লে । অঙাঙবা অতিযাদা তুমিৎ য়ুরান, উচেক-হায়াশিংনা মনিঙ তৌনা পাগবা হৌরক্লে । চীংখোঙ-চীংয়া, লৌবুক লম্বাংদা লৈচিনগী পংতি উরক্লে । অঙাং মচাশিংনা "থা থোক্লকএ, থা থোক্লকএ" হায়দুনা শুমাং মাঙ্গোন্দা চেন-চোংহুনা শান্নবা হৌরক্লে । মরম ওকপি নুপী মচাসিংনা শুমাং থেলোংদা ৱাইতৈ-লমদৈবনচিংনা তৌরকে । য়াচংলকপগী ধুপ থাউমে থাবগী মনম্না মৈতৈ লৈবাক শিনব থুংনা হুংশিবা মনম চেনখ্রে । শরত ঋতুগী তরু তরুবা পুথ্রী; পাৎ, তুরেলশিংগী ঈশিংদা থাগী মঙান যৈরক্লে । ব্রাহ্মন বৈষ্ণবশিংগী মন্দিরদা আতিগী খোঞ্জেল তারক্লে । অহল ফাওবা মেঙলবা থাগী মশক উরগা মপুক্লিং নৌনা হৌখিবা পুন্সিগী ঈচেনবু ময়েক শেংনা নিঙশিঙলক্লে । অয়ূক হুংথিলগী মতমদা নিলখোংবগী ৱাখল তৌরুরবস্থু হৌজিক্তি ঐখোয় অচিকপা ৱাখল তৌবা পাম্লক্লে ।

মথোন কাখৎলক্লিবা ছত্র ছাত্রিশিং লাইব্রিক পারম্বদগী ফুক ফুক হৌগংলগা থা য়েংতুনা অচিকপা বাখল তৌনরক্রে।

মতম অসিদা বসন্তনি হয়েংদগী ইংলণ্ডা আই, সি, এস তম্বা থারগনি হায়রতনা বিমোনগী মমুমদা ঘনগা, অতোপ্পা মরূপ খরগা, হাউরবসু হাউত্রবসু চাক চরা অমা চামিন্নখিসি হায়তনা মথোয় ভন্নমক্না পুনখ্রে। মরূপশিংগী বাখল চংখিগ্রে। হয়েংদগী সুরনিমলাবু উবা ফংলরোইদকো খল্লুবদা বসন্ত পোইদোক্না মপুক্কিং তুংশিখ্রে। মীরৈবাক্তা চংলগনি হায়বা ক্লমিৎতুদগী মচি মচিদা ফমদুনা চিন্তা তৌবা তৌরক্লবনি। মসিগী মংক্তা সুরনিমলাদা বাহৈ অফাও হায়রমদনা চংলগদ্রা খললুবদা পোখাকম খঙখিগ্রে। মতম লৈরিবৈদদি ঙসি চৎচগে নিঙজবমি। অহুব ঙসিদি মরূপ মপাং ময়াম অমগা লোয়-ননা বিমোনগী মমুমদা পুনখ্রে। বিমোনগী চাউরবা কা অনিতুদা টেবল চৌকিশু নিঙথি নিঙথিনা থারি। ফক্লাংগী লৈতেংসু বাক্তে। মরূপশিংগী মসুংদা খরনা ঈশৈ শকই, খরনা টেবলদা তবলা খংলি। বসন্তদি চৌকিদা অমুক ফমই, অমুক ফুক হৌগৎলি, বিমোনগী কাও ঈশিংনা পিক খনখ্রে। মহাক্না ঈপাক্তা থাদো-ক্লবা হিতু ভায়খ্রে। বিমোনদি মমুমদা তৌরবনি হায়তুনা ঈশিংবু শোকপনে, থোং-থাক্লবগী কেন লিকপু ফেংবনে, মরোয়বু হেকপনে অমুক্কোইনা লৈশাবীতু ভায়খ্রে। মরূপ অতৈনা তৌ-বসু মখুৎ পায়তুনা থামই।

চাক পোবা হৌখ্রে। মরূপ অয়াক্সা মৈনাক্তা চৌকি

থাংজল্লগা ফবনা ফমবা, টেবল মমাক্তা ফল্লগা রারী শান-বনা শানবা তৌগ্রে। বসন্তদা মরূপশিংগী রারী থোইনা চঙদে "হয়েংদগী সুরনি উবা ফংলরোইদ.কা" হায়বগী রাখলসিতনা ভাব অমদা চংগ্রে। কা অতগী মপান্দা থোক্লক্লে। মায়থোঙ মক্তুবা থাজবু উক্করগা হেন্না রাগ্রে। সুরনিমাল হাযগী ময়ুম মায়কৈদা ওল্লগা মমিংতগী মপি.তরং তরং শিন্থরক্লে। খল্লকই, "ঐবু সুরনিদা রাহৈ অমফাও হায়রমদনা য়ুম থাগোক্লগদ্রনে!? হৌজিক ঙাইহাক্তং চেল্লুসিরা ? অংগা মরূপশিংনদি করি খল্ল-খিনি ? ঐবু মতম থর কায়নরগনি হায়হনা বিমোনগী ময়ুনদা পুল্লরে। মসিদা ঐনা করম্না সুরনি উনবা চংকনি ? চংলে মরূপ মপাংবু থওইদবা, ভাব তাদবা তাথিনি।" অশুন্না মপি তানা রাখল তৌরিঙৈদা বিমোম্না খুংচুম হৈদোকপা গোক্লকপাদা থেংনরে। হংলকই, "মরূপ ! কপ্লিবহুবু কৈদৌরবগে ?" অশেং-বা হাংগোক্লিংদবদগী "কৈস্নু কপেদা মরূপ" খুম্লকই। বিমোনস্ন মহাক্নুম্বা পাখংনিনা হোত্রোং হোনা উবা ফংলে। মগদি— 'বসন্তগী থরায়সি সুরনিমালাগী মায়থোংদা কোয়হুনা লৈরে, হকচাংদমক মরূপশিংগী মরক্তা লৈরে। বিমোন হায়বসিসু রাখল লৈরবা মশগী ক্লাসগু বি, এ, পাস তৌজবা, সুংশিববুসু মশক মুম্না খঙলবা পাথং অমনি। সুংশিনরবা শাবী-শানৌ অনিনা নীংলকপদা অফা-অপুনগী শক্তিনা জেলদা থম্লবদি মহাপাপকি মশক্লি, মনিং তৌনা থাদোকপিগদবনি হায়বসে বিমোনগী রাখল্লি মহাক্না হায়রকই, "মরূপ ঙাইহাক চংকে চংথোক্লুসো।

বসন্ত মানা নিঙলিবগমক বিমোল্লা ফোংদোরকপা অহৎদা ওকপনা খম থেংখ্রে। কা মন্থু দা চঙমিল্লরক্লগা বিমোল্লা "ময়ামগী মফমদা করিগুম্বা অমত্তা হঙ্গংফগে,-ঐখোয়গী মরূপ বসন্তসি কনাগুমবী অমা উনজল্লুগে। মসিদা মকপশিংনা করি খল্লীবগে? অসুম্না হংলকপদা ময়ামগনা "য়াই, য়াই। কুইদি কুইরক্কন্থু। থোং-থাকপস্থু লোইশিল্লক্লে।" মরূপশিংগী বা তারবদা বসন্ত হরাওবনা পোন্দগী থাদোরক্লবা চেক্লাগুম তৌখ্রে। ঘনদা চং-মিল্লরুসি হায়না ইঙ্গিং তৌরকই। ঘনস্থু বিনাসখী উনরগদবনি হায়ব'সগী ব্রাথন্দা হরাওবনা হুমাং কাংখ্রে। মখোয় অনি সুরনিমালাহোয়গী ময়ুম পাংনা থোঙশাল্লক্লে।

অসুম চংখিহনা শোরোক্কী অরাং থংবা নাকনদা হাই-থরক্নুনা সুরনিমালাখোয়গী লৈরক্নুদা হায়জিনখ্রে। থোঙ্গাল অনি হেন্তোরক্নুনা অহুমশুবা চঙফম য়োরে। থোঙ্গালগী চঙফম য়েং ওই অনিমক্তা মনাপুংবা হৈনৌ পাশী অনি হৌরি। চেক্লা মখোঙ হৌজনা কোম্থোঙস্থু প লি। নোংচুপ পাংনা চঙলক-লিবা থোঙ্গালসিগী মথা থংবা নাকন্দা নোবাব, চম্পা, কফোই, হৈখানচিংবা পাম্বীশিংনা মমাং শজোয় মচীনফাও পরেং অমত্তা ওইনা হৌরি। অরাং থংবা লৈপকগা তাইনবদা পুখ্রী অমস্থু লৈরি। পুখ্রীসিগী মপান্দা সনারৈ অথোম্বীনা কোয়না হৌরি। থা নোংচুপ থংবা মপানদা থাবল্লৈ পাম্বী অচৌবা অমস্থু হৌরি। থাগী মঙান মরক্তা হৈ-লৈগী মমিনা লৈমায়থক্তা মুশুক মুশুক মুনা তারি। মরূপ অনিনা কোম্থোঙ কাজিল্লক্নুনা থাবল্লৈ

পাম্বী মপা য়োরকপা পাখং অনি দাড়ী মপান্দা ফম্বা উরে। লৈশাবী অমসু মখোয়গা রারী শারি। মী কমলিবা মরম্না খোনা ফনা চঙশিনবা ঙমত্রে। মীগী নীংজবা অশাগী লোয়-ননা রারী শারিবহুসু থুগাইনীদে। অমরোমদা মীগী খো-ঙানদা শোং শোং চঙলমলগা খেৎশিবদি হুরান্বগী মচংনি হায়না লৌখিনি। মসি থন্দুনা মরূপ অনি থাবল্লে মখোড়দা লেপ্পুনা লৈরে। কোক চঙশিন্নবু ঙমত্রে, পাক হন্থোকপসু য়াত্রে। খোঙ হুংলক্তা হা ওইরে। কনা কনাবু ওইরমগবা হায়দুনা মরূপ অনিনা নীংজরিবা অনিবু চিংনবা হৌরক্রে। ফমলিবা পাখং অনিহুনা হৌগংলক্লগা বসন্তহৌয়রোমদা মুনা য়েংলমম্লগা মুমখ্নুবা অমগী খোঙগানলোমদা থোকখ্রে। লৈশাবী অহুসু ইমুংদা চঙখ্রে। অচুম্বা লম্বীদা খোক্লক্তবা অহুদ বসন্তগী থম্মোইদা অমুক হেন্না চিংনখ্রে। মুপীমচা ওইবী মাগী মিংয়েংদা হুংশি নমথাক ভৌরিমানে খনখ্রে। তশেংনা হুংশিরমানে, তে য়না তৌয়না উনদ্রবসু য়ারে থল্লীবসিগী মরক্তা; হুংতি হুমিং খুদিংগী অচিকপা মতমদা কনাগুম্বা অমনা কোম শঙবা লিল্লবোপ-কুম্না শঙলিমানে হায়না বসন্তনা লৌখ্রে। পাখং অনিহুন থোক-খ্রবা মতুংদা মরূপ অনিসু তপ্না তপনা চঙশিল্লক্লুনা শুমাং ময়ায়দা লেপ্লরে। লৈশাবীদি থোক্লক্তে। মননা দাড়ী মপান্দা চঙশিনখ্রে। ইমুংদগী সুরনিমালানা ফি শাগে হায়হুনা থাউমৈ পুখোক্লুনা থোক্লক্লে। কৈলসকী চীংমায়দা শিব মহাদেবনা ভাম্বোইবগুম নিঙজরিবা বসন্তনা থাবল ফরবা হুংদাংসিদা শুমাং

ময়ায়দা লেপ্পলরবদা মুজা ওইবী থংপ্রেক খংগ্রে। হরাওবা, হুংঙাইবা খিবিক্লা পুনখিহনা তুখোঙ থুদিংমক্তা হুমাং মরিক মচিক কাগ্রে অমসুং ঙানা মা ঙাংগে তৌবদা ঈশিং হাহনা য়াদবগুম হুংশিবনা হাজিন্দুনা মা ঙাঙবা ঙমখিদ্রে। বিনা পায়বী সরস্বতীগী মুর্তিগুম থাউমৈ পায়রহনা মাঙ্গে ল ময়ায়দা চপ লেপখ্রে। বসন্তসু ইকাইখিবনা মরু য় লুকথরগা বৃন্দদেবী হৌরিবা চপুটরদা থৃজিন্না খোৎহুনা লৈখ্রে। মিকুপ খরগী মতুংদা সুরনিমালানা "ফিদাদা লেঙশিন্বিয়ো" হায়রকই। থাবলনগা মৈরনে, লেপ্প্রু ইকাইরহনা বসন্তনা ফমগে চঙশিল্লকপদা হায়া ফমলমবা পাখংগীদমক্তা থারম্বা ফিদানি ফম্মুন্থু হায়না ইঙ্গিৎ তৌই। সুরনিমালানা হরাওবগী চাং হেনমনখিবনা মাখল ইত্তাও তাউনা হায়দোকখিবনি! থুনা ভাব তারক্লহনা নৌনামুক ফিদা থাগ্রে। ঘনদি ফমগ্রে। বসন্তদি শাউশিন্নরনা ফমদ্রে। থোকখিবা পাখং অনিহু কনানো হায়বসিগনা মাগী মাহং ওইগ্রে। হংবসু তৌদে। বিনাসখীসু নিঙোল কাগী খোংনাও হাংদোক্লগা লাইরিক পারি। অমুকসু মপান্দা য়েংথোরক্লি। মতমা ঘনসু থৌনা ফনা মা ঙাংবা ঙমখিদ্রে। অাশংবমক্তি লখী শোরোক্তা লাউখোংহনা চৎকন্না পাখং অহু মানা হেক নিংজরিবী অতগী মফমদদি সিশন্নবনি ঘনসি ওখাক ঙাওবা পাখংনি। নোংমা য়াওশংদা খোঙ্গাওগী খাউ অহোবদা বিনানখীবু হুন্নরহু থেংনাবিরমগনি। মতম অহুদদি হুংশিনত্রি মীনা বেরা লৈতনা কাগি তৌবা ঙম্মই; অহুবু হৌজিক্তি হুংশিনরবনিনা বিনাসখীগী মমুম মৌবদা কেংখা

নোঙ্গা হুইগুমগ্রে । ফি শাবা খোকচরক্পী সুরনিমালা থাউ-
মৈজু থন্নগা থাবলদা য়েংহুনা মচংলারক্খ্রে । লেপ্পা লেপনা মখে ঙ
লৈবাক তাদবগুমখ্রে । বসন্তনা ফিদাদা ফমদবা অতুদা মহাক
লৈফম থংখিদ্রে । খোইমু ওইবনা রহংলক্রবদা লৈরাং ওই-
বীনা করম্না পাউথুমগনি ? “কৈদোলাক্লিবনো” হংবা য়া-
বস্ত নত্তে । রা অমফাও ফোংদোক্কদ্রিদৈ চৈরকসিদা বিমোনগী
ময়ুমদা লৈহৌনা মরুপশিংনা লৈরক্লগী হুইশেন ‘হুইত, হুইত’
খোংহুনা কৌথোরক্লে । মতুগী মরোন্দি কুইরে থোক্লকও
হায়বনি । বসন্তগী মখোঙ মথুং মরেং মরেং চংখ্রে । হুমাং
স্বায় স্বায় কাংখ্রে । য়োরকপদা ঙায়রিদৈঙদা কৌথোরকইসিবু
থনখ্রে । চিংনরিবতু কোক্লবা হংগেদি হায়তনা খোঞ্জেন নিক্লা
বসন্তনা হায়রকই, “সুরনি নহাক হৌজিক ঐগীদমক্তা লেপ্পী-
রমগনি নীংদে, তশেংনা লেপ্পীরবদি অকক্লবা মতম অমা পীবীয়ু ।

লাইরিক তম্লিবা ছত্র অমা ওইনা বসন্তনা অশুক থুনা
তকশিল্লক্কনি হায়বগী রাখন্দি, মাংজোননা লেপকোদবা মরম্না
অরেপ্পা মতম পীবা ঙমদ্রে । মথুং মশাগতু হুমাংনা পুমচোং
চোংখ্রে । ফিজি নোইর-নোইরহুনা খোঞ্জেন পিক্লা হায়রকই,
“হৌজিকমক্তি ঐগী অরেপ্পা মতম্ লৈজদ্রি । হয়েং মতাং
চারগা থংহনজরক্কে ।” বসন্তনা “ঐদি অসিগুম্বা মতমদসু অমুক্তা
চংখোরকখিদ্রি । থোকখ্রিব মীওইশিংহুনা কনা-কননো ? থংলে
মীওইবা ! মপান থোঙগী শকফম্না মতুং য়োনা থংবা ঙমদে” হায়-
রগা ঘনগী থুদাং পায়রগা চিংখৎলী । বসন্তনা চিংনরিবসিগী মরম

খঙলহুনা সুরনিমালানা ৱাহৈ থরদং ফোংদে কচগে হেক তৌ-রকপদা মাগী মপাদ্ৰ চৎথোকলুবদগী প্ৰম প্ৰম চঙলক্তুনা শুমাং ময়াম্ন হেক য়ৌশিল্লক্লে। বসন্তহোয়স্ন মপা লাক্লে হায়দুনা থুনা য়াঙনা থোঙাংলোমদা থোকখ্রে। সুরনিমালা থম্মৈ য়দা খুজিনা শিকহৌরে। মপি ইরা চেল্লদুনা মপাগী মফমদা অস্লুম্না থনখ্রে "ওস্তোক্লস্নু তাল চাদনা হুপ্পল্লকখ্ৰেদকো! চাক-ফাও থোংদ্রিড়ৈনা!"



# চিৰ বিদায়গী
# নুংশি খুদোল!

তুমিৎ থেঙজল্লক্লে! তুম্ন হিপনবা মতম ওইশলক্লে। বসন্তনা মরুপ মপাংশিংদগী কায়নখিবা অহুদগী হঞ্জিন্দ্ৰি। হায়গদৌৱা ৱানা হায়হৌদ্ৰবদা নীংঙমদ্ৰহুনা সুরনিমালাবু অমুকস্নু উননি-ঙলক্লে। মহাক্না অকন্নবা মতম পীয়ু হায়খিবহ তশেংনা য়ুম পাল্লগে থন্দুনা তকশিন্বঃ নত্তে। সুরনিমালাগী পুকচেল খঙনবগীদমক

হায়খিবনি । অসুম্না ফাগি তৌবদগী অওইবা ভাখিবসু য়াও-নরিবনি । অহবু মহাক্কি মরমক ওইরোই থওই ।

হয়েংদগী মীরৈবাক্তা চৎপা তারে হায়বসিমদি সুরনিগী মফম য়োরগা পুমকাও কাওথোকলূরে । থেঙথরক্লবা মতমসিদা হেন্না হেন্না চাকথংলক্লুনা ময়ুমদা হক্লিনগনি খঙব্রে । থেঙ-থরক্লিবা মথৈ থাবল ফবা হেনকংলকই, থাবল ফগংলক্লিবা মথৈ মাগী চাকপসু হেনগংলক্লি । শোরোক মতাইদা ফয়ন্ন-দগী " করিগুম্বা সুরনিমালাদু ফিগা শারমখিগম্রা, শারমলবদি ফগনিদকো" খন্দুনা হৌগংলক্লগা সুরনিমালাহোয়গী য়ুমলোমদা মখোঙ থাংলক্লে । চংনা চংনা বসন্তনা উরে — শোরোক মথক্তা থাগী মঙান্না য়ৈবদা খুদৈ অঙৌবা তিংথোকপগুম উরি, শোরোক্কী মপান অনিমক্তা লৈরিবা খোংবানগী ঈশিংনা তরু তরুনা থাজগী মঙান চুপশিল্লগা লুপা মহি চেম্পবগুম ইরং লংনা চেম্পরি, থরো, থম্বাল, থারিকথা কয়াসু হৌরি । য়েংবিয়ু ! থরোনা করিগী অহিংসিদা তগৎ তগৎ তেক্লা শাৎলিবা ? থম্বান্না করিগী শাৎত্রিবা ? অঙকপনি ঈশ্বরগী খুৎশেম ! শোরোক্কী নাকন্দগী - মুনগদোরবা ফো চরোংনা সনা অহিংবা মচু মান্না শন্দোকপ্রি । অনিশুবা কোকিনবু ওইরবরা, লৌবুক লম্বাংদগী 'কুহু' 'কুহু' হায়বা খোঞ্জেন অমসু তাবা ফংলি । অরাপ্পা চৌং-শাংশিংনা তুম্বক তুম্বক পরেং পরেং লেপলি । চৌংথোঙ-চৌং-য়াদা লৈচিনগী পংতিসু উবা ফংলি । প্লমমকসি উরগা হেন্না ঝারবা বসন্ত সুরনিমালাহোয়গী থোঙ্গাল য়োশিন্নক্লে । তুমমদাইগী

কোন-লিক, রাইরম শেংবা ওইনা সুরনিমালানা পুখ্রি মপান্দা কোনগা বালটিগা পুথোক্লগা য়াম্না চিক্না রাখল তৌদুনা লৈবা উরে। কোম্হোঙ হাংদোকপদি য়াম্রহুনা মথক্তা কাখৎলগা- "সুরনি" হায়না কৌরগা ফন চোংথরকই। খঙহৌদনা খো-ঞ্জেন্দু তাবদা খংপ্রেক খংলহুনা কোনগা হুম্ভোক্লগা "ইমা হায়না লাউরগা মাঙ্গোল তম্না চেন্সনখ্রে। দাড়ী মথক্তা লেপ্লুনা লৈখ্রে। বসন্তনা শোং শোং চঙশিল্লক্লগা মমাং শঙ্গোয় মরুমদা লেপলরে। মহাক্না হংলকই, "অংকে য়াম্না কিংলিবা করিগীনো?" সুর'নমালানা "হুরাম্বা কনানো, কৈদো ল ক্লিবনো" হংলকই। বসন্তনা -"মানি সুরনি ঐ হুরাম্বনি। নঙোন্দা রাহৈ 'খরদং ফোংদোক্লমগে লাকপ'ন।"

"তুম্ন-হিপ্লবা মতমসিদা নক্ত্রবদি য়াম্রবরো? ইমুংদগী অহল-শিং তাথ্রগা ঐবু করি খন্নখিগনি? তুপা ওইবগী ঙাইহাক্তুংগী থল্লকপা রাখন্না মী অমবু মাঙগনি হায়ব। খঙবিদ্রব্রা? চৎপিরো হয়েং নোংঙাল্লগা উনসে।"

বসন্তনা — "খল্লিবা রাখন্দু শেরামরে! ঐগী অসেংবা ওইরগদবনি হায়না থাজরবী নংঙোন্দা অচুম্বা ঙাইমদ্রবা রাখল ইহৌগী মরমদা করম্বা মতমদা ঐনা ফোংদোকথ্রবগে?" সুরনিমালানা — "ফোংদোকখিদ্রি, অহবু হৌজক্কি মতম চাদে, চৎপিরো হায়জবনে।"

বসন্তনা রারৌনা হায়রকই, "তাম্রবসু চৎচখিনি, চৎত্রি-ঙৈদা রাহৈ খরদং নিঙশিঙজরমগে লাকচবনি! — য়াচংলকপদা

ঘনগা ইনানিগী মমাংদা ফম্লম্বা পাখংশিংদ কনা-কনাম্নো? হৌ-জিক ঐগীদমক্তা লেম্লিরমগনি হায়বা থাজবা ফংদে। সুরনি নহাক্না হয়েং পামজবা নুপাগা লুহোংলদাইদা ঐবুসু অমুক্তা নীংশিংবিরমউ। লাইবক থীবনা ঐহাক্তি হয়েংদগী চহি খরগী-দমক য়ুম থাদোক্লুনা চৎপা তারে।” অসি হায়রগা মখোঙ থাংবা হৌরকই। “হয়েংদগী চহি খরগীদমক য়ুম থাদোক্লুনা চৎপা তারে” হায়বা ৱাহৈশিংসি তাবদা লোৎপা ঙমদ্রবা নুংশিবগা লোয়ননা দাড়ীদগী চোংথরক্লুনা পুথি মপান থাবল্লে মখোঙদা বসন্তবু খুদাং পায়রগা “অমুক্তা ঙাইখোও” হায়দুনা খামখ্রে। অদুগা অমুক — “ঙসায় ফমলমবা পাখং অনিদুদি রাঘুগা মাগী মমান্নবা অমগনি, ৱিনাসখী কোয়বা লাকচবনি, ঐবু থাজবিও” হায়রকই। হিক হিক কপলবুনা —“মীরৈবাক্তা চহি কয়াম কুইনা লৈবিরক্কদবনো” হংলকই। বসন্তনা — “সুরনি, পুঙকুই কুইরোই। চহি মঙারোমদনি” হায়রকই। খোঞ্জেল থোক্না কপলক্লে। ‘ইস’ হায়না শোল্লগা লৈমায়থক্তা ফমথখ্রে। মপি চহুম চহুম শিন্দুনা মখোঙ মনাক্তা তারম্বা চৈতেক অমনা লৈবাক খোৎপা হৌরকই।

বসন্তগী ফুরিৎখাউদগী কলম লৌথোক্লগা সুরনিমালানা “মীরৈবাক্তা লৈখিদ্রেদা ঐবু কাওবিরোই হায়না কলম পাইদুনা ৱাশকপিয়ু” হায়রকই। বসন্তনা কলম পায়রগা ৱাশল্লকই, “হে নোংমদোলথক্তা থোক্লিবা থাজ! নহাকসু উহৌরো! লাইজ থক্তা শাৎলিবী থৱো! নঙসু তাহৌরো — ঐনা সুরনিগী মফমদা

কলম পায়রনা রাশক্লি। —'পুন্সিংগী উদ্দেশ্য। পাঙথোক্লবগী-দমক্তা ইরৈবাক থাদোক্লুনা চংখিবা খোঙচত্তা ঐনা সুরনিবু কাওগে থল্লক্লবদি — খুদোং থীবা কয়ানা অপন্বা পীবা ওইসন্থু ঐনা সুরনিবু কাউবা ঙমলে ই !"

নুজাগী মিৎস্না থম্বাল অনিদগী শিন্থরকপা পিনা তঙাংলবা খজাই অনিদা ওন্থরক্লি। থাগী মঙান্না য়ৈবদা মনিমুক্তা পরেং তংপগুম নিঙখিঙ্গরি। মহাক্লা কপ্পবা বসন্তসু মখোঞ্জেন থোক্লা কপলক্লে। রাহৈনা ফোংদে কপা ঙমববা নুংশিববু মিংকী পিনা ফোংদোক্লরক্লে। কপ্পা কপ্পা সুরনিমালানা মঙকশমদগী লিক মরী লোথোক্লগা — "ঐনা কৈদোঁউদসু কাউবা ঙমজরোই ! মাঙদা থান্বা মিংশেন্দা ইশাগী ইমি তারক্লুবদা ঐগী পুক-চেন ওল্লে হায়না থন্বীয়ু ! পাম্মুবা ! লিক্লাং পরেং অসিনা লাইবক থীবী ঐবু নিঙশিঙবগী খুদম ওইবিয়ুকো" হায়না বসন্তগী ঙকশমদা হুকখ্রে।

তগং তগং তেক্লা শাংলিবী সনারৈ অথোন্বী অমা হেক্ল-গা "পাম্মুবী মসিনা ঐগী নুংশি খুদোনি ; ঐনা হল্লকত্রিফাও কংহল্লমগনু" হায়রগা নুজাগী নাপদা থেংপিখ্রে। লৈ থেং-পিবগা লোয়নন চেঙ্গেং কোনসিল্লগা হন্না হন্না চুপখ্রে। চুম্না চুপ্পদা নত্তনা তঙাংলবী থজাইবুসু টিকথংপিখ্রে। হৈ-লৈগী পান্বীশিংনা চপ চপ লেপলগা য়েংলি। থাজ মাসু অতিয়া-দগী মুনা মুনা য়েংথরক্লি। মালংবা মাপু অমুক্তা য়েংজহৌগে হায়-দুনা হৈকোন-লৈকোন ফাঙদুনা লাবপদা হৈ-লৈগী পান্বীশিংনা

হাই হুমগ্রে, লিক্লা তৈরবা উনা-র নশিংসু শাবী-শানৌ অনিগী হুংশি রাশকপু "ঐখোয়সু উহৌরে" হাযচুনা ইবং লংনা খুবাক প্রোক প্রোক খুদুনা সাক্ষী ওইখ্রে। চেক্লাশিংসু জে জে লাউনা খোংলক্লে। পুথ্রিগী ঈশিংসু ইথক হৌখ্রে।

---

*Ningngyamdaba* *Meechak*

# নীংঙমদবা মৈচাক।

নীংঙমদবা মৈচাক·

২সন্তবু ২তম খর কায়নবগী রাবনা তুমগনি হাযবা কাউ-চোক্লবী সুরনিমালা মাঙোল দাড়ী মপান্দা ফমচুনা মপি চহুম চহুম শিন্থরি। হুমিদাংগী থেংথবক্লবা মতমদা বসন্তনা মখোয়দা লাকপদা "হুরাম্বা কনানো, কৈদো লাক্লিবনো" হাযখিবা রা-তৈশিং অচুনা তনৌরবি মাগী থম্মোয লকাদা নীংঙমদবা মৈচাক্লা তাশোন ওইনা থিনবা হৌরক্লে। মহাক্লা শোল্লকই, "ঐনা করিগী হুরানবা হায়রুবিবনো? শোযদনা রারৌরম্লগনি, অরে-ম্বদা হাযজকরেদকো। ও! মহাক শোয়দনা রারৌরম্বা তাবে, ঐসি ওস্থাকপনিদকো।" ফুক চৌগৎলক্লগা রানৈত্রা তংগনি

হায়হনা থোঙ্গাল তন্না চেম্ভোরক্লে। লৈরক্তা লেপলগা বসন্তনা চংখিবা মায়বৈদা য়েংলকই; তৌইগুম্বম্বুং বসন্তদি চৎপা উস্ত্রে। অদুগী মতুংদা লৈরক অশাংবদু থাবন্না ইভৌ ভৌনা লৈরমলে; "ও! রারোৌরমতারে! ও! রারোৌরমতারে" হায়রগা লৈমায়থক্তা থরো থরো ওল্লকই। ভাব তারক্লভনা পিরাংগা লোয়নন। তপ্পা তপ্পা হৌগৎলক্লগা য়ুমদা চঙ্খ্রে।

নোং ঙাল্লে! শরত ঋতুগী অতিয়াদা হুমিংনা তরং তরং হুন্দারক্লে। স্নুরনিমালানা মশাবীগী রাখল্লা শাংলবা অহিংদু মিকুপ তামত্তা উইশন্না য়াখিদে। ঙরাংগী — "হুরাম্বা কনানো কৈদৌ লাক্লিবনো" হায়খিবা রাফমদুদা নীংঙমদবা মৈচাক্লা "রারোৌরমলগনি খন্নসি তনা পেথাক্লম খঙখিদে। মাঙ্গোন উখো-ক্লেন্দা অহিং চুপ্পা লেনখি। বসন্তনা মীরৈবাক্তা মহৈ তম-লুরগা লৈবাক্লা মশক খঙনবা অমা ওইরগনি খল্লুরগা মানা হরাওজে; করিগুম্বদা অরংবা থাককী রাখল তৌখিহুনা মহাক্লপু কাউথোকপিরক্লগনি খল্লুবদা থোইদোক্লা রাজে। অসিগুম্বা রাখল খিবিকসিনা অহিং তুমদবগী হৌনবা মমায় মমিৎকাহু নহানমখৈগা ইমান মান্নদনা উরি। তনৌরবি খঙ্গাইদা বসন্তনা চিকথংপিরম্বগী কেয়রক কোয়না মকম লৈরে। ইমুংগী মী-ওইশিংনা মদু উখ্রগনি খন্দুনা মকোক খুমজিনবা হোৎনবদা মৌ অনৌবী শাপ্রে। ঙসি অয়ুক য়াহৌরকপদা মহৌশাগা ইমান-মান্নদবা অদুদা মমানা " করি তৌরবগে " হংখ্রে। তশেংনা হায়রবদা, স্নুরনিমালাগী মফমদা মমানা মথজাই নাল্লগা, ইবেম্মা

নওগী খজায়দা কোইনা ঙাংলিসিদি করি তৌরুবে" হংখ্রে। খুমদ্রবদা "খুজি ননশিল্লগা তুম্বৈরা? অদুম্ব মানদে। লাই-কোয়স্ব সুমাইনা তৌদে, য়াক্ষম মাল্লি। হায়রম্ব করি তৌরু-রবগে" হায়না তোয়না হংগবদা "খঙদে, ঐ কৈশু তৌরুদে" হায়না খুমখ্রে। মমানা কুপশনা হংলকই, "ঙাইখো, নওগী-সিবু হৌজিক কালগী খজ ই চিক্কবাগাইগু তৌরুবব্রো, কনাগ-নো? শেংনা হায়রম্ব হয়েং ফত্ত-মুংদ থোক্লগা মুপী নওদনি মযেং তাগদরা।" মমিংমক্লা উহৌবগুম হংলকপদা খুমকম খঙখিদ্রে। মমাগী রাগা চংদে। বসন্তনা ফাগি ওইনা হায়খিবা রাহৈনা মথরায় মুংঙাইত্রদুনা মপিদম তারকই।

অমুক অঙন্বসিদা মাল্লিকাগী মযুমদা চংখ্রে। মতানা তান চাদনা চখোরকপদা "কনায়দা চংলুরিবনো" হংই। বসন্তগা ঘনগা য়াচংলকপদা কোয়রক্লম্বগী রারী শারবা মতুংদা স্বর-নিমালানা মথা তানা লিরকই, "ইতা, তুম্ব হিপনবা মতমদা মহাক ঐখোয়দা লাক্লমই। ঐদি মহাক্না ঙসিদগী মীরৈবাক্তা চংলগনি হায়বা খঙউদবনা ফাগি ওইনা 'ছুরাম্বা কনানো, কৈদো লাক্লিবনো' হায়দোক্লখ্রে, ইতা অদুবু য়াম্না রারোরমগদ্রো?" অম্নুম্না নিংঙমদনা হংজরকপদা মাল্লিকানা—"ইতা অদুবুদি কৈদৌবগী হায়রুরিবা" হায়রকই। অরাবা খর কোক্লত্রা খন্দুনা লীজরুবদা মাল্লিকাগী রাহায়না হেন্না রাহনখ্রে। হায়রকই, "ইতা! হৌজিক মহাক চৎলমলগদ্রা? শোরোক্তগা থোক্লম-লগদ্রা অমুক্তা চৎলুসিবা?" মাল্লিকানা—"মী ময়াম মমাংদা

ইকায়ত্রো ইত" হংলকই। "কৈদৌবা ইকায়:পায়:না অমুক্তা চৎমিন্নরুাস লাকওমী।" মতানা তোয়না হায়রবদা মাল্লিকানা মমাদা "সনা শাফমদা চংলূগে" হায়জগরম্লগা কৈথেনদা থোক্লক্লে। মখোয়না লৈরক মচিন হেং্তারকপা বসন্তসু মপাবুংগা রাঘুগনা পিনদোরক্তুনা হরাগাড়ীদা কাখৎকদবগী থোরাং তৌরম্লে। সুর-নিমালাগী নীংগমদবা মৈচাক্কি মিৎয়েংদা বসন্তবু উকা ফংলে। হুংশিনরবা মখোয় অনিদি রারী শানবদা মী খঙখিনি, উখিনি খন্নবনা মাল্লিকাদা হায়রকই, "ঐনা হুংশিরনা ফাগি ওইনা 'হুরান্বা কনানো, কৈদৌ লাক্লিবনো' হায়খিবনি রারৌবিগম্ভু অমুক্তা হায়বিরুসে। ইতা মাদি হরগাড়ী তোংখৎখিদোরে। চংলো ইতা!" মাল্লিকানা — "মপাবুংসু মনাওসু য়াওরিবসিদা কন্নায়না হায়রুদোইবনো?" অসুন্না ইন্নরিবৈদা বসন্তনা সুরনিমালাদা পুন্সি-গী কাউনরোইদবা মিৎয়েং অমত্তং য়েংলমলগা গাড়ীদা কাখংখ্রে। সুরনিমালাগীদমক্তি তমথীরবা মীয়েংপা হরাগাড়ীনা বসন্তবু য়োংশিনখ্রে। থর থর পুথোকখিহুনা অসুম অসুম লাপথোকখ্রে। হরাগাড়ীর থর থর পীকশনখিরনা শোরোককী মতাইদা হোৌবা উ-রা মরক্তা মাঙখ্রে। সুরনিমালানা চপ লেপ্তুনা অসুম য়েংলম্বদগী —"ও! ইতা! মহাক চংখ্রেদো! ও! ইতা! মহাক চংখ্রেদো" হায়রগা ওখোংনা কপ্লক্লে। মাল্লিকানা "কপকসু ইতা, মীগী মমাংদা ইকাইদ্রো? হল্লক্লরোয় হায়বসু নওনা" অসুন্না থেমজল্লকই! হুংশিবগী মফমদা তাল চাদনা ফাগি তৌবদা হায়দোকখিবা রাহৈশিং অহুনা মথন্তগী মনাকোংদা ঙংহুনা লৈখ্রে।

# অনিশুবা শন্দুপ

## চীংদা মানদ ।

বিনাসখী হায়বীসি লাইরিক তম্লিবী মতমগী ছাত্রিনি। ফিজেৎ-চাকচা, মিৎয়েং-নায়েং, থাংলকপা থোঙথাঙ, শমগী নমুনা পুন্নমক্তা মতমগী ইরাং য়াওবিনি। শাওং-শাদসু করিমত্তা রাক্তবী হুপীমচানি। মিৎয়েংদা হায়রগা — নোংচুপলোমগী মেম-শিংগী ফজবা থানবদা মমিং লংবা, হৌদোং মিৎতা তাবনা ফজৈ হায়না থানৈ,— বিনাসখীসু মমিং লংতক তৌই, নোং-চুপলোমগী লৈশাবীমক থোকই। মাগী মিৎকী পাদি নোং-থক্লোমদা কা হেম্না থেক্কৎলি। কোয়রাওনববা মিৎস্না অনি-হুনা থাল্লকপা মিৎয়েংদা পাথংশিংগী মথরায় ঙাইহাক ঙাইহাক চোংথোকই অমসুং থম্মোই ইরাং হৌহল্লি। সাইকল তোংদুনগা চৎচবা পাখং অমদা বিনাসখীনগা য়েংলুবদা তুশনবগা য়াওই। মহাক্লগা স্কুল কারকপদা মমায় শেংঘা ছাত্রনা থৈনবা ঙমদনো

শোরোক মতাইদা হস্তোরক্লগা ফনা কুইনা লেপ্পা য়াওই। বিনা-সখীগী মিংরেংসিদা ঐগুম্বা শকথিবা কনানা কোয়রকউ হায়না কৌশিল্লিবোই নিংহুনা চিঠী পিরুবদা চোপ্পা কয়াম্নু য়াওনখ্রে।

ছাত্র অমা ওইনা গৌথিবা হুমিৎ কয়ানিমুক্তগী মেট্রিক্‌ পরিক্ষা থারক্লি। অহুগা ওসিনা অরোয়বা হুমিৎনি। বিনা-সখীসি হৌজিক হৌজিক রাঘুনস্থু কোয়রিবনি। মরম অসিনা মহাক্কি পরিক্ষাদা হুমিৎ খুদিংগী রাঘুনা চত্নুনা মতেং পাংবা য়াবা পাংবি। পরিক্ষা লোয়রবদা ওসিদি কোয়রুসি হায়ন-দুনা মমান্নবী খরগা রাঘুগী মরুপ খরগা নোংপোক সেকমাই-রোমদা সাইকল থোনরক্লে। বাজার য়োরবদা হুপা মশেন্না হীদাক খর খর থকলুসি হায়নহুনা সেকমাইগী নোংপোক থংবা চীংদা লৈবা হুংজাওপ্পোকপী তন্না গাড়ী থোনরক্লে। হাইরং হাইরং গাড়ী থোনবহুদা মীগা থেংগাইনরুগদ্রা হায়না হুপীন্নচা-শিংনা মিপাইজৈ।

মফম য়োরে। য়ুঙাওরগা হেরা শাহুনা চীং কাবনচিংবা তৌনরক্লে। ররী শাবগী খুদাং চাবা ফংনবা অরাংবা চীদা কাখৎনবস্থু য়াওনরক্লে। তাপ্পা ফংলে খওলহুনা রাঘুনা বিনা-সখীদা হংলকই, "বিনাসখী! নঙ ঐবু তশেংনা হুংশিব্রা?" বিনা-সখীনা— "কবিতৌংগী হুংশিরোইদোরিবনো" খুম্লকই। রাঘুনা -"অহুদ্দি হুংশিবা ঐনা হায়বু খুদিংমক য়ানিংগদ্রা?"

"হায়গদবা হান্না হায়খো, নত্রবদি চিংনবা পোকই?" রাঘু— বিনাসখী, চিংনরবদি অশেংবা হুংশিবা নত্তে, হুংশিবগী

মফমদদি চিংনবা অমশা পোক্লোইদবনি।

বিনাসখী — নখোয় নুপাদি ও ইগাক্তংগী নীংবা থুংলগা মতুংদদি মীচেন য় য়া ওইগল্লি, অহুনা চিংনবা পোকই।

রাঘু — অদুদি নঙনা ঐবু নুংশিবনী খুদম পীযু। নুপী ওইবীনা ঙাঙবা শকপসিদবু নুপা। ঐ.খাগদি যাম্না থাজগল্লি, নঙনা ঙাঙলিবা খুদিংমক্তু ঐবু তশেংনা নুংশিব্রা হায়যু।

বিনাসখী — ইমাংদা লৈবিবা মহাদেবগী নুংগী মুত্তি অসিনা সাক্ষী ওইসনু। -'ঐনা রাঘু নঙবু থাদোক্তনা অতোপ্পা নুপা অমদা লৈগ্রাবদি, ঐ-মা মতম কুইনা লৈমিন্নদবা ওইসনু।' ঐবু নুংশিবগী খুদমসু পীবিযু।

রাঘু — বিনাসখী। ঐনা নঙবু নুংশিবগী খুদম হৌজিক ফাওবা থঙব্রিব্রা? নঙনা পরিক্ষা নুমিৎ অমুক কুইনা তৌ-রকপা অসিদা ঐনা যুমগী থবক ইথ্নাংগা অমগ্রা শুদবামখৈ, চুই অঙাওবদৌনা কোয়চেন চেন্দুনা নঙগী মতেং পাংলিবা অমসুং পুন্সিগী কাউনদনবা হায়রনা চৌংগী অশং-অমান দৃশ্যা য়েংমিন্ন-রিবসি নহাকপু নুংশিবগী খুদম্নি।

অসি হাযরগা বিনাসখীগী তনৌরবি খুৎশাশিংদু পুম্নপ পায়শল্লগা চীল্লকই। তাপ্পা অসিদা রাঘুগী মকপ অমনা -"মী মখুৎ চিকথৎপিরে" হায়না চৌংথক্তগী লাউথরকই। বিনাসখীনা ইকাযজদুনা মখুৎ থংশৎ শংতোকপদা "অয়ো" হায়না মখুৎ ক্রং ক্রং কঙ্গে, মহুসু উথ্রনি থন্দুনা থাংথম হেক থমই। রা-ঘুনা ময়া ইকা কানা মখুৎনা থল্লগা মরুপশিংবু কৌরকই।

মখোয় পুল্লপ অমুক লৈরে । য়ু ঙাওবা হন্থিন্ত্রবা পাখংনা অশাৎপা কুণ্ডো থংলগা হাইরং হাইরং লৈশাবীনা থেৎপিবস্ন য়াওরি ।

হল্লসি হায়নহনা চৌংখাদা লোইনা কুমথনরক্লে। রাঘুনা -- "বিনাসখী ! ঐগী হকচাংসি কৈনোমা তৌরে, গাড়ী থৌবা ঙমগনি হায়বা থাজত্রে" হায়রকই ।

মতা অমনা — " ইতা বিনা ! নঙহেক থৌবা, কৈদৌয়েগে" হায়রকই ।

বিনাসখী — থৌগেনে ! মখোয় যাওবগী থৌহনবনি, ঙমদ্রবদি কৈদৌয়েগে ।

বিনাসখীগী ৱা তাবদা রাঘুনা — "থৌরো অহুদি তোংলগে" হায়রগা কো-রি-অরদা তোংখংখ্রে । পুন্নমক থৌবা হৌনখ্রে ।

লৈশাবীনা পাখং হাপ্লগা সাইকল গৌবা উবদা শোরোক্তা চৎলম্বা মী খুদিংমক্না রাঘুগা বিনাসখীগদা মুন্না মুন্না য়েংহৌই । অস্নুন্নস্নু হায়নহৌই, " যুগ অসি মওং অমা তৌশিল্লক্লে, নুপা নুপী ওন্না তৈনরক্লে ।"

রাঘু — বিনাসখী ! ঐ হবচাং য়ান্না ঙমদ্রেবু ।

বিনাসখী — য়ু থকচিল্লু তৌরিনি । কৈদৌবগী থকউরিনো ? ঐদি য়ু থকপা য়ানিঙদেকো ।

রাঘুনা ঙাওবগী থোঙ্গেন্দা মরোল চুন্না থোক্রিবা অঙাংদোনা -"ঐ মতুংদা অমুক থক্লরোই, শাউগনু" হায়রগা বিনাসখীগী লুতুংগী শমজিহু পুল্লপ পায়শল্লী ।

# কলেজ কারমদাইদা।

থা খর তৌখিদুনা মেট্রিক পরীক্ষা হায়দোরক্লে। বিনাসখী সেকেণ্ড ডিভিজনদা পাস ওইরে। বিনাসখীগী ওজাশিং হরাও বনা অমুকতোইগ্রে। ইমুং মচুংগী মীওইশিংসু মহাকপু নুপী থোকই হায়নগ্রে। বিনাসখী মশামক্তি মথুংনা থা লাম্বা ফং-ঙমুক হরাওগ্রে। কলেজ কারগদবনি হায়বসিগী রাথন্দা নুং-ঙাইখিবনা মশাদু তগৎ তগৎ তেকখৎগ্রে। মহাক্না মেট্রিক পরিক্ষা ফাওবা কুমশিনগা অরিবা অনৌবা শিঙ্গবগী মতাংসু ওইখিবনা নাপল অমসু কারক্লে।"এসি মেট্রিক পাস তৌর-ঃনিকো "খল্লুবদা মথন্তা পঙহা-হরাওগ্রে। কলেজগা স্কুলগা খর থেৎনৈ হায়বদুদা মমল তাবা অনৌবা ফিজোল হোংলগদবনি খল্লসিতনা মহাক্কি লাইনিং ওইগ্রে। পাথং য়াম্না পেংনরগনি হায়সিসু মহাক্কি রাথনি নুংশিবগী লমদা ঙম্না খোংদারুরবা শাবী শানৌদি নুংশিবগী ইরাংবু থাদোক্কে হায়বসি ঙম্নদে। বিনাসখীসু মচুগী মন্নুং চল্লিবনি।

মহাকপু কোয়রিবা, লাইরিক লাইশুস্ম নিঙাথন তমহৌ-রবা ঘনদি বিনাসখীনা মেৎিক পান ওইরে তাবদা য়াম্না শুংঙই-ঙৈ ; মোইশুম্বস্নুং বিনাসখী । অরাংবা থাক্তো আশা তৌখিতরে তায়রসিমস্ম খন্দবা নত্তু । ঘননা কোনরি তায়বা খংদবা ২শুব, কেম্বিদেট রাঘুস্ম বিনাসখীনা মণা রাংখংখিরনা মহাকপু হুস্তো-কপিরমতারে খন্নুবন্না নীংবা কায়বা অমা পোকই অমম্নুং মেট্রিক পরিক্ষাসি অমুক থারসিরা খনগ্রে ।

কলেজদা মিং চন্নবগীদমক মার্ক শীৎনচিংবা লৌবা লাক-পদা ঘনস্ম বিনাসখীগী মতুং ইন্নরক্লে । স্কুলদা চঙবদি ইকাই-রক্লনা গেটতা বিনাসখী থোক্লকপা ঙাইক্লা লৈহৌরে ।

মমান্নবী অমগা লোয়ননা ক্লার্কি কাদা চংক্লনা মার্কশীট লোরে । ওজা হেড মাস্টরনা মহাকপু কৌশিন্নগা থগংপা রাহৈগা লোয়ননা পাউতাক পীরকই, “ বিনাসখী ! নহাক্তি ওজানা থাগৎপা ! হৌজিক্তি নহাক কলেজগী ছাত্রি অমা ওইরগদ-বনি, নশাগী দায়িত্বস্ম চাউশন্নক্লবনি; রাখল মুন্না তৌ, মাঙবা তোংবা হৈশানা লৈরবনি । কলেজ অহান্বা কাবদা রাখল ফাজন্বা ঙমহৌত্রবদি মাঙনীংঙাইগী মশক্তি । চৎলো, চৎলো ওজানা নঙবু বিদায় তৌরি ।” দরকার লোইরক্লনা স্কুলগী থোঙ্গাম্লেমদা থোক্লকলে । ঘননা ছাত্র ছাত্রি ময়াম চৎলিবক্লগী মমাংদা ইকাইরদুনা নাপি থৎলগা থৎলগা বিনাসখীবু ঙাইরম্লি । ঘনা উবদা — “ তা ঘনা ! কনা ঙাইরিবনো” হংলকই । ঘননা অস্তুম ফম্বসি য়াত্রবরো, মীশিংসি রাঙঙ অমা তৌরেকে,” হায়রগা

বিনাসখীগী মতুং ইম্না মৌরকই। অমুকসু হায়রকই, মৌজিক্ মেট্রিক পাস ওইবনিনা বাংলসু বংলমনিদো ?" মোমোন তৌনা বিন সখীনা —"করি তৌবা বাংবোযবনো ? অপঙবা মীদনবু নাপল তৌজবনি, ঐদি কৈং তৌজদোয়" হায়রকই।

ঘননা — " অপংবা নত্তবা নগাকাসিবু ভয়েং কলেঙ্ক কাথ্রগা ঐবু নিঙশিঙবা ঙমখিদ্রা " হংলকই।

বিনাসখী তা ঘনা ! মচুগীদমক্তা কৈসু চিংনবিরুগনু ! মুংশিববু মতম খর উনদবদা কাউনববা মুংশিবগী মগুন করিস্তু লৈত্রে ; কৈদৌঙৈদসু তা ঘনবু কাউরোই।

ঘনা — ঐনা হায়রিবসে অসেংবনি। থম্মোয় শনা মুং-শিরুবা ঐতনা নহাকপু পুন্সিগী ওইনা খল্লিংনি। ঐবু থাদোক্তুনা কনাগুম্বদা চৎথ্রবদি নীংবা কাযরবা র খল খিবিক্রা থম্মোয় লাইমন ওইহোগনি।

বিনাসখী — মুংশিবগী মথমনা অচৌ পিশক থায়দে। মসিমক্তা যৌবন মপুং ফাওবা মমশ যম্লবা মীওই কয়াগা মুংশিগী ইপাক্তা তাওথমিন্নখিহুনা মথৱাযফাও মাঙনরিবদি। ঐনা তা ঘনবু কৈদৌঙৈদসু কাউবোই।

ঘনা — অচুম্বনি মুংশিবগী মফমদদি অচৌ পিশক থাযদে। পেরুক্তা চাউম্বা খম্বনা অচৌ অশাংগী মচা মুপী থোইবীগা মুংশিনরুবদগী মথৱায়ফাও থামিন্নখি। অতুবু মীওইবগী চীন অসিনা ফোংদোকপা ঙমদবদি লৈত্তে। চিন্না ফোংদোকপদা মমল য়াঙ্কাল্লিবা অসুক থম্মোইদসু য়াঙ্কাল্লবদি চীন্না ফোংদোকপা

ঙগী মমল লৈবমগদবনি। অস্মা শাঙনরগা ঘননা শোরোক্তা লৈহৌবে, বিনাসখীনা মথুমদা তনখ্রে।

তুমিং তারমদাইগী নতারোলশিংনা শোবে কা হরা চাবা থোক্লবা মতমনি। কলেজ কাবমদাইগী অনৌবা কিজোল হেংনবগীদমক বিনাসখীনা ফুরিং তুকমদগী ফুরিং লৌবা থোরক্লে। ফুরিং তুকমদা লৈগন্না বাঘুগা মুক ওক্লরে। মহাক্না ফুরিং লৌরগা যুমদা হনখিংদা রাঘু ইমরাক্লে।

রাঘু -- "বিনাসখী! বা অমত্তা হায়গেবা" হংলকই।

বিনাসখী — "করি বানো" হংলকই।

রাঘু — ইস! মীশিংসি যাম্না পোংখ্রেকো। কলেজ কা-দৌরবনি হায়রনা ইপোঙ পোঙলেকো।

বিনাসখী — (নোকাকেং তৌরগা) অদুবু করি বানো? হায়রা। তুমিং তাশিল্লক্লে।

রাঘু — ইবানি শানখিবা রারীশিংদু নিশিঙলিব্রা?

বিনসখী — নিঙশিঙলি, করি তৌরবগে?

রাঘু — নহাক হৌজিক্তি কলেজ তমদোরবনিনা অরাংবা থাকী রাখল তৌখ্রনি হায়না চিংনবা অমঃ পোক্লেদো।

বিনসখী — কৈদৌবগী রাংদোয়নো? অমরোমদা ঐহাক্তি নঙগী মতেংনা ডিভিজন ফংবনি; নহাকপুদি শুঙকাও কাউ-রোইয়ে।

রাঘু — উচি মচাস্থ কৈ ওনহল্লগা মুনি চাগে থৌরাং তৌবহুদি বিনাসখী তৌনরোইসিকো। ঐদি কৈশু খঙজবা

নঙ্গে, নংবু হুংশিবনা ঐগী ইথৌনি । বাথন্না চাবা থকপশূ চঙজ্রবনি । নখোযনা মেট্রিক পাস তৌখিবদা ঐগু অমুক থারসিগা থল্লবনি'। ঐ.খায তামোনশু অমু ক্রুগা যেংখো হায়রম্বনি । মসি পুন্নমক মতম অমদা ঐনা নঙবু হুংশিবদগী মতম মাঙবা পাম্মুথিদবনা লাইনিক'লোমদা শোযখিবনি । অসি যৌনা নঙবু হুংশিবকপসি অরেম্বা তাহনগনুকো ।

বিনাসখী — কৈদৌবগী তাহন্দ্রে ইবনো ? ইব নিমক থাজ-নবদগী থুংনগি হাযনা ৱাশক্লথবা নত্রো মহু তঙনা নিঙশিঙউ । ঐস্মু নিঙশিঙগে ।

থাজবা ফংলহনা রাঘুনা — "ফ'ব অতুদি যৌরো, ঐ কৈ থেন্দা লৈহৌখিগে" হাযরগা মখোয অনি বীগায তৌনবকই ।

বিনাসথীনা শোরেক যাঙবী থক্তা চংনা চংনা, মবায লুক্কা ৱাথল তৌরকই, "মতম অমদা তা ঘনগা বাঘুগনা ঐবু কোয়গে হায়বকপদা 'হোয, 'হোয়' হাযদোকখিবদগী মথেয় অনিদি থঙজদবনিনা ঐবু হুংশিরি । ঐহাকপু হৌজিক্কি ৱ থগ্না মথা শাবেদো । মথেয অনগী মহু দা অম তোথেকও হাযবপু কদায়নো ! অনা তে কথোকহনথিবদা করিগুম্বা তুংদা থঙনবক্ল-বদি "নঙনা থুগাইবনি' হয়হনা শোয়দনা ফুনরক্কনি । তা ঘননা হাযখিবহু অচুম্বা ওইগদৌবি ! ঐ কম্মায তৌনি ! হুংশিবা অমবু লোৎতুনা অতোপ্পবুপু শকক যাক্কবা ঐসি মমিং য়ম্বী তাবেদকো ! থঙজদবা থোইমু অনিবু ঐগী থম্মোই লাইয়ুমদা মাম তাররে' থঙনবক্লবদি ঐগী থম্মোইসি অনি থোক্কা চিঙ্খাবকপা

তারে ! হুম, ঐ অমদি হায়দোগ্রম্বা ল'ক্লরগে !'' থরায় রাবা অম্নম্না খল্লগা শ্বর অমুক্তং শাংনা হোল্লগা মমুম য়েম্ব্রে।

নহান ম'খাদ বিনাসখীনা থরায় রাবা অমুক্তা উখিদ্রি; মশা খিঙ-খিঙ লাউনা, মমিৎ তরাও তরাও, ফেৎ-ফা তৌহ্নবতা লৈগল্লি। মুপী মচাশিংদি ফি-বোল তুরুবসিস্ন হরাওগম্বনি অছবু ঙসি মহাক্না ফুরিৎ লোরুবা হল্লকপদগী মুংঙাইতনা লৈবা উই। মচেনা হংবস্ন কৈগু তৌদে খুমই। বিনাসখীনা ঘনা নত্রগা রাঘু, অনিগী মঙ্গদা অমদি চিঠি থাহনা হায়দোক্লগে খন্দুনা পাউমৈ লেমটন চুখৎলগা টেবলদা থাংকৎতুনা চে কলম পাযবা হৌরে। ইরগে তৌবকপদা করম্বু বাই তৌগদগে খল্লুবদা ইবা ঙমদ্রে। কলম চিল্লগা খল্লকই, "ঐনা মমাং-ঙৈদা হায়দোকখিবা রাফম্না; 'মীনা চীন্দা শিবা, শানা খোঙ্গুন্দা শিবা' হাযবহমক ইশামক্তা পোক্লেদো।'' ইরগে হায়না চেদা কলম থারকপদা ঘনগা রাঘুগগী রা হেক্তা নিঙশিঙলক্তুনা ইবা ঙমদ্রে।

কলম চিক্লুনা লৈবিঙৈদা স্নরনিমাশানা চাক খোংলূবদগী মমায়্গাহু তঙাং তঙাং চঙলক্লগা — "বিনাসখী ! চাক লোইরে লাকওহে'' হাযরক্লে। মহাক্তী মতৌ উবদা মচেনা হংলকই, "করি তৌরে, কনাগী রাখম্নো ?'' বিনাসখী রা ঙাঙদে; মচে-নম্নুক হায়রকই, "ইনাওদি কলেজগী ছাত্রি ওইদোরেনা লেম্ন-মানেহে। রাখল য়াম্না থম্বীগা মান্নে।'' চৎলগে তৌরকপদা — "ইচে অমুক্তা লাকখোনে" হায়না খাম্লকই। চঙশিল্লক্লগা

"কবিগীনো" হংলকই। মীংইবনা পোক্তুগে পোক্লবদা মনাই থৌবুবদা রতানৌ হায়রা লৈরনা নিংসথীনা মচেদা হংজরকই, "ইচে! তা ঘনগ নঘুগসে নহানবাইদগী ঐবু কোযরকই। মখোয় অনিনা কোযগে হায়রকপদা ঐনসু যাথোকখ্রে। অতুগা মখোয় মশেন্দি থংনদ্রি! অদুবু কনম্বা নই তৌগদগে?" সুরনিমালানা — "হায়রকপবু কবক্না হথগে, নঙগী থম্মোইদা কনানা লৃঙ্বা লেংবগে?" বিনাসখীনা হায়বকই, "কোয়গে হায়রকপসু হেৎখিবা যাওশংহুদা চপ মান্ননা হযবগোই তৌখি। কুংশিবসু তা ঘনসু কুংশি, রাঘুসু ঐগী পরিক্ষাদগা মতেং যাম্না পাংবিখি, মহাকসু কুংশি।"

মহক্কী বাসিদা স্বরনিমালাদি নোক্লি নমা অমুক্তোইখ্রে। অতবু শাওখিনি থন্দুনা খাঙলগা — 'অঙদি ঐসু থঙজ্রেবু! ঐগী পুন্সিদদি পামমুবা মগাক নত্তুনা অনিশুনা কুংশিবা থম্নক্লে" হায়বমগ চাকশংদা চঙখ্রে। বিনসখীনা — "ঐ চাক চানিংদে" হায়বগা রাথল অমুক থংনকই "যনে, কশ্মনা তহা হায়বতুনি। ঐনা লাইরিক তমা চংখ্রিঙুনা মখোয় অনিমক ঙইবা ৎমরক্তুনা মরাইনা শোকচখ্রনি।" সখুন্না উংাত লৈত্রহনা ঈশ্বরদা ইস্তোকখ্রে। নোংঙাল্লগা বিনাসখীবু কলেজ লৈবা, মগী তম্পাক্লেগী নপামদা থমলগা মথংগী ক্লাস তমথনবগীদমক মপানা মহাকপু থাখ্রে।

---

# চিঙোন তৌবা।

নদিয়াচান্দ কৌবা মুপাসি মুপী অনি লোল্লি হায়বা ময় ম্ন খঙবি-রে। মহাক অসি ইনাকা কৈরাক খুনবদা নঙনা ঈশৈ-নোংমাইদগু মমিং চৎপা মুপা, অমনি। মহাক্না অনি লোনখিবগী মরমদি মুপী অহল চান্দনিগা চহি তরামুক য়ুম পানমিন্নরক্লবা ফাওবা মামগা মচা অমত্তা উবা ফংখিদে। মহাক্না ইশৈ শক্‌বা হল্লকপদা চাউরবা য়ুমদুদা চান্দনিনা অঙাং অমফাও চোং ফন্দুনা লৈরম-দবদুদা য়াম্না মথবায় 'মুংঙাইখিদে। চান্দনিগু মমিংতগী মপি তাখি। নদিয়াচান্দগী মহৌশাগী মিংদি 'নদিয়াদমক কৌজরম্ননি অদুবু মিংথোন হৈবা মৈতৈ খরনা 'চান্দ' হায়বা অমা তোপ-শিন্নখিরনা "নদিয়াদগী 'নদিয়াচান্দ' হায়না কৌনখিদুনা চানদ-নিগা চানহনখি!

মথোয় অনিনা মচা য়াওদনা চহি খর য়ুম পাল্লক্লবা মতুংদা ঈশ্বরনা য়াম্না তাঙনা সুরনিমলাবু পীবিখি। মহুগী মতুংদা "মচানিপা অমত্তুংগা লৈজরবদি মহাক্না লন-থুমশিংবু

মশক খঙনা শিগ্রন্থা ঙমগনি খন্দুনা তম্প্যাক্লৈবু অতোনবী ওইনা লৌখি। অহুবু ঈশ্বরগী নোংদমদি তম্পাক্লৈনা লাকপগী থা তরুক লৈরগা বিনাসখী পোকখি। চাহ অমফাও ফাদনা অতোম্বীনা বিনাসখী পোকখিবহুদা মবাম্না কন গুম্বগী মচা ওইবিগম্রা হ যনা চিংনখি!

তম্প্যাক্লৈনা লাকপগী মুমিৎ খরনিদি 'ইচে-ইনাও" কৌ-নহুনা হরাওনা লৈমিন্নবমই। মতম অহুনদি পুন্সিসিমগী চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নরগদোবোয় নীংলমই। হৌজিক্তি নদিয়াচান্দবু খুহুম চন্নবা হোৎনবদা অমনা অমবু উশিংনবক্তে। ইচে কৌবগী মমল লৈরক্তে। ইনাওনি খন্নবগী তোংজফম লৈবক্তে। মতম অয়াম্বদা কৈগু লৈতবা রফম অনগীমু হক্তা খংনরে। অমরোমদা নদিয়াচানদগী ঈশৈ-নোংমগী খোঙচৎসু খব খর করক্লে। মহাক্তা নোং ফাদোক চৎথোক্লুবা হঞ্জিল্লকপদা মুপী অনি খৎনবগী খোঞ্জেল্লা মহাকপু তবাম তরাম ওকপগুম তৌবক্লে। কৈরোন-লৈকাইগী ব্রাহ্মন-বৈষ্ণবশিংগা ধর্ম্ম কর্ম্মগী রা তানহুনা মহাক্তী পুন্সি লেপ্পনবগ হৌজিক্তি মুপী খৎনবগী বিচাব তৌবনা মহুৎ শিল্লে। করি তৌবগী খৎনরিবনো হংবদগু ঐনা চুম্মি-ঙাক্তা হায়নৈ। চুমই হাযবা মুপী অনিগী মঙুংদা মচীন খর কনবী, শেম শাবগা খুধা হৈবি অহনা হেক্তা চুমহল্লি। মচীন কনবীদি তম্পাক্লৈনি। নিংথৌনা চুম্না রায়েনদবা লৈবাক্তা শান্তি লৈতবগুম নদিয় চান্দগী ইমুংসিমু শান্তি লৈরক্তবা কুইরক্লে। মুপী হায়বসিনা মপুবোইববু খুদম য়াম্না চনবা পামই, অনি

শুরগস্থু হেল্লি। খুত্থম চম্লিংলিবী অত্থনা অনি শুরকলবদি হুপা ওইবা মাগী মঙকশমদা থৌরি থুজল্লগা য়েৎ ওই অনিঃ..া চিংনরক্লুনা থোইদোক্লা রান ১খাঙগনি নদিয়াচান্দ মীরক তিন্না ওল্লক্নে ; রানা খাঙলক্লে।

ইমুং মন্নুংগী পুকচেল খোয়জেল তিনরক্লুবা মতাং অসিদা সুরনিমালাবু থাজ-য়োঙ্গবগী রা হোদোরক্লে। সুরনিমালাগী মশক মতৌ ফজবা, লমচৎ-ব্যবহার লুবা, ... ... ময়াম অসিনা মহাকপু য়ুমথোঙ খুদিংদা রারিনে। লৈক ... ইচেম ইন্দোনশিংনা কৈথেন অকা অকুমদা মাগী মগুন শন্দোকই।

হুপী অমা ওইবদা মতিক চারবী মহাকপু ইনাক-খুনবা বিত্থরগী মপানা মমৌ ওইজনিংবদগী, নোংমদি নদিয়াচন্দ্র উনবা লাক্লে। মী লাকপত্থদা নদিয়াচান্দনা মচাহুপীদা — হায়রকই :— ইবেম্মা নঙ' খুড়া ল ক্লি ফিদা লৌথোক্লরাউ'' হায়না য়াথং পীরকই। সুরনিমালানা শক্তেয়দা ফি শারন্বদগী হৌগৎলক্লগা ইমুংদা চঙখিত্থনা মোড়া পুথোরক্লগা মপাগী মনাক্তা থারগা —"সোমদা লেঙশিনবিয়ু" হায়রম্লগা ফি-জি ফিনা পায়দ্থনা থোকখ্রে; অত্থগা ফিমুক শাথ্রে। সুরনিমালাগী ঈংবা তপ্পা, ইকায়-হঙ্গোয়বা উবদা বিত্থরগী মপাদ্র থোইদোক্লা শুঙ্গাংথ্রে মমৌ ওইবা ফংজরবদিকো খনথ্রে।

নদিয়াচান্দনা রা হৌরকই, "করি তাকপিগদবা লৈবনো, অ মুক্তা নিঙশিংবিসি ?''

"করিগুম্বা অমত্তা নিজবা লাকচবনে। য়াবিরকনি য়াবিরক-

লোই হায়বাদি ঈশ্বরবী নোংদা।” হায়রগা শঙ্গোয়দা য়েংই।

“ হাকপিসে, তাকপিসে। চিংনবা লৈতনা ফোংদোকপিয়ো।” মরক গসিদা সমুংদগী তম্পাক্লে থোক্লগা —“ইতৈ লেঙগোকপিরক্লিব্রো ? নহান ভাঙনথিবা রাকমহুগীরো” হংক্লই।

“ মানিনে নহানগী রাকমহুগীনিনে।” তম্পাক্লেনা — “ভাঙনবিয়ু, ভাঙনবিয়ু ” হায়রম্লগা ইমুংদা চংখ্রে।

বিরগী মপানা নদিয়াচান্দ য়েংলগা রাহংলকই, “অদোমগী ইচা হুপী অহলসি সমো ওইজগে হায়ববু ঈশ্বানা করম তম্লমগবা!”

মুমা রাখল তৌরগা হায়রকই, “ ইমুংগী হুপী অভাংশিংগা অমুক্তা তনজরকখিগে অদুগা পাউ পীজরক্লে।”

“ফরে, ফরে। ঐ হয়েংমুকনু লাকচখিগে। ইচা হুপাদু মথন্তা পোকচবনি, — লৈরিবা মান-চাং পুন্নমক মাগী ভাক্তনি। হৈশিংবী, হুপাগী পুকচেন ফাজনবা ভমগদোবী অমগা লোয়নরবদি অকপা ওইগনি খঞ্জবনি। মসিবু মপু মহাক্লা পীনবীবা ওইসনু। ঐ য়োঙ্জরগে।” অসি হায়রগা সূরনিমালাদা য়েংল য়েংলগা চৎখ্রে।

নদিয়াচান্দনা রাখল তৌরিবৈদা তম্পাক্লেনা কমুংদা কৌশল্লগা চিরোন তৌবা হৌখ্রে। হায়রকই, “ঐনা হায়রিবসি য়াবিয়ু নত্রবদি ইতোমতা থাওনা থিন্দুনা শিজগনি। ইবেম্মা অহলবু রিহুরদা থাজসি। মতম অমদা নত্তবা লমচৎ চৎলমলবসু হৌজিক্তি ভাব য়াম্না ভারবা বিদুরনি। মহাক মথন্তা পোকপনি, লৈরিবা পুন্নমক মহাক্তিনি। মভোন্দা ইচা হুপী থাজরবদি

শেংপা চাবা খুদিংমক্তা মনীং থুংগনি। ঐনা হায়রিবসি য়াবিয়ু।"

নদিয়াচান্দনা — "ইচানা য়ারক্ত্রবস্যু পীগত্রা।" হংলকই।
তম্পাক্লৈনা — "মহাকপুদি ঐ ঙাঙনগে শোয়দনা য়ারক্কনি"
হায়না ফমুংদা চিংরোন তৌরিঙৈদা বিনাসথীনা লৈকাই কোয়-
রুবদগী প্রপ প্রপ থোঙজিন কান্সিল্লকপা থেংনত্রে।

---

# লোক অমদা কৈ অনি।

হুংথিলগী মতম্রি। বিদুরগী মমানা তম্প্যাক্লৈগা য়া থর
তাননবগীদমক নদিয়াচান্দগী য়ুমদা লাক্লে। বিত্তুরগী মমাদি
ঙাঙবা শকপদি ওথাক ফবী হুপীনি। কৈথেন অকা অকুমসি
মাদনা য়া ঙাঙই। চৎমিন্নরিবী ময়ামদু অমুক্তা সংহনদে।
মহাককী য়াঙাঙদি ময়াম্না থঙনরবা মচাহুপাহু থাগৎপদনি।
করিগুম্বা মীগী ময়ুমদগা নোংফাদোক চথোক্লবদা মঙোনদা
হীদাক হান্দুনগা পীথকপসি পৈথদনা থক্লগা য়াবী তৌহুনা
মথন্তা হীদাকতু থক্লগা হৈদোকখি। চুরুট বিড়িগা পীবসিনা
হেক চপথিবদগী থাদোক্তবসিনা মথুৎ পোক্তিফাও হুংত্তোক্কে।

মহাক্না ইমুংদা চঙখিহনা তম্পাক্লৈগা বা ভানরকই। হংলকই, "নহাকগী রাঃমহ করম তৌবিরবগে ?" তম্পাক্লৈনা —"ঐনা য়ানবা শীনগনি, করিমত্তা বারুহু ইচে।"

"অহু ইবেম্মা। মহাক্তবু ইমৌ ওইবা ফংজরবদি ঐনা নঙগীদমক মতিক চাবা মমল পীগনি, য়ানবা অমুক্তা থেম্বিয়ু।"

ইমুংদা চান্দনি চঙলক্লগা — "ইচে ইবেম্মা করি থবক-কীনো, চুরুট বিড়িগা থকপিরব্রো" হংলগা বিহুরগী মমাদা বিড়ি অমা পী। মহু লৌরগা হায়রকই, "অম্মুম চৎথোক-চরকপনে। করম তৌরিবগে ? নখোয়দি ইচা মুপী য়াওবনিনা মুপী ঐখোয়গী মতেং য়াম্না পাংলমগনিদকো।"

চান্দনিন — "ইচেহোয় করিবু মুংঙাইগনোদা! ঐখোয়মু ইচা মুপা য়াওদবনা অরংপা ওইরিবনিদে। কৈস্মু মুংঙাই-নিংঙাই লৈতেদা" হায়রকপদা বিহুরগী মমানা বিড়ি চপ্লেরগা মথা তারকই, "অহুগী হায়রুরবদি ঐখোয়গীদি ইচা মুপানা মপাগী মতেং ওম্মোক্না পাংখ্রেদা। হৌজিক্তি মরম ওকপনা মথোদা মায় হেক ওন্সিনখিবদা চাক ঈশিংগা কাউই। মপন্তা পোকপগী হৌনবা কেস্মু কেখিবনা, এঞ্চাং খিৎতং হাউত্তবদা চাক হেক্তা চাদে।" অম্মুমা চোইঙাঙ ঙাঙলিংঙদা মখুংতগী বিড়িদু মীঙোন্দা পীবা কাউহনা প্রেক প্রেক হায়রকপদা মখুৎ পোক্লহনা ছুম্মোকখ্রে। চান্দনিস্মু "হোয়, হোয়" হায়না অত্তম তায়। চোইঙাঙ ঙাঙখৈ ঙাঙলগা চৎলগে হায়হনা ফুক-হো-গৎতুনা চৎখ্রে। চান্দনিস্মু মপান্দা থোক্লক্রে।

তম্পা ক্লৈনা সুরনিমাল বু কৌশল্লগা শেম্বা হৌরকই, ইবেম্মা ! নঙগী তা বিতুরগী মমায় অমুক্তা ঙাকশিন্নু । মতম অমদা নঙোন্দা লানখিবা কয়ামুক চাওথরম্বু নবুনি খদুনা মহাকপু অমুক্তা হুংশিনশিন্নু ! মঙোন্দা লৈরবদি শেংপা চাবা থুদিংমক্তা ননীং থুগনি, হায় হন্না পানব য়াগনি । ইবেম্মা বিতুরবু অমুক্তা হুংশিনশিন্নু ।",

সুরনিমালানা — "ইমা ! ঐঙোন্দা মতুদদি হায়বিরককন্নু, ঐদি পুন্সিগী অরোম্বা লৈখ্রবীনি, হুংশি রাশরুত্রবীনি !" তম্পাক্লৈনা — "নঙনা থল্লিবহু কশিন্নু কাগবা ফংলোই ; মীগী মচা মীরবাক্তা লাইরিক তম্বা চংখিবদু ঙাইহনা নঙোনদা অমাঙবা ওইরককনি । মহাক্তুদি হল্লকখিনি হল্লকলরোয় হায়বসু খঙব্রবনি; করিগুম্বা হল্লকলবসু নঙবু কৈরু নিংশিংবিররোয় । মতম অহুবা নমিংতী নপি তারককনি । ইমানা নঙগীদমক ফনবা শিন্ননে । হুপা হয়বনিদি ফারুপনি-চিংলূবনি খঙদে অমা হেক্তা চৌবা য়াবনি ; হুপীদি অহুম্বু নঙে । মতম লৈরিবৈদা থলহৌ, মীরবাক্তা চংখিবা মীবু অম্বুম ঙাইবনা নঙোনদা অমাঙবা ওইরককনি । হয়েঙ হল্লক্লগা অরাংবা থাকপী হুপীবু লুহাংদুনা লৌগ্রবদা নহাকপু মীনা করি খন্নখিগনি । নঙগী নপুন্সি মাঙলককনি, — হুপী হায়বসিদি খুদোং চাবা ফংলিবৈদা য়ুম পালহৌগদবনি, খুদোং চবহু নাম্বোকথ্রবদি অমুক হন্না লাককনদবনি, ঐনা হায়রিবসি য়াহৌ ।" অম্বুম্না থেমলকপদা বসন্তবু নীংশিংলগা মমিত্তগী মপি তাখিবা খঙহৌদে । থুরুমলগা হায়-

ৱক্কই, "ইমা! ঐভোমদা ঃহু দি হাযবিবককহ্নু, অংে এা থবকশি দা তৌ হ য়বতা ে ৌজগে, ঐদি অরেগ্না ৈ ংথ্রবী, মনী' তৌবা যাত্রবী গুপীনচ ন। মও অমুক হা। হযবিরগনু, ঐ ঙমজবোই।"

থেংদা য়াদ যাত্রবা অংদা খেন কল্লগ্র হায়রকই, "ইবেঙ্গন। হাযবিঙৈদা য়াহে। নক্রাদি নম ঙাহুনা পাবা পোককনি। ংঙগী পাবুংগু যারবনি। লুংহাংবগী ৈপশাগু ঙাঙনথ্রবনি।' র অসি ভাবদা গুজা ওইবা অবা মৈশা ন থে।

মপানদগী চান্দনি চেনশিল্লক্লু।। তা। কহ "ইচাবু মশ না যাদদা গুপাদা থাক্তগদবগী থোরা লিংা কবিগীো? মশ ন, যাদবা গুপাদা থাক্তবা ঙমজ্ঞরে ইযে খচলব্রা"

তম্পাক্লৈনা হাগবকই, "কবি হাযবিনা হংনন ঙাযরিনিবে? কৈদৌবগী যেংশিংদাইবনো? মতিক চাবা গুপাদা থাক্তাস হায়বনে? ঐগীগু ইচানে।"

নদিয চন্দনা ঈশে শক্লুবা হল্লকপী থোঙ্গাল চঙলকপদা গুপী অনি খংনবগী থোক্লেন তারে। শুমং মযাহদগী লাউ-রকই, "করিমুক তৌনরবগে? ঙাইহাক্তং হঙ্গল্লকপসিদা পোথাকন লৈতবসিবো? তম্পাক্লৈন তাপ ঙক্তুনা — "ও ঐখোযবু শানি-নেযে, যে শিল্লেয়। ঐ লৈমিন্নবগা ঙমজবোয়।"

চানদনিনা মপুরোইবদা তঙ্গচংকই, "ইচা মশ না য়াদবা গুপাদা থাজবসি তৌবিগনু! ফত্ত গুদা পোকনগা ইচাগী অমাঙবা ওইরককনি, মসি তৌবিগনু।" নদিয়াচ নদনা লাউহংলকই,

"কার ? নত্তনা ঐবুস্ন পাউত্তাক পীব্রি ? নহ কসি ঐগী খুপীনি, ঐনা হায়বা ইনগদবনি। পীনিংলগা পীগনি, পীনি ত্রগা তোক-কনি।" নদিয়াচান্দগী র তাবদা মমা মচা হিক হিক কপনিম্লগ্রে।

খংনা পাউনরিহৈদা নদিয়াচান্দগী মরুপ অমা শুমাংদা লেপলরে। ইমুং-মনুংগী খংন-চৈনবগদা ইক য় না নদিয়াচান্দনা মরুপতুগা থাঙ্গাল্লোমদা পোকমিংগ্রে। মচেন্দা অগুম্না হ য়রন্নে "মরুপকী ইচ খুগী অপুন বিদুরনা থাজসে, ইনাক খুনবা মথোয়গী ইমুংনি, ইচানা লৈবগা থোইদে রা শাস্তি ফংগনি। মতম অমদা বিহুর ওক্কবা মী অমা ওংরমলবস্ন হৌজিক্কি ভব য়াম্না ত রক্লে — মচেন্দা ইচা পীথিসে!" অগম্না অয়ুক মুংথিল থায়দন পাউ মনম মনম পীররে। মহৌশনা মপা মপুনা কৈরাক থাত্নুনা থম্লম্বা অর বত্ন অমুক্ত মায়মোক্লমিবা মহাক্তুদি — অর মগী রাখল তৌবা কৈংতে" করিগুম্বা খল্লরবস্নু মুন্না খন্থবা তৌদনা ঐ া ম স তৌরুরগা তুংদা করি থোক্লকপা য়াই হায়বত্র চাউরাক্লা খওবা ভম্বগী শক্ত রাংশি। অত্তুগুম্বা মীওই অংদি অমনা হায়রবস্নু, অমনা থেমলবস্নু 'হোয়, হোয়' য়াম্না হায়গল্লি। নদিয়াচান্দ হায়বসিস্নু মপা মপুগী মপান মচুম্না অরাবা খওলক্কিবা মীওই অমনি, মহাকস্নু ময়াম্না তোয়না পেমলরবা অত্নুদা সুরনিমালাবু বিহুরনা থাজবা হায়বসি মসামরু য়গ্রে। লাক্লিবা মরুপতুদা শেলগী মরোল পনগ্রে।

মমুমদা চওলরুগা মশামরু মচানুপীদা থেমলরে, - "ইবেম্মা ইচাসিদি করিগী কপচরুগনে? মথক্ত পোকপা বিহুরগা পুন্সি

মতোন লোম্না লৈমিন্নগদবনি । ইচাদি মরম ওকপীনি, মপানা হায়বা ইনবীনি, কপকনু ।" নুপী মান্না মপানফাও গেমজল্ল-ক্লবদা মাগী মী অমত্তা লৈত্রমানে খন্দুনা মপুক্লিং নুংশিনা হেন্না কপখ্রে ।

নদিয়াচান্দনী রদা তম্পাক্লৈনা মতেং পাংলকই, "অরুনি ইবেম্মা । নুংঙাই য়াইফনা পানগদবনি । ফনা নুংশিত্রবসু লৈমিন্নথ্রবদি অহম্মক নুংশিরক্কদবনি । ইচাসিদি মমা মপানা হায়বা ইনবীনি ।" চান্দনিমুক চঙশিল্লক্তুনা হাযরকই; "ঐগীদি হায়জরিবসিনি; — ইচনা য়াদবা মফমদা থাজ-য়োঞ্জবসি তৌবিগন্নি, লৈকাই মমাংদা ইকাইজৈ । তুংদসু অমাঙবা ওই-রক্কনি । মায় পাবুংস্থ রাখল তৌবিহৌ ।" চান্দনিগী রা তাবদা নদিয়াচান্দনা চা শিল্লক্তুনা খোঙপাক্লা কাওখ্র । হায়-রকই, "নঙনা খোই মহুমদা চৈনা থিনগাইরি ? কব্রি নথো লৈ ? নপামদা চংগ্রা চংলে । ঐনা হায়বা ইন্দবী নুপীবু য়ুম অসিদা থগলুহনা কর কান্নখগনি ।

অসুক কুইরক্লবা মতমসি মপামদা চংলা অমুক্তা হায়-খিত্রি, ঙসিদি অসিগুম্বা রহৈসি তাবদা থাঙবা ঙমত্রদুনা মচাবু কোল্লগা ওখোংনা কপখ্রে ।

তম্প্যাক্লৈ লাকপদগী মখোয়গী ইমুংসি থরুং মফম চাদবদা খিনবগুম তৌরক্লবনি । মপাদা মন্ত্র থাজিন্দুনা চানদনিদা তমখিবা খোনফম কয়া তারক্লিবনি, ঙসিমু চানদনি মপুরোইবনা কুবীরবীনি । তমখিরবা ইমুংসিদা কয়াম কুইনা লৈখিগদোইবনো ?

চান্দনি ? মপুরে, ইবনগ্র থওইবীদ্রবী নহাকপু নপামদা কোক চৎপা য়াব্রা ? ইমা ইপা, ইবুং-ইপবা কনামগুা লৈত্রব্রা ? পুম্নমক শুনা লৈ। মখোযবু থদোক্রমলগা মপুরোইবগী সেবা ত্তৌনবা গীদমক লাক্লগা নিংঙোল অমনা মপামদা হনখিদা, করম্বা লৈকাইনা কঞ্জনা ঙাংনবিবগে ? অমদি মত্তোমতা পোক্লচবী মচাবু মীনা কন্নি খনখিগদগে ? পুম্নমক ঙসিনা মপান্নু অয়েষ্বা তাহন্দুনা চান্দনিনা লৈবাকমা খাঙহনা তমথীরবা ইমুংসিদা লৈজবনি।

---

# ‘মেম্মা ! নুংশিনমবু কাউনব্রানে ?’

(১) য়াকচীং থাশিনমদাইগী মতম্রি। অয়াংনগী উন পুবা নুংশিৎনা অমুমুক হুম্নকপদ হকচাংসি তু থ্যাও থ্যাও চুংলি। নিংথম্বনা মী অযাম্বা মপান গোক্লদে। ইমুংদ্র গী যুম্নাদা চৈ তিক্লগা বারী শানবগী খোঞ্জেল ঙ,ং ঙ,ং তাবা ফংলি। লৌক খুবগী খোঞ্জেলস্থ অমুমুক তারি। নিংথমখিবক্সা ছাত্র ছাত্রিশিংনা

চৌখিদা মমলগা লাইখিক পাবা ওন্নবতুনা ফমুংদা চঙশিন্নগা কৈন্থুপ মগুংদগী মকোক থিন্দোক্লগা পানখি। লাইখিকী চেনা হাংদোকপদা তন্নরগ্নবা খর কামলগা হাংদোক্লখি। নাতোন্দগী ঈশিংগ্নী চেম্বরক্লি। থোঙ খুৎসি ইংথিবনা ঈ চেন্নবোয নিঙক্লে। ঈংলবা মতমসিদা খাশিন্নমদাইগী মমগু মমই। অতিয়াদদি থবানম্বিচাকশিংনা মখেক শেংনা পংতি পংতি উবা ফংলি। নিংথৌ তুাবনা মৈরমলোমদগী কৌক্র পাংনা ঙৌরুননা উবা ফংলি।

নিংথম্বনা অমুক্কোইববা থুংদাংসিদা থুংশি মৈচাক ফংলবা মহাক্তু দি থোইনা ঈংদমানে। হকচাং মথক্তা অঙৈংবা মৈজরবসু মগুাদদি মৈ হৌরিমানে। চহি অমা কলেজ তমলুরবা মতুংদা বিনাসখী মযুমদা হল্লক্লে। মহক হল্লক্লে তাবদা উননীংবনা নিংথম্বা খত্রবা রাঘুনা বিনাসখীহেৎগী মযুমদা লাক্লে। মী অমত্তা নপান থোক্লক্তে। বাঘু চুবিংফমনা শেপ্লুনা লৈবে। মহাক্লা লোক খুজন্নবসু তবা লৈখিদ্রে। হুই অমুবা তুংনান অমদি রাঘুগী কপলাক মনাক্তা 'হৌ, হৌ' খেংলি। হুই খোংবগী খোঞ্জেন তাবদা সুবনিমালাদি বসন্তগা ওইরমগন্না খন্দুনা প্রপ প্রপ চেম্বোকচরকই। মী অমা দাড়ী মখাদা মুঙক মুনা লেপ্লা উরে; ইমুংদা চঙপ্রগা মৈ তিক্লিবী বিনাসখীদা "মী লাক্লি কক থারুসো" হায়বকই।

বিনাসখীনা ফিদাদি কোক থাবা তৌদনা থোংজিন্দা লেপলগা ইংরাজীনগা — "হু আর ইউ" হায়না হংলকই থোঙ

ছাংদোকপহ্‌দা রাঘুদা মৈঙান যৈরি। মহাক্না মরাম লুকথরগা "ঐনি" খুমই। বিনাসখীনা অমুকস্থু — "হু আর ইউ, ঐনি হায়ববু কনানো" হংলকই। রাঘুস্থু 'ঐনি' হায়না অহুম খুমই। বিনাসখীনা — "কনানোনে, ঐনিদমক হায়রিসিবো" হায়রগা ফক অমা শ্রো শ্রো চিংলহুনা পুথোক্লগা মাঙোল ময়াইদগী হুপা ঈন হুবদৌনা লংলকই। রাঘুনা "ইস" হায়রগা বিনাসখী অমুক্তা ঙাইথো" খামলকই। বিনাসখীনা — "করিগীনো হংলকই। রাঘু ফিদাদগা কমদে। হংলকই, "বিনাসখী! নঙ ঐ মতম অমদা হায়নখিবহু নিঙশিঙলিত্রা?" বিনাসখী — "করিবো" হংলকই।

রাঘু — "ইবানি শানখিবা ৱারীহু কাউরব্রো" হংহকই।

বিনাসখী — "ঐ নিঙশিঙবা ঙমদ্রে।"

রাঘু — "নহাক্না মেত্রিক থাবা কুমদা, পরিক্ষা লোইবা স্তুমিত্তা চীংদা কাহ্‌না হুংজাও পাকপী মথেঙদা 'ঐনা নঙবু নুংশি' 'নঙনস্থু ঐবু নুংশি' হায়নখিবদু কাউরব্রো?"

বিনাসখী "মতম অহানা নুংশি হায়খিবনা মতন অগীনি হৌজক্তি তোক্লরস।"

মপি ইরা চেল্লহুনা রাঘুনা হায়রকই, "বিনাসখী! মতম অহ্‌দা নঙনা 'ঐবু নুংশি' হায়খিবনা কৈস্থু থঙজদবা ঐদি নহাকপু মতম চুপ্পনা থাজবক্তি! মতম অহ্‌দা নুংশিদে হায়-বিরমল্লবদি ঐনা ফনা নুংশিজ্লুনস্থু ইতোমত্তা মৈচাক থাঙজহুনা লৈজরমগদবনি; অহুবু নঙনা হায়খিবা ৱাহৈশিং অহুতনা

ঐগী থম্মোয়দা তাশোন ওইনা থিল্লকদৌরি ; হুংশিগ্রবা ঐহাক্তি মতম চুপ্পদা নহাকপু হুংশিখিনি হায়বসিদি কাউবিগনুকো ।’,

রিনাসখী — “ মতম অহুদা ঐমা হুংশি হায়গ্রবসু হৌজিক্তি মহু নিঙশিংবা ঙমত্রে ।”

রাঘু — “ বিনাসখী ! নহাক্না হুংশি হায়খিবহু ঐনা হৌজিক্তা নঙথাক্লি হায়বা খঙলক্রে । অঃবু চিথান থোঙগী রাহৈনা লোয়ননা ঐনা হুংশিরিবা চাং অসি খঙলম ণবদি ঐগী মৈচাকসি নঙসু চাক্লমগদবনি । হৌজিক্তি কলেজ তমলুবদগী রাথল রাংলে, ঐবু মতিক চাদে থরে। কলেজ তময়মদাইদা নোংমা শোরোক্তা উনবদা ‘ কৈদৌয়গী রাথল 'রাংদোইবনো ’ হায়খিবদো ঐদি ঙরাংতা ওইরবোয় নিঙই ।”

রিনাসখী — “ মতম অহুদা খনবা রাথলগা হৌজিকদি য়ায়া থিনা থেগ্নরে ।”

রঘু মমিত্তগী মপি শিন্থরকই, মখোল ফাইনা হায়রকই, “ অশেংবনি বিনাসখী ! ঐনা হুংশিরিবা অশুক হুংশিরমলবদি কৈদৌঙৈদসু কাউনরোইদবনি । বিনাসখী ! হুংশিবদি কাউনরোইদবনি ।”

বিনাসখী — “ ঐঙোন্দামুক পাউত্তাকক্তা পীখিরিবাসবু ঐঙোন্দগী ক্লাস য়ায়া হেন্নবজংনো ? ইকায়বসিবু করিমক্তা খঙবিত্ররো ?”

রাঘুনা হায়রকই, “ বিনাসখী পাউত্তাক পীবা নত্তে’; শাউগনু । থম্মোই শেংনা হুংশিরুবা ঐহাকসে নহাককী নক্মদা

ইকাই খঙদবস্থ তারে, অহুমক্তি খনবীরুগনু ।"

বিনাসখী — "অহুদি লেংবিবা য়ারনিয়ে, ঐসু নিংগল্লে" হায়রকই ।

রাঘু — "অচুম্বনি ! ইকাই খংদবা ঐগী খম্মোয়সিদা থাঙনা থিল্লগা পোল্লগদবনি । অহুগা বিনাসখী ঐনা লান্দবমক্তা ওইরবদি নঙ মতম অমদা মিংতগী পি শিনখরকউকো ।" অসি হায়রগা নিঙবা কায়রবা রাখলগী পিরাংগা লোয়ননা অংম্বসিদা থোক্লাললোমদা তপ্না তপ্না থোক্লল্লে । মতুংদস্থ হুইনা চোংশন চোংশন্দুনা হৌ, হৌ' খেংলি । রাঘু মহু করিমত্তা নাচুংদনা চৎখ্রে ।

(২) রাঘুনা থোকখ্রবা মতুংদা বিনাসখীনা ককহুগৎলগা ইমুংদা চংগে হেক তৌরকপদা বিমোনগা পাথং অমগমুক চঙলক্লে । বিনাসখীনা কক অহু ঙসাইগী খুংথা অরুগুম্বা পাক্লা লেপথা থাদরকই । কককি মপান্দু দাড়ী মচিন্দগী তর্খায় অমা চেন্তো-কখ্রে । বিমোন্দি নৈশাবীনা থাবা ফিদানী খন্দুনা, মমগা মম্বুতুদা উদবনিনা হেন্তোকপা জগা অহুদা গিৎ-লাওনা ফমথ-রুবদা, দাড়ী মপান্দগী ফমতক তকথরক্লে । বিনাসখীদি ইক.ই-গেদি হায়খ্রগা হি হি লাউনা নোকই । মশাগী ক্লাস নৈরবা বিমোম্না পাউতাকক লোইননা হায়রকই. "বিনাসখী ! ঐখোয়বু কাঁসি তৌহুনা হাংকে খৌরাংখ্রা ? পৈশা তিংখৈ লাইরিক তমলুবদি অসিগুম্বা ব্যবহার নিত্তিসি হৈরক্লব্রা ?

ঙসায় মখৈদি মশক খংনরমদে, বিমোনগী খোক্লেন তাবহুনা

বিনাসখীনা - "হৈমা ঙা বিমোন ! ঐখি অাইত ওইরবোয় নিঙলুরে। শাওবিগনু।" বিমোননা — "মী লাক্লগা ফিদা থাবগু মীশক নাইত্রনে ? অদুদি শাগী রাথলি, পুকচেল য়াম্না পীকপগী রানি। লাইরিক হৈবগী রাথল নত্তে।" অসি হায়রগা ফিদাও শেমলগা ফমই। রাঘুদা লোনখিবা ইংরাজিস্ত বিমোনসিদা ওইরমলবদি সুংঙাইগদবনি। অদুবু বিনাসখী কিরমানে। যাও-রক্লিবা পাথং অদুস্ মকোক নোম্থরগা তুমিন্না ফমখ্রে। বিনাসখীনা হায়রকই, "ঙা বিমোনহোইদি ষ্টেও-অর্ড রাংলবনিনা ঐখোয়দা নোংমত্তা কোয়থোকপির কপোন্তেদা।"

বিমোন — "ওসি কোয়রকইসিদি।" বিনাসখী — "ওাস নোংমখক কোয়রকপনা ওঙনা য়াত্রে ?"

মহাক্না রাসিদা বিমোন্না খল্লকই, "মসিগী প্রাংসি ঐঙোন্দা ওন্নিলক্তোকত্রা কৈনেনা তৌরিসিবো, মহাকপু সুংশি হায়দুনা চঙমিন্নরক্লিবা মরুপসিনা ঐঙোন্দা করি থনখিগনি ?" অমত্তনা মৈখেৎ খেৎলগা চুরুট চমলকই। মৈচান্দুদা ঘননি হায়বা থঙলে। মহাক্না হায়বকই, "বিনাসখী নহাক কলেজ তমনু-বদগী রথল য়ম্না- রাংথ্রমানে, — অদুবু হায়নখিবা মতুং ইন্না রাহৈ থরদং কোংদোকচগে লকরি। নহাক য়াম্না শাউরগদ্রা ? বিনাসখীনা — "করি হায়নাখিবনো ? করিনো হায়দোয়বো ?"

ঘনগী রাখনদা 'হুস' শোল্লি। হায়রকই, "ইবানি কুম্মে ফিওং কয়া চংথমমখিবা কাইনা চৌংদা গোবিন্দ গুরুম্বা চংনিম্ন-বদা হায়নখিবা রাকমশিংনক উরব্রা !"

বিনাসখী — "চৎমিন্নরম্বা য়াই। অদুবু ঐ নিঙশিঙকম খঙত্রে।" ঘনা স্বায় লাউই। হায়রকই, "হৌজিক নহাক্কী পুকচেন মচু ওল্লে। অদুবু হায়খিবা রাহৈগী মতুং ইন্না ঐদি পুকচেন মচু হোংত্রি।"

রাঘবনা খুমখিবা অতুমক খুমলকই, "মতম অছদা হুংশি হায়'খবনা মতম অহুগীনি, হৌজিক্তি তোক্করসি।"

ঘননা মিহুন ক্রং ক্রং চোংনা হায়রকই, "পুক্নুংদা হ্ ফুমগা চীনবান থোঙগী রাহৈনা ঐবু ভাওহনখি। ঐদি মহ্ থাজহনা চেসি কাওবা অরেপ্পা ওইরি। বিনাসখী! অসেংবা হায়হ্রু, কাই-না চাংগী চৈবোঙ মখোঙদা নহক্না শকখিবা রাশক, হল্লকপদা নাচফল অমতদা তা'মিন্নরক্না ইবানি শানবিবা রারী — পুন্নমক ঐদি অসেংবা হুংশিবা ওইবনা ঙসায়দা ওইরবোয় নিঙলি। লম্বী কোইনা লাকামিন্নখিবহন্নু মিৎনা শং-শঙ উবা ফংলি।"

বিনাসখী — "মতম অদুদা শকখিবা রাশক্তু ঐনা মতম অতুদা তা ঘনবু হুংশিবদগীনি। অদুবু হৌজিক্তি রাশক্তু কোক্লসনু।"

লৈশাবীনা যারপদগী নাথৈবা রাঙাঙ অমা তৌরক্লদি — মত্রবনি হায়বসে ঘনম্নু মুৎবা খঙই। মসিদা অতম তাগ্নহন্না ভখি ভখি হায়নরগা কায়নখিরদা, তুংকোইনকাও উনবদা যায় ছৎ ছৎ লৈনহনা হুংশিদবা উংনাদ্ন পামদবদগী ঘনা তুমিন্না লৈখ্রে। মরূপ অমগী মফমদা গুপী।চা অমনা লাকচ রাহৈনা

মরূপপু মীরায়না তৌবসিদ। বিমোন মথরায় য়াম্না হুংঙাইত্রে, অমম্বুং হায়রকই, "শাবী-শানৌশিংনা ঈশ্বরগী মমাংদা নীংবা খুংনসি হায়নরুনা মিৎতগী পি শিণ্ডনা রাশক্করিবসি মিকূপ পুংজা খরগীতরা বিনাসখী ? নহাক্না খল্লিবা অহুম্না লোইনা খম্লরবদি ঈশ্বর খুরুম্বগী করি মমল লৈ ? তুংদা হৌরকপা লৈরাং খোইমুশিংনা — 'ঈশ্বর খুরুম্বগী মমল বিনাসখীনা লৈহল্লমত্রে' শোয়দনা হায়নরক্লগনি। মরূপ ঘনবু মীরায়গনু ? নখোয় অনিনা চৎমিন্নরা খুদিংমক ঐ লোইনা উহৌই।"

বিনাসখী — "লাই খুরুম্বগী রাদি ইশাগী রাথন্নিদা।"

বিমোন — "অহুবু মতম অমদা মরূপ ঘনবু হুংশি হায়হুনা ঈশ্বরনা সাক্ষী ওইহনা রাশকত্রে, নও মচাগা দোষ অমুক্তং ফংলকখিনি। চাহি অমা কলেজ কারুবদগী নওগী পূকচেন ওল্লে, মরূপ ঘনগী রাতৈ খুদিংমক অতোপ্পা কনাগুম্বগী শক্তমদা পকহৌবা লৈতনা চামথোকত্রে। অরাবদি — নহাক্না হোঙনা পীথোকপগা, মরূপ ঘননা তাঙনা লোগে হায়জবগা — অনিগী মমলসে য়াম্না থিনা খেন্নবনি। কাউপগু বিনাসখী।"

অসেংবা হায়বদি মীওইবদি শাউবনা বিনাসখীনা শাউরপ্পা হায়রকই, "অদুগী রা নত্রেদা।"

বিমোন — "অদুগী নত্রাদ করিগীনো ? মরূপ ঘনবু করিগী মীরায়খীরি ? মীবু হুংশি হায়না হায়র্না নহাক্কগী খুদোং চাবা য়েংবদি — বিনাসখী করি রাখম্নো ?" ইবেম্মা ! হুংশিববু কাউনত্রবে ? অহুগা মতম অমদা নহাক্না ঘনদা হুংশি হায়খিবগী

ভাব ওইদজুনা হাদোকখিবা ওইরম্বতারে ; মহৃদা থাজগদ্ধা মরুপশিনা থাজখিবা ওইরম্বতাবে।"

ঘননা হোৌগংলগা হায়রকই, "ঐগী তুংগী পুন্সিদা — ' ঙুং-শিত্তনা যেংলকপা কনাগুম্বীগী মকমদা, ঙুংশি অমুক হন্না হায়-খ্রবোয !"

অসি হায়রগা মকপ অনি থোক্লক্লে ! ঘননা ঙুংঙাইতবা উবদা বিমোন্না — " মরুপ ! কৈগু ঙুংঙাইতবা ভৌরুবগু ! কোই-না থিরবদি মহাক নত্রবস্থ পিক থন্না লৈ।" অসি হায়রকপদা ঘননা হায়বকই, " অচুম্বনি মরুপ ! অহুবু মতম অমদা মহাক্না হায়খিবা রাহৈশিংহুদি মুথংলগে হায়বসিতদি ঙম্নরোয়।" বিমোন্না —" মরুপ্না অসেংবমক লান্দবা ওইরমলবদি মহাকস্থ মতম অমদা খঙলকখিগনি।"

মখোয় অনি কায়নদুনা ময়ুমদা চৎলক্লে। ঘনদি খল্লু-খল্লুরগা অস্থুম চাকপা হেক্লিলক্লে। বিমোন মখোয় অনিনা চঙলকপদা বাঘু মানবা অমা যোঙ্গালদা থেংনরমই। মহাক্না রাকায়গা হায়জল্লমলবা জাৎসা খন্দুনা রাঘুগী ময়ুমদা চংখ্রে।

বিনাসখীনা চহি অমা মমাগী মপামদা লৈরগা লাইব্রিক ভনলুবদা মহাক্তি অতোপ্পা ঙুপা অমগা ঙুংশিনখ্রবনি। মাগী কোয়রাওনবী মিৎসা অনিদুনা ওইথোকপা ম্নাবা মিৎয়েংদা যেংহুনা মশা নানবা, ইনাক খুনবা মানবা ছাত্র নত্রগা ওন্দা পাথং অমদা করম ভৌনা ঙুংশিবা শরুক য়েল্লরোই ? অহুনরু্না ঘনবু কাউদে খন্না কাউবনি। কাউবা নত্তে। তুবদবা বী

হৌদোকপা লুবনি । ঘনদগী থাক হেনবা অমগী আশা'না বিনাসথীনা ঘনবু হন্থনা খল্লকপনি । অঙুবু মীওইবা' — স সারগী অবা শুংঙাই অমিগী ঈপাকসিদা কনানা কনাদগী হেল্লে হায়-সিগে ? নহা ওইনা শক ফজরিঙৈ, লনথুম পাযবিঙৈ মতম খজিক্কংহৃদা নাপলগী রাঙাডগা লোযননা অতোপ্পবু হন্থনা থরবা মশাক্তো — নোংমদি শোয়দনা লৈখা ডারকদবনি । মতম অদুদা মহাকবু অতোপ্পশিংনমুক হন্থনা থল্লকনি । ঐনা হেল্লে হায়না চৎপা রাবা ডাইবত্ত নত্তে । পাঙ্গল কনবদা নাপন কারবা "রাবন, কংস, দুর্যোধন, নোংবান" মথোয় থুদিংমকপু ঙম্বা অমমম থোক্লক্কনা নাপল মমু যৈথংখি ।

" য়েংউনে মরুপ !! য়েংউনে !!
'খল্লা'থক্তা য় তবা লাইজনা
মালংনা খি'ত্তং হুম্বদা হৈদোকখিবগুম
চুজাগী থম্মোই লকাদা, — হাপচখিবা
পাখংগী কুংশি রাহৈ থরদো,
অতোপ্পা কনাগী মরাহৈ খিত্তং ডাবদা,
পকহৌবা লৈতনা হৈদোকপিগ্রে !!
মসিমু করি রাখল্লো ?"



# নিনদা তৌনরম্ব্রা।

ঘননা অমম্বসিদা রাখল মণ্ডল মণ্ডল খল্লহ্নরা রাঘুগী ময়ুমদা লাক্লি। রাঘুনা থুগাইবা ওইরমগত্রা লিঙহ্ননা নিন্দা তৌরম্লনা অশুম লাকপনা রাঘুহোয়গী য়ুম য়োৎপ্রে। মহ ক্লা দাড়ী মথাদা লেপলগা — "রাঘু! রাঘু" কৌরকই। ইমুংদগী রাঘুগী মমাহ্নু, থাউমৈ পুথোরক্লগা মপান্ন থোক্লকই অমসুং হংলকই, "ইবুংঙো ঘনা! করি হায়বনে।?" ঘননা — "ইমা রাঘু লৈ-ত্রে।" হংলকই। "য়াচংলকপগী হঞ্জিল্লক্ত্রিনে।' কদায় মো-প্রবনো? মা হংলিবনু করিগীনো?" ঘননা — "ইমা কৈগুণী নত্তেদা, রারী অমত্তা শান্নুগে তৌবনি, লৈত্রবদি চংলগে" হায়রমলগা থোক্লক্লে।

মহাক্কা থোক্লকপদা রাঘুহোম্লগী লৈরক চঙলমদাইগী শোরোক্কা ভাইনবা মচি তমদা ফিজোল অমুবা শেৎপা মী অমদা খুদি থিজিল্লুরে। হুপা অসি য়ূঙাওহনা তুরবা মীওইনি। মহাক্কা লাউরকই, "ঐঙোন্দা বোল কাউবক্লিবা কনানো, নথরায লৌরা?"

ঘনা — "কনানো নঙবো, অএমবসিদা উদদনা তৌনে" হায়রগা মৈথেৎ খেৎলগা যেংবদা হুপাদু য়ু লিক্লী অমা কোল্লগা ঈংগ্রবা মতমসিদা হুমাং কাংহনা লৈরমলে। হুপাহু বাঘু ওই-রমলে। ঘননা কৌবগা হায়বকই, "বাঘু। নহাক য়ু থক্লিবা করিগীনো?" রাঘুনা শেংক্লাংতবা খোঞ্জেন্দা হাযবকই, "হুংশি মৈচাক কোক্লনবা য়ুগী মতেং লৌশিবনি।", ঘননা — "কনাগী হুংশি মৈচাক্লো? ইয হ্বা মতেং পাংবা ঙমত্রা যেংগে শেংনা তমউ" হায়না হংলকই।

রাঘুনা হায়রকই, "ঐগী হুংশি মৈচাকসে য়ু ইমা ইবেম্মা নত্তনা কনানম্বু মতেং পাংবা ঙমলোই। অহৌঙ মতমদা মচু তোয়না হোংবা তিনথোককুম্বা বিনাসখীগী চিনবান খোঙগী হুংশি রাহৈবু অপঙবা ঐনা থাজরুহনা মহাকী মক্কুবা শক-কম্দু ঐগী শেংলবা থম্মোই মিংশেন্দা মশি তাগ্রে, মমিহ চামথোক্লনবা য়ু থক্লিবনি।" অসি হাযবগা হাইবং হাইরং লিক্লিহু কোল্লগা হৌগৎকদবগী তোরকই। ঘননা লেংবান পায়রগা "হৌগৎকহু" হাবহনা কমথহল্লী। অহৗপা হংলকই, "রাঘু নহাক বিনাসখীবু তশেংনা কোম্বরমত্রা? শেংনা হায়ু?

ঙসিগ্ন চঙলুমত্রা ?" বাঘুনা হায়রকই, "বিনাসখীগী চিনবান থোঙগী বাহৈনা ঐবু মুংশি হায়রিমখে মাবু কোয়রম্মী। অহবু ঙসি মখোয়দা চঙলুবদগী ঐনা মাবু কোয়বা ভোক্লে। অদুগা পাজকনা ঐগী থম্মোয়না মুংশিখিবা অদুদি 'হৌজিক কাওবা ভোক্লে, হেনকংলক্রি !

ঘনা — "ঐহাকসু নঙগুম্না লৌনম্বী মাগী মুংশি মৈচাক ফংলবা মীওইনি। ঐহাকপুসু চিনবান থোঙগী রাহৈনা ঙাও- হনখি। মহাগী মৈচাক্তো ঐসু য়ুংপা ঙমজ্রবনি।" থরাম্ম মুংঙাইতনা অসি হায়রগা মখোয় অনি কোক্সনমিন্নৈ। রাঘুনা "ঐগুম্না মৈচাক ফংলবদি য়ু ইমা'ইবেম্মগী মতেং লৌ। মহাক নত্তনা কনাসু লৈতবনি" হায়রগা লিক্লিহ ঘনদা পীগদবগী তৌই।

ঘননা হাযরকই, "মহাক্কী মৈচাক্কা ঐসু য়ু থক্কোরব্রা ? ঐ মদুদি থক্লরোই। রাঘু নহাকসু য়ু থকহু! মরুপ বসন্তগী মনাওনি ঙাযবদা মীগী মমাংদা হেক য়। য়ু থকহু। ও! নহাক লাইবিক ফনা হৌরকপা অঙাংনিকো। মাংলেদকো!"

ঘনা — "অচুম্বনি। ঐহাক যাম্মুং বসন্তগী মনাওনি হায়- বদা লেমজ্জ্রবনি। লৌনম্বী মাগী মৈচাক কোক্লবা হায়রহুনা ফওে থংলবা নেশাবু শিজিম্মরবনি। ঐগী পুন্সিসি অঙাং ওইনা মাংহনগদৌরবনি। মসি পুম্নমক বিনাসখী 'মহাক্লনিকো" অসি হায়রহুনা মমিত্তগী মপি তরং তরং শিহরকই।

ঘননা থম্মোয় শোক্লা হায়রকই, "ও! বিনাসখী! ঐহাক-

পুম্নু মৈচাক পীম্নুনা ঙাওহনবা নত্তনা, কৈস্নু থঙজিন্দ্রিবা অঙং অসিমস্নু নহাক্না মুংশি শরুক য়েন্নম্নিম্মেইদো! মসিগী দোর অমুক্তুং ফংউকো।” অসি হায়রগা রাঘুগী ফুরিৎকা খোংঙ্গাও অশাংবত্থগা লৌথোকপিরে। অদুগা রুমান পায়দুনা খোংবান্দগী ঈশিং লুপলগা রাঘুগী মকোক্তা থাবা হৌরকই।

অস্নুম্না ঙাইহাক হোৎনরবা তুংদা ঘননা হংলকই, “রাঘু! ভাব থর তাররুব্রা?” রাঘুদি ঘনবু মশক মুন্না থঙপোক্লি। মহাক্না হংলকই, “ঐগী ফুরিৎ খোংঙ্গাও লৌথোক্লিবা কনানো? নিংথম্বনা অমুক্তোইরে।” জ্ঞান তারে থঙলনা ফুরিৎ খোঙ্গাও-মুক শেৎচনবিরে। হংলকুই, “ঐ ঘননি থঙজিব্রা রাঘু?” জ্ঞান ফজনা তারকপগা ঘননি থঙলকপত্তদা মপুক্কিং মুংশিনা— “তা ঘনা!” কৌরকই।

অহিং মতম ওইশিল্লক্তুনা থা থোক্লক্লে। রাঘুস্নু হৌ-গৎলক্লগা মখোয় অনি ফাম্মরে! থাবলনা মখোয় অনিগী মমায় উবা ফংনরে। রাঘুদি শৈবাক্তা ওল্লুবগী মমায়হু নাপী মফম তারি, মশমস্নু ইফা ফারি, ফি-য়োলস্নু হাপু হারাঙ ঙাক্তা পল্লি। মহাক্না মফি কম্থোক্লগা হায়নরকই, “তা ঘনা হুমিং ঙল্লিমানে, হৌজিক্তা থা থোক্লক্লি, ফমখিসি।”

ঘনা —“রাঘু নঙ ভাব মুন্না তাক্লিমানে, থোকলকলিবা থাসে বাকচিং থাশিরম্দাইগী থাবনি।” অসি হায়রকপদা রাঘুনা —“লৌনম্বী মহাক্না ঐবু ঙাওহল্লে! তা ঘনা! নঙোন্দা নত্তবু রাহৈ কয়ামুক হায়গবুস্নু নম্মু অমনি থনবীদুনা ঙাকেপিয়ুকো।”

ঘ.। "অ দি থ.ং'শ। নহাক্না বিন সখী কোয়বগী ৱারী অমুক্পা লীরকউ" হ যনকই।

বাঘনা মরম খুন নব শুগাংনা লীনকই "মহাক্না ঐগদি ঐ.। ক্লস টেন্দা ৈ বি.ঙ, মহাক্না নাইদ্রা ৈপাবণ্ডে মতমদগী কোযবা হৌবক্লবনি। মহাকপু কুশিবদগী লাইবক পাবগী মতমফাও কাইথোক্লনা মফম কযাদা চংমিন্নবে, মতুগা ঐতাক্তি মেট্রিক পরিক্ষাদা যেল ওইহনা লৈহোবে। অমুক হন্না ণ গদৌবস্ু থাহৌক্ত্রে। মহাক্না মেট্রিক পরিক্ষা ফাওখিবহুস্ু ঐগী মতেংননি। ঐনা নোং ফুং ঙানবদগী মহাক্নী পরিক্ষা নংনবা চংলে, অতুগা লোইট্রিফাও ঙাইরিবনি। মতম অপুদস্ু মহাক্না ঐবু হুংশি অহুম হায়। পরিক্ষা লোইবগা চীংদা কামিন্নহনা মহাদেব খুকমিন্নরিনি। মহাক্না কলেজ তম্বা চং-লমদাইদস্ু শোরেঙ্গা থেংনহনা ৱারী শান্নবদা — ঐনা, বিনা-সখীহোয়দি কলেজ কাদোবমিনা ৱাখল ৱাংলম্ননিদো' হংবদা মহাক্না, 'কৈদৌবগী ৱাংদোইনো' হাযনা খুমগ্রবনি। চহি অমথক কলেজ কাক্নবগা হন্নকপসিদা, ঙসি চঙলুবদদি মীওইবগী ৱাহৈ অমত্তা ঙাঙলক্তে, ইচেদৌনগা তৌবক্লে। ঐ থন্নু-থন্নুৱগা অস্ুম .... .... ... ।"

ৱাঘুগী ৱারী তাৱবদা ঘননা হায়ৱকই, "মহুগীদমক্তা থোই-না থন্নুৱগনু। নহাক্তা নত্তে, ঐঙোম্দস্ু নমথাক তৌরবনি।"

ৱাঘু - অচুম্বনি! য়াবক্তুবদি, থনকম খোকত্রবনি। অদুবু থন্নরোই হায়বসিডদি ৱাখিন্নে। ঙা ঘুনদা নমথাক তৌখিবগী

রারী অমুক লীয়ো তাসে।”

ঘননা রারী লীবকই, “ঐগীসিস্থু নঙগীহুগা থোইদোরা খেয়দে। — বিনাসখী ইবানি হনাও-কুম্মৈ কয়া চৎমিন্নে, কাইনা চীংদা গোবিন্দ খুৎমিন্নে, হল্লকপদা লখী কোইনা লাক্লুনা রারী কয়া শামিন্নথি। মতম অতফাও মহাক্কী পুকচেল ঐঙোন্দা লক্সা অহুম মাল্লি, মচিন্নসু কনা অমগুা পৈতে হায়। নঙনা কোযরিমানে হৎবদসু ‘কোযদে’ অহুম হায়। কযাদা থীগ্রবা মচীগ্নো! পরিক্ষা হায়দোরক্লুনা লাইবিক তথা চৎলমদাইদা শোরোক্কা উনহুনা নঙনা হংগ্রিবা রাহঙ্গমক হংবদা, কৈদোবগী রাখল রাংদোইনো, অপঙবা মীদনবু নাপল তৌজবনি” মসিমক হায়গ্রিবনি। অহুবু ঙসি মকপ বিমোনগা চঙলুবদদি মহাক্তি তলব চাবা গুপারা আশা লৈবমলে। ফিদা খুৎথা লাকথহুনা মরোল অমা ফজরকইবা, বিমোনদি চুরি মথাদা ওস্থহুনা শিবম-গ্দোরে। মহুদা বিমোন্না হায়বসি অমুক্তোইগ্রে। রাঘু ঐদি নহাক্লা রাকাইগা শুরমলত্রা থন্দুনা হংগে লাকপনি, নঙগী মরান করিমগা নত্তে, চীস্থীবী মহাক্তনা পাথং ফুনহনগে থো-রালম্বনি। মসি পুম্নমক ক্লাস নত্তিক চানা লৈতবা ঐখোযনা অহেনবতা পাম্বী, মমিৎ য়াম্বী মহাকপু পাম্ববদগীনি। ঐ কৈস্থ শাউনিংদে।”

রাঘু — “অচুম্বনি! মহাক্তি ক্লাস খর লৈজরবনি। মহুদা ঐখোয়বু মত্তিক চাক্লে, আসিনি। অদু ওইরবস্থ মতম অমদা মহাক্লা থীখিবা মচিন্দুদি পুল্লিসিমগী কাউররোই।”

ঘননা হায়রকই, " ঈশিংনা পাত্রগী মওং শেম্‌গুম, অরেপ্পা নাইত্রবা মাগী . রাখল্লা তিন্নরুবা পাথং খুদিংগী থম্মোই পাত্রগী মওং মতুং ইন্না বিনাসথীগী রাখল মওং শেন্নিবোইদো ! ও ! তুপী হায়বদু হেক অতাক্লৈদকো ! তুপী হায়বহ তুপীনিকো ! মতমগী তুপীমচাশিংনা অধিকার মান্নরে হায়তুনা কোয়রাও লাউরিবসি — মখোয়দি অসিগুম্বা ইথক ইরাংদা ওইরবোই নীং-লুরমানেদো । ও ! মণিপুর ! কদোমদনো !"

অরাবা মশেন রারী শানরবদি অরাবা থর কোকপগুম কায়না মৈচাক ফংলবা অনিনা অহিংগী থাবল য়াইহনা পুক্নিংগী অরাববু ফোদোক্লরবদা অরাবা কোক্লবগুম তৌগে ।

" রারকী তয়াল ফজবী,
হাউগাদাবেয় নিঙলুরে
ফজবা শক্তুদ', চেক্লা খোইনিংনা ;
পামজনা চারুরে তয়াল মাবু,
হাউরমগ্রে, থাবনা চেক্লা লাম্নুম
কায়গ্রে, নৈমায়'থক্লা ওস্থোইরে !"

# অমাম্বা !

কোয়ৌনা নারন য়াম্নমক্লবা, মালংনা লিরি শিংনক্লবা —
কালেনগী হুমিদাং য়াইরমদা হৈ-লৈ নিঙথিনা হৌরবা চৌং-
য়াগী লৈকোন পুক্রি মপান্দা থম্মোইগী তাঙলবা হুংশি থুদোম্ব
মিংকী পীগা লোয়ননা অপাম-হুংশি কাদা লাম্থোকচখিবী,
হরাও-কুম্মে কয়া চৎমিম্নহনা হুংশি য়ারী কয়া শামিন্নখিবী, থেঙ-
লবা অহিংগী থাবলগী ইপোম মরক্তা 'পুক্তি লৈপ্নন ওইমিন্ন-
শিকো' হায়নহনা নীংশিং খুদোন পীনখিবী, মশাবীগী য়াথঙ্গা
মতম চুপ্পদা ককঙাওনরবী, বসন্তবু হুংশি পরৈ চেৎনা থাজরবী
উনবী পুক্লিং লোঙত্রবী — স্মরনিমালা কৌবী গুজ.দো মশানা
য়াজদবা বিদুর কৌবা পাথংতগা লুহোংনবগীদমক হুমিং লেপ্লত্রে।

রাশক কায়ত্তনা মগ্রান্নো য়াদুয়া হুপাদা লুহোংগদৌরেদকো
থল্লুবদা লমর্দম তাম্না লৈপ্লবা বসন্তবু হুংশি লিচীংনা হেম্না চিং-
শিল্লক্তুনা ঙাইহংক্তক ও পোশাকম খঙহনখিত্রে। বসন্তনা
মতম থরগীদমক বিদাই লৌখিবা তুমিত্তগী থোক্লাল য়াংমা

লাম্না চথোকচন্ত্রিবীনি। মচেম মনম্মশিংগা রাবী শাদোক্লগা অন্না-মৈচাক কোকচন্নিবীনি। পাম্মুবা মাগী বাথম্না শুরিবা থবক থৌরমদা নহা ওইনা ভার চোইরবীনি। চাবা থকপা মপুং ফারক্লবীনি। থাবল ফরবা অহিংদা রাথম্না তুম্বা য়াশ-লকত্রবদা পুত্রী মপান্দা চেস্থোক-চেস্থোক্লুনা অসুমসু ঈশৈ শক-চব্বিবীনি। ঈশৈ :—

"হুংশিগী লমদম্না তামগ্রবসু
লোইনী চীংনা থনগ্রবসু
ঐগী মঙলান্দা লাকউকো,
হুংশি রারী। শামসি
পাম্মু মপাউ মেমসি !!

পুন্সিগী ঈচেম্না চেনগ্রবসু
তুরেল লাইজ ইবোনহুং
ঐনা ম্নানা ঙাইরমগে.
হল্লকউকো হুংশিবা
অকাউ পরে চন্বিগহুকো !!

হকচঞ্রিবা লিক্লাং পরেংনা
লাইবক থীবী ঐহাকপু,
নীংশিঙ খুদম ওইবিয়ুকো,
পাইমা পুক্লিং ওৎথীগনু
হুংশি হুংশি শোন্নবিহুকো !!

নোকনি নোকমি হুংশিবা
পুন্সিগী থৌদাং পাঙলগা
হয়াও মোমোন নিংনোক্তা
পাম্মু মায়থোঙ থাজনা
মুংশি লমদমদা হল্লকউংকো ।।

অসি যৌনা রাজনন্দবী মহাক্কী মফমদা হাপকলক্লিবা মৈচাক অসিনা। অনৌবা হৈরাং লৈরাংগী মথোন্দা লমৈম্নগী মৈরী ফংহনবগুম সুরনিমালাগী আশা ময়োনন্দু কাযনবগী মৈরী ফংলক্লে। মচী মচী খুদিংদা মিংকী পিগা লোযননা চিন্তাগী পোংলুম পুরক্লে। চির বিদাইগী হুংশি খুদোন্দা বসন্তনা থেংলম্বা সনাবৈ অথোয়বীহ "কংহল্লমগনু" হায়রম্বদা। সুরনিমালানা সনাবৈহ্নবু ঈশিংদা কয়ারক লুপচৈ, ঈশিং পুন মথাদা কযারকমুক থমজে। অদুবু শাংলিবা লৈনু নত্তবা, লৈথোক্তগী হেক্তুংলবা লৈ অমনা কুইনা তেকখংতুনা লৈয়ু হায়বদি য়াদবনা নোংমা নোংমগী কংশিল্লকথি। কংলবা সনাবৈহ্নু হৌজিক ফাওবা মেন মথাদা থমজবি।

মশানা য়াদবা হুপ্পাগা লুহোংগদৌরবা মতমসিদা নোংমদি সনাবৈ অকংবহ্নু পুথোরক্লগা ফমুংদা ফম্লগা মপি চরম চহ্নম শিন্নুনা শেনবা হৌরকই, "হুংশিবনা থেংলম্বা সনারে নহাক্তা কংশিল্লকপনা ঐগী পুকচেন ওনবা নত্তেকো। মোমোন নোকপা মাগী মুত্তিবু ঐগী থম্মোই লাইশঙদা লাংচরি। কনানন্দু লোথোকপা ঙমলোই। নঙনা কংশিল্লকপদা ঐগী পুকচেন হোংবা নত্তে?'

অশুম্না থাইনা মৈশা লাংবা শৌরক্লবা মতমসিদা বিমোনগা মাল্লিকাগা লুহোংখ্রে। খোয়নৌ মতারোইগী লুহোংবদা মহাকসু চৎচরুই। মশা মশানা য়ানবা অনি ময়ামগী মমাংদা পুল্লি লৈপুন শেম্বা উরুবদগী ময়ুমদা হল্লক্লগা মখোঙ মথুৎ তিংথোক্লুনা ফমাংদা কপখি। মাল্লিকানা লুহোংখিবগী মুমিৎ খরনি লৈরগা সুরনিমালাবু অমুক্তা 'চথোরকউ' হায়না পাউ পীবক্লে। কৈগু খওজদনা মতামা চথোরকউ হায়বসিবু মাগী ব্রাথংদন্দি মৈচাক তাপ চৎশলগে তৌরিমানে হায়না খনখ্রে। লুনা তিন্নরিবী মতামা ঙ য়রবপদা চত্তবা য়াদহুনা সুমিদাং রাইরমদা বিমোনগী য়ুমদা চৎখ্রে। সুরনিমালনা য়োবদা মল্লিকাদি বিমোনগী তরু-তরুবা কাহুদা মোমোন নোক্লুনা লৈরমই। মতাবু তরান্না কৌশিন্দুনা ফিদা থাহনা ফমিন্নখ্রে। তৌরিবা মতোপু উবদা সুরনিমালানা করিসু সুংঙাইবা পোক্তে; অহোয়নদুম কল্লক মৈশা হেনকৎখ্রে। কায়না মৈশা লাংলবী মহাক্লা থুংনববু উরগা করিগী কল্লক্লনি, করিগী য়েংনিংলুনি ?

নহান মখৈদি মতা উরগা নোকমি নোকমি তৌই; মায়থোঙ মকা লামই। ঙসি সুরনিমালানা মশম মনা ইকা ফারহুনা অঙাওবীগুম্না লাক্লগা বা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদবা অসিদা খওজদবী মল্লিকানা হংলকই, "ইতা নঙগী হকচাংসে য়াম্না শোক্লা উই, হকচাং ঙমখ্রব্রো? শম্নাঙসু ইকা-ফারিবহুনু করি তৌরবগে?"।

সুরনিমালা — "ইতা! ঐগী অবোবসি হৌজিক কাওবা

থওত্রিবোরে ! হৌজিক্তি ঐগী অরাবসি ইত্তানা মত্তং পাংবা ঙমলরোইদবে ?" অসি হায়দুনা মমিস্তগী পিনা মথজাই তা। চেম্বরকই ।

মাগী নুংঙাইতবা উবদা মল্লিকানা হংলকই, "ইতা কর্‌রি অরাবনো ? ঐনা ঙমগদবা ওইরমলবদি অমুক্তং মতেং পাংজগে, হায়য়ো ইতা !"

সুরনিমালানা হায়রকই, "হৌজিক্তি ঐগী অরাবসি করি অমত্তনা মতেং পাংবা ঙমলরোই ইতা ! ইশানা য়াদবা বিদুরনা ঐবু থাজখ্রে ইতা !" অসি হায়রগা মাল্লিকাদা কোল্লিরগা হিক হিক কপলকই ' উপাই লৈত্রবী মল্লিকানা শোল্লকই, "ও ! তা বসন্ত ! মহাক হৌজিকসিদা মীরৈবাক্কগী থোক্ক্লবদি ইতাগী মৈচাকসি মুৎথৎপা ঙমগনিকো !"

নীংশিঙতুনতা লৈরবা ওইদি ওইথোক্লরোইদবা মুংশি কোলোয় পল্লকপদা হেন্না চাক্লহনা ফম্বা ঙমশিল্লক্কে । "ইতা ঐ চৎলগে" হায়রমলগা ফুক হোৎতুনা চৎখ্রে । মল্লিকাসু মকুং ইন্নরক্কুনা পোক্কালফাও থিক্তোরক্লে ।

মহোশাদি হৈ লৈ অমত্তং ফংবদা মতাবু কৌহনা চামি-চিনমিনৈ । মল্লিকানা বিমোনগা থুংনরবা মজ্জমসিদা কৈন্ত থওজদনা মতাবু কৌরুবা অসিদা মহাক য়াম্না নুংঙাইখিত্রে । সিমত্তং চাসি থকসি হায়বক্তাও ঙমখিত্রে ।

---

# খাইনা মৈচাক।

হয়েংদি কালেনগী পুর্নিমা, সুবনিমালাগী লুহোংবা হুমিংনি। থাজদা - থাজদনা নোংমা নোংমগী হৌজিনখিবনা লুহোংবগী হুমিং য়ৌশিলক্লে। মাগী অরাবস্তু নোংমা নোংমগী কাপ-কংলক্কুনা নৌজরিবী লৈরাংগী থম্মোই লকাবু শারবা মৈরিনা মনীং তৌনা চাকপা হৌরক্লে। হায়ফম তৌকম খণ্ডবা মৈচাক্কা চাদ-থক্কবনা ময়াং থুপীমুক্তা ঙাইশিল্লক্লে। গেংলু-তাকবা মকমদা পোপ পোপ তুরক্লে; মতম চুপ্পদা মিংকী পি কংনা লৈখিদ্রে, অরু-অহেনগী রাখল করিমত্তা লৈখিদ্রে, নিঙত ঘৈনা শাংলবা শমলাংহু চেঙহী শম্বান লাংদবনা অঙাওবীগী মতৌগুমদ্রে। হুংথিলগী হুংশা নেমথরক্কুনা হুংশিংনা লিবি শিংলকপবু, নোংমা লম্বাং পুত্রীদা বসন্তগা থেংনবহু নীংশিংলুরে, মহুদগী কেংমুক রাখিবনা হিংনা মৈহুংদা হুজিনবগুম চাকথ্রে। মহাক্কা মচী মচৌ থুদিংদা মিংকী পিগা লোয়ননা চিন্থু তৌবা উরগা অঙাং ফাওবদা চপ চপ লেপলগা য়েংহুনা মমিত্তগী মপি তাবা রাও-নরক্লে। মমা চান্দনিদি মচাগা চপ মানবা রাথ্রে। মমা ওইবিস্থু মচাগী মতৌসিদা চাদ-থক্কবনা মমাং কংলবীনি।

অমুক সুংথিলগী মতম হৌথিদুনা য়াচংলকপগী মতম ওই-শিল্লে। থাজ মাগু মুজাগী থম্মোই থিনগাইরগে হায়বগী মওংগুম নোংপোক থংবা অতিয়াদা লঙনবা হৌরক্লে! তুমাং ময়াইদা খল্লিবা ডম্বুরগী চাউরবা মাওোপা মুগুক মুনা মসি জারি। থাজনা থোক্লগা মাগী অয়াবদি করিদা প্রমান তৌরসিগে? ৎোংমা য়াচংলকপদা বসন্তুগা ঘনগা কোয়রকপত্র নীংশিংলুরে। মমিত্তা শংশঙ উরক্লে। মাক্তোল উথোংতেন্দা ভারত্না থো-ঙাম্রোমদা য়েংলগা মপি তরুং তরং শিন্থনা শ্রোম্বা হৌরকই, ও! পাম্মুবা! নহাক হৌজিক্কসিদা নৈরমলবদি ঐগী মৈচাকসি মুথংপা ঙমগদবনিকো!"

তুমিদাংগী চাক লোইনরক্লে। ঙসিদি মখোয়গী ইমুংতু তম্পাক্লৈনা চক থোংখ্রে। অহাক্লা হায়বা ইল্লবীনি, হয়েংদি লুহোংবনি হায়গুনা এল্লাং অহাওবগসু থোংখ্রে। চাক লোইরপ্পনা তম্পাক্লৈনা মপান থোক্লগা উথোংতেন্দা ঙাদুনা ফমলিবী মুজাদা- "ইবেম্মা! চাক লোইরে, চাক্করসি" হায়বরে। সুংশি মৈচাক্লা ঙাওচংনরবী মঙোল্লা এল্লাং অহাওবনা লাইয়েংবা ঙম্বা হৌনদে। চাকপু চাত্রগা শি খঙনা চানদবা, তুবু চারগা শি খঙনা চাবা ঙম্বা, অহল-লমনগী য়াথং ঙাকপা নৈ খঙনা য়াথংবু হিক্তো-ক্লবা — অত্থুগুম্বা সুংশি মৈচাক্লি। সুরনিমালানা খুমলকই, "ইমা ঐ চাক চানিংদে।" তম্পাক্লৈনা হয়া হয়া হায়রে, অদুবু চানিংদে" হায়বা নত্তনা অতৈ অমত্তা খুমত্রে। উপাই লৈত্রদুনা ইমুংদা চঙলগা নদিয়াচান্দদা তমলুরে। নদিয়াচান্দনা

মচা কুপীবু চাক চাননবা কৌশিল্লুসো হায়না চান্দনিমুক য়াখং পীরকই। চান্দনিসু য়ারক্রোই খঙনা থোক্লক্লগা — "ইবেম্মা নঙবু চক চংখাম অমত্তক ও ত্তক্লুরোইদ্রা" হংলকই। সুরনিমালানা -- "ইমা এদি লোইরেদকো" হায়তুনা মমাগী মখোঙদা কোপ্লগা হিক হিক কপলক্লে! চান্দনিনা হায়রকই. "ইচাগী নীংবা থুংহনবা ঙমতন্দননা ইমাসু য়ারবনিনে, ইবেম্মা! ইমুংদা চঙলসি লাক্লো।" অসি হায়রগা মচাবু কোনথংলি। চঙলসি হায়বা য়াখিদ্রে। চান্দনি ইমুংদা চংখ্রে। নদিয়াচান্দমুক থোক্লক্কুনা থেম্বা হৌরকই, "ইচাসিদি করিগী মুংঙাইতবা তৌকগনো; চাথোক্লরাউ।" মপানা অসুম্না হায়রগা হেমতুম কপত্রে। ইমুংদা চঙলকলগা ফমুংদা দম লাউনা তুপ্রে। মপানমুক "ইচাগীদমক্তা এঙাং অহাওবা থোংবীনি, চাথোক-লুরো" হায়রকই। "চানিঙদে" হায়বসিতনা সুরনিমালাগী পাউথুম ওইখ্রে। বিনাসখীমুক চঙশিল্লক্কুনা — "ইচে, চাক চারুরসি লাকলো" হায়রগা খুদাং পায়বগা চিংলুরে! অতুদসু "বিনাসখী! ইচে চাক চানিংদে" হায়না থুমলকই। বিনা-সখীনা "লাকলোদা। লুহোংগদৌবদি হয়েংনি, করিমুক থল্লি-বনো?" খোয়দৌ চাকপা বাঙাঙসিদা সুরনিমালানা — বিনা-সখী চানীঙবা নঙ কোক চারুসো, এ চানিঙদে" হায়রকই।

ইমুংদগী মী লোয়নমক্লা সুরনিমালাবু থেমলবদা মখদাঙ চোক্লরহনা তুমিন তুমিন লৈনক্লে। মাগী মাগী চাকম থোকপা চাকলুক মপান্দা কমখ্রে। মমা অপোকপী চান্দনিদি কদায়দগী

চাক হুকপা য়াবদি হায়রুগনু, র খিবনা মচাগী মনাক্তা চঙশি-ন্নগী ফমুংদা ফমলরে। হায়রকই, "ইমাগী ইবেম্মা! নঙবু ঙসায় অয়ুকপ চাক মরু অমত্তা যাদা তাখিদে, হৌজিক ইমাগী মাঙদা চখোম অমত্তা ওইরবসু হুক্লরাউবা, ইমাদি লৈবা ঙমদ্রে।" মমাগী রাহৈদা মচাগী মিৎস্না অনিদা তরং লাইজ ঈহৌরকই। হায়রকই, "ইমা! ঐগীদমক্তা করিসু রারুস্থ! ইমানা চাক চাদ্রেগা ঐনা হেন্না রাই; ইমা চাবিরুরো!"

চান্দনি — "ইমাসু চাগে, নঙসু চখোম অমত্তা ওইরবসু হুক্লরাউ।" সুরানিমালানা — "ইমা! ঐ করিমত্তা চানিঙদ্রে; ইমা চারুরো।" চান্দনিনা — "ইবেম্মা নঙ চাদ্রবদি ইমাসু চাররোই।" অসুন্না হায়নত্নুনা মমা মচা চাক মরু অমত্তা য়াত্তোন তংনখিদ্রে। চাক হায়বত হুমুক তীনমুক খাদ্রে!

চাবা য়াবা কাঙবুশিংদি চাক তোক্লরত্নুনা ঙাইহাক লৈনরগা মাগী মাগী ফমুংদা চঙনখ্রে। মহৈ মহৈ মিকুপ খরগী মতুংদা নাখোক্তুনা তুমথনখ্রে। চান্দনিনা মচাগী ফমুংদা ফমদুনা অসুম লৈরম্বদগী থেঙজিল্লকলবা অহৃদা থোক থোক উইরক্লে। মহাক্না হায়রকই, "ইবেম্মা নিঙথিনা তুমুক্লো, ইমাসু উইরক্লে, ঙাইহাক পোথারুখিগে। অহিং চাক লামলক্লগা তোদোরকউ।" অসি হায়রম্নগা চান্দনিসু ফমুংদা চংখ্রে।

নিত্রা কৌবী লাইরেম্বীনা সুরনিমালাবু মিকুপ অমত্তা ফাওবা ঙম্বা ঙমখিদ্রে। নিল খোংবগী খোঙ্গেন তারক্ত্রবদা মাগী থম্মোইদদি হুংশি মৈচাক্না মৈরী থোক্না চাকপা হৌরক্লে। হৌখিবা পুক্কিগী

রারীবু নীংশিংবা হোরক্লে। মহাক্না নীংশিংলকই ইহান হান্না বসন্তগা থেংবদা, গারোক মহাদেব চীংখোংদা বসন্তনা ফিজী য়াল্লগা রা অমত্তা হাযগে তৌরকপদা মখোয় ( অনি ) অনিমক ইকাইনরহ্না চপ চপ লেপ্পখিবা, পেচকারি হুমিত্তা বসন্তগী ঘড়ি থমজরুবদা মাঙখিবা, মাঙখ্রবদা শেল ওইনা পীবদা মখোয় অনি মন্ত্রিকাগী কাদা ইন্নখিবা, লম্মাং পুখ্রিদা বসন্তনা মিংতগী পি শিন্দুন, সুংশি থুদোন নিরকপদা মহাক্নসু মিংকী পিগা শেংযননা লাম্বোকচখিবা, লিক তাগ্রে হায়জিন্নরগা বসন্তবু হকপুনা থিহনবা, কৃষ্ণ জন্ম দা নোং তাশিনা, বসন্তনা সাহ-কপদ, চাগ্রিরগা মহাক্না ওইনগনা লাকনিন্নবা, বসন্তনা — 'স্বরনি ঐদি নঙমুক সুংশিবা লৈতে' হায়খিবা, চির - বিদাইগী সুংশি থুদোন্দা শরুখিবা রাশক — পুন্নমকতু অরেপ্পা তারেদকো থল্লু-বদা স্বরনিমালা মকোক উরু-ক লৈগ্রে। রাখল্লা ফুম্বঙনরে। ঐহাক্না তৌরিবসি কারনো হাযহ্না রাখল যাদবগী চাং লৈশি-ন্নক্রে। মহী লাংলিবা মাগী থোপ্পা ক্ষমজিনবগুম তৌশি-ন্নক্লে। মশাবীবু সুংশিবগী চাংদি — সুজাগী মিৎলু নাপোম অনিদগী ফোংদোকপা ঙমত্রবা তরংগী লাইজনা চীংজুম লাইজ ইকুৎকুম চেন্থরক্লুনা শামু কোক্না থাঙলিবা মোন্দা অস্থম অস্থম শিন্থরক্লি। হিংলিবা লেম্লৈবু অশাবা থাঙ মথক্তা হুজিযদা, লেমলৈ মানা চোংবগুম — মোনলবা তেন্না মোমপাক রাঙবী থক্তা হুজানা ওনা থোইনা থাঙলক্লে। লৈরা কাংক্রম মকোল থোক লৈরাং ওইবী থারো মালো ওক্লে, মা ওরমক্তদা তবোপ

ভবোপলবা হকচাংহু কুরোল হুখ্রে। চান্দনিদি ভাইহ্‌নকমুক উইরোনরোন তৌই, মঙওই হাওই মিংকপ অমুক হেক থোক্লকই! মহাক্না মিকপ থোক্লকপদা মচানা ফমুংদা শ্রু শ্রু নৈরগা শুং শুং কপ্লগী খোঞ্জেন তারক্লে। হিপথবা মাত্রদুনা থাউমৈ পায়রগা মচাগী ফমাংদা চঙলক্লগা য়েংবদা মচানা মমিং উই-শিল্লগা অতৎ অথম লৈতনা পি শিন্থবা উরে। অমসুং "ইবেম্মা! ইবেম্মা" হায়না কৌরক্লুনা হৌদোরকই। চাদ থক্লবনা চরি হাপলগী মচাগী মবুক পায়রগা য়েংলুবদা — চান্দনি মীপাইখ্রে। অওইবমক সুরনিমালা চাদ থক্লবনা মাগী হকচাংসে মপুং হোরবা পামেন উজাউগুম তৌরবনি। অসিগুম্বা মওংসি উবদা মিপাইরবী চান্দনিনা মপুরোইববু হন্না হন্না তৌদোকচরকই। নদিয়াচান্দনা ভাবদা "করিগীনো" হংলকই। চান্দনিনা — "অঙাংসি কৈনোম্মা তৌরে, অমক্তা হোগংপিরকউ" হায়-রকই। হোগংলক্লুনা মচাগী খুদাং পায়রগা মিহুন য়েংবা হৌরকই। হায়রকই, "চাক লামদনা তৌরিবনি, কৈগু তৌবোই।" চান্দনিনা মচাবু তোয়না কৌরকই। সুরনিমালানা পিরাংগা লোয়ননা মমিং 'তপ্না তপ্না পাংথোরকই। চান্দ-নিনা হায়রকই: "ইবেম্মা নঙবু চাক চথোম অমত্তা শুইরবগুম্ হুক্লগবা কৈদৌবগে। ইচাগী মবুকসে ভসায় অমুকতু চাক মরু অমত্তা তাখিত্রবনি থবং ভংত্রে।"

মমিং পাঙথোরকপদা মমা মপা অনিনা কমাদা লৈ-রম্বদুদা হেন্না মপুক্লিং শুংশিরকত্রে। অহৌগা হায়রকই, "ঐ চাক

লামদে। কৈগুম তৌদে। ইমাগা পাবগা তুমলুরো।" চান্দনিনা হায়রকই, "অদুদি নিংথিজনা তুম্মো, ইমাদি তুগা য়াদ্রে।", নবিয়াচান্দনা — "চাক লামলগা ইপা লৌথোক্লগে" হায়রকই। 'লামদে' হায়বসি নত্তনা অতৈ অমত্তা খুমথিদ্রে। মপানা — "করে করে অহুদি হকচাং মুংঙাইত্রবদি চাশিন্নুরসু। তুম্মো তুম্মো" হায়রমলগা কমু দমুক চঙথ্রে। চান্দনিনা মচাগী মমায় নাল্লগা চিগ্থ তারক্লে। মচাং অনিনা তম্প ক্লেদি বিনাসখীবু লাইনিং পাইশু হৈবা বসন্তগুম্না থাজগদৌরিনি হায়বগী আশাগা লোয়ননা ছিপথখিবনা মণ ইরোই খোংবগুম নাথোক্তুনা তুমলি।

চান্দনি ফম্বা কুইশিল্লক্লুনা ররক্লে। কালেনগী মত্তমগা ওইরে, নৈকম খঙথিদ্রে। মচাসু তুমথ্রমানে খল্লহনা ইরে-গ্গনা তুম্মুকো মুপীমচা" হায়রমলগা মশাগী কমুংদা ছিপথ্রে।

অহিং ইচিক হুল্লক্লে! জীবশিংগী খোঞ্জেন তারক্লে। মরক মরক্তা চরোইনা খোংবগী খোঞ্জেনদি তারি। অতিয়াদ থোকপা থানা ফুইনা হোরকপা নোং মরক্তা কেকু লোংপি শাঙ্গরি। লাইজ থক্তা শাৎচবী থম্বালনা মুংশিৎনা হুমলকপদা থম্না খেঞ্জোং খাদা অমুমুক মায়থোঙ্গ লোংপগুম থাজনা অমুবা নোং মরুমদা অমুমুক লোংচরি। লক্কা হোৌরবা উ মরক্তা নিথিনা ফিজেং নৈতংলেবী মুজানা চৎপগুম থাজনা চৌক্লবা নোং মরক্তা অমুমুকসু চৎলি।

চিক্লবা অহিংগী মত্তমসিদা বসন্তগী মাথম্না ভাওচংনরবী

সুরনিমালা ঙচাকপা শা-ঈ মৈতান মথক্তা হিপ্পগুম্না মোনপাক মথক্তা ক্রিং ক্রিং চোংলক্লে। মশম মনা ইফা ফারহনা মকোক্ ভাউক্রিং ভাউক্রিং তপ্না তপ্না গৌগংলক্লগা। শোনবা হৌরকই, "হে মুংশিবা! নহাক্ অসে মীওইবা ঐ:থায়দা ঈশ্বরনা পী-বিরকপা শান্তিগী হৌফম্নি হায়রে। অহবু ঐগী গম্মোই লকা-মুংদা লৈরিবা মুংশিবা নহাক্না করম্বা মুংশিবনো! ঐবু ভাই-হাক্তনু শান্তি পীবিরেকো! করে, শান্ত ফংনবা ঐনা ভম্বা উপাই থিগ্রগে। নৌজরিবী ঐগী হকচাংদা চিন্তাগী মৈনা চাকহনগদবগী শরুক, শিরবা হকচাংদা চিন্তাগী মৈনা মনীং তৌনা চাকহনবা—ঐগী আত্মনা শান্তি ফংগনি!" অসুম্না শোন্নগা রাখল্না মমায় মায়থোঙ লুমথরবী মহাক্না ফমুংদগী কুমথরক্লে। পোথাফম খঙত্রবা মাগী অত্মবু শান্তি ফংহন-বগীদমক্ উপাই শিরক্লে। কালেনগী মতমসিদা মা-কাং চিক্লবসু করনবা হায়রনা নদিথাচান্দনা মা হিদাক শিক্লি অমা উপু মনুংদা থমখি। শিক্লিদু যাওবা উপুগী লায়রৈক তম্না মথোঙ থাংলক্লে। তপ্প তপ্পা পো হংদোক্লুনা হুশিক্লি পোথোকখ্রে। শিক্লিদু পায়রগা মমাগী ফমাংদা লাপোন শিক্লা অমুক লাক্লে। কাংথোন পাবন শক্তা, চরৈ কাংখল মনুংদা ভাইহাক্তুং অরাবা কোকচরক্লনা ভুমজরিবা মমাবু চরৈ কাংখল হংদোক্লুনা মরিওগী মশিং তরং তরাং শিন্দুনা মমা মচা খাইনবগী পুন্সিগী অদোইবা মিংয়েং অমুক্তং য়েংলকলে। মথক্তোইসুংদা অনুপ্না শোন্নকই, "নচাগীদমক্তা রাজরবী ইমা! নঙঙুপা ইথাসি অমুক হয়া

ফংলরোই ! মপোক মপোক থুদি দা ইমাগী চা ওইনা পোক-চগে ; হন্তুমুক্তি মপোক্তি ইমাগী খোয়াং লমন শিংবা শুমজ্রে, — নচাবু বারৌবিগনুকো ইমা ! নচা চৎলগে, বিদাই পিবিরো !', অসুম শোল্লগা বিনাসখীগী টেবল মনাক্তা অমুক চংল্রে । খোঞ্জেন খোকচনদনা চে কলম লৌখোল্লগা ইবকই । মরোল্দি : — "পাবুং অমসুং ইমাতোনগী মফমদা তোল্লবী নচানা থঙহল্লরি :— হন্তুমুক্তি মপোক্তদি নীংবা থুংহন্বা শুমজরমজ্রে ; হয়েংমুক্তি মপো-ক্তা নীংবা থুংহনজরগে । ঐগী থল্লাই য়াওদ্রবা হকচাং পোলাং অসি নোংঙাল্লগা ইনাকথুবা বিহুরগা লুহোংবিয়ু ! নচাগী অশেংবা আশাদি কনাগুম্বগী ওইগ্রবনি । অশিবা হকচাং অসে শুমাং মথায় বৃন্দদেবী মনাক্তা থমজরমগে । হয়েং ফজনা লুহোংবিয়ুকো ।

তোল্লবী নচা !

ইবা লোইরক্তনা হু লিক্লিন্থগা চেংজেঙ্গুগা পায়রগা খোঙ পোবোন তপ্পা শন্তোল্লগা মপান্দা পোক্লক্লে । অদোম্বু সুরনিমালা অমক্তা থাম্বিবু কৈদোবগে ! থাবলসু ফরি ! মাঙোপসু চাউ-নাখল্লি । বৃন্দদেবী মখাঙগা চেংজেংতু থম্লে । মখোযগী তই অমবা তুবোল্দুদি মপুনা অহিংদা মপান খোকলকপহুদা হরাও-রপ্পনা সুরনিমালাদা ঙা-থেংলি । হু লিকলিত্ত মথুম ফাংদোক-লগা নৈমায় থক্তা থমলে । মথুৎ লোয়্রহনা বৃন্দদেবীবু যেংলগা শোল্লকই, " ইমা বৃন্দদেবী ! সন্ধ্যা য়াচংলকপা খুদিংদা ইমাগী মখোঙ রাই তৈজন্দুনা ধুপ থাউমৈ কংপহ্ হয়েংবৈদি ফংল-রোই ! ইমাগী সেবা মপুং ফারমদে, নচাবু বারৌবিগনুকো !

নচা চৎলগে ।" অসি শোল্লগা মহিৎ উঙশিল্লগা হ লিকলি থাংগৎলপদ লিকলিগ্রদি হইনা ঙা গেঙবহুনা লৈমায়দা তুহনা লৈরমলে । হুসু য়াওরমদে । নীংবা কায়রবী মহাক্না — "হুই নহাক্না ঐগী নীংবা থুগাইরেদকো" হায়হুনা লৈমায়থক্তা ওস্থোই-না থাঙলকলে । ইমুংদমক চেক্লিখিহুনা ছুরি অথোবা অমা পুখোরকলে । পুত্রী মপান থবল্লৈ মখোঙ ভন্না চেম্থোরক্লে । হুইসু মমে ফেৎ ফেৎ হাইরদুনা ইন্নরকপা তোক্রে ! ইন্নরক্কু হায়নে। ক্রিং ক্লিং চোংবদা থাঙবা ঙমদদুনা হুইহু মরায় লুক-থহুনা লৈহৌরে । থবল্লৈ পান্থী মখোঙদা লেপলগা তেংথাবা হৌরকলে — "ইতা থবল্লৈ ! নহাক্তি থাবল ফরবা অহিংসিদা নীংঙাইবা লৈতনা তুমহুনা লৈথোকলি ! ঐগী অন্নাবসি করিমক্তা উবিদবেকৈদো ! হায়য়ু, নঙসু উহৌবদাই ! পাম্মুবনা ঐবু 'থাদোকপিরোই' ঐনসু মাবু 'কাউজরোই' হায়নখিবদো ! ঐনা লুহোংলমদাইদা অমুক্তা নীংশিংলম্মু হায়খিবদো — ঐনা মাবু নীংশিংলে, মহাক্তি কদায়নো ! হায়য়ু পোকলিবা থাজ নহাকসু উহৌবদাই, হৌজিক্তি করিগী নোং মরক্তা লোৎলি ! নীংবা থুংদবা পুক্লিদা ঐনা করিগী হিংলুদোইবনো ! থোরবা ছুরিসিনা ইস্ত্রি ফিরাক খায়রগা আম্মানা মনীং তৌনা পাই-খিহুনা পাম্মুনাক্তা মৌজখিসন্ন, পাপ চেন্নবী হকচাং অসিনা ফজবা শক্তম পামা বিদ্দুরগী ওইহৌরসু ।" ও ! সুরনি ! লৈমায় থক্তা রাস্তথ্র । লঙ-হাইবা লৈখিদে ! তৌরিবা মাতৌ অসি উবক্তা কুমলী লৈশাং তমথংলকলিবী পুত্রী মপান থবল্লৈ, কবোকলৈ

লৈ-সুনা লৈমায় থক্তা পোন্না পোন্না কেনখ্রে। পাম্বৈদগী হৈনৌ মচা কেল্লক্লে। মনা পুংবা হৈনৌ নরজ্ঞগী "মাঙলে, মাঙলে! হৌগৎলো" হায়না মেঙঙবা খোঞ্জেন অমা তারক্লে। লৈমায় থক্তা হাইথখিবনা হাল্লহনা পায়রবা ছুম্বিনা নাকন অমদা ইরং লংনা ভাদুনা লৈরেদে। জ্ঞান মাঙলবী সুরনিমালাবু খোঞ্জেন অমনা "হৌগৎলো, হৌগৎলো" হায়না তোয়না হৌদোরক্লে। ঙাইহাক পুক্লোই জ্ঞান মাংখুরবা মতুংদা মতম শাংনা তুমখুর-দদোনা খোঞ্জেন্দুগী মায়কৈদা য়েংখৎলগা হায়রকই, "চিঙ্খা অহিংসিদা ভারিবা খোঞ্জেনসিবু মীগীরা লাইগীরা! ঐগী পাম্মু-বনা মঙলান্দা চোংথোরক্লুন, ঐবু লক্করিবরা।" অসি হায়-রগা হৌগৎলকপদা বসন্তনা মনাক্তা চপ লেপ্পুনা লৈরক্লে। সুরনিমালানা — "ঐগী মৈচাকসি মুখংপনবা লাক্লবরা" হায়-দুনা কোল্লিনগে তৌরুবদা বসন্তদি ম্বাই মাঙখ্রে। অদুগা খোঞ্জেন অমনা — "থোক্লাকও, খোকলকও" হায়না কৌথোকপা হৌরকলে। সুরনিমালানা হৈ-লৈশিংদা বিদাই তৌরকই, "ইতাহোয় লাইবক থিবী ঐ চৎলগে, নখোয় লৈহোরো! ঐবু কৌথোরকলে।" হায়দুনা থোঙ্গাক্লোমদা থোকখ্রে। খোঞ্জেন অদুনা পুবা হৌরকলে। মহাক্না থোকখিবদুদা পুখ্রী মপান্দা হৌবা হৈ-লৈ মখৈ তুম্লিন তুমিন্না মপি শিন্দুনা লৈহৌরি। হুইনা মতুং ইনবা হৌরকলে। সুরনিমালানা হুইদুদা — কৈ-দৌবগী ইন্নরকলিবনো? নহাক্না ইন্নরকলগা ঐগী অবাবনি মাঙোন্দা তমলুবা ঙমগনি" হায়দুনা ক্লিং ক্লিং চোংলকপদা

থাওবা ঙমত্রবা হুইহু মরায় লুকথতুনা মীম কোম্বরগা অঙাওবগী মতৌশুম্না মমুমদা চঙগ্রে ।

ঙাওচংনরবী সুরনিমালা খোংগ্রা পুবা মাইকৈদা মশম মনা ইফা ফরবনা লৌবুক লম্বাংদা কোয়চং চংপা হৌরকলে। চাদ-থক্তবনা মতম কুইশিল্লকলনা চংপা ঙমাশল্লক্তুনা ভাই-হাক জ্ঞান তারকপদা শোরোক্বী মতাইদা গৌবা খোংনাং ১গী মখোঙা ফমগখে। নোংপোক পানা চেন্নিবা নোং মরক্তুগী য়েংবা ঙমদ্রাবী থাজ নাম্বু নোংচুপ পানে .চইরি। ফুক হা-লক্তুনা কোয়চেন চেনবা হৌরকলে। করবা মমাগী শক্তম্না সুরনিমালাবু কদায় তল্লা পুবিগদৌইবনো? অদোমু অমুক্তা থামবিহৌ কৈদৌবগে? থঙহৌদনা ঈশৈ অমা শকলকলে।

ঈশৈ :—

হুংশিবা য়াওলো .... ...
তপ্পা তপ্পা লেঙথংলো ;
চঙফম লৈত্রবা থবাক্না
হুংশিগী মনাক য়ৌথ্রবনি
তরাম তরাম্না লৌশিনবীয়ু !!
হুংশি লদম্না তামখিবনা
লোইবী চীংনম্বু থনখিবনা
ইখোংদা ঝিঙুর থাংলবীনা
পাম্মুগী নাক্তা য়ৌঙমদনা
লৈরাং লম্মথাঙদা কংলেদো !!

থাবল ফংবা অহিংসিদ।
থাইনা মৈনা চাক্তুনা
নচনগী মিংন্না অনিদা
শিন্থরিবা লাইজসে
কনাগীস্থ নক্তেকো হুংশিব !!
চক্কমুক্তি মপোক অসিদা
নীংজবা আশানা কায়ববস্থ
তয়েংমুক্তি লাংঙন মপোক্তদি
পাম্মু নাক্তা য়োজগে
বারৌগন্নকো চান্নবা !!

চেন্না চেন্না ঈশৈ শক্লহুনা কাইনা চীং তন্না চেন্সিনখ্রে। গোবিন্দনা লৈবিবা মফম অসিবু কোয়শিন্নিবা চীংশাংশিংনা তুমিন তুমিন লেপ্পগুম উরি। থৈবোঙ হৈনৌ পাম্বীশিংনা তুম্বক-তুম্বক তাশিন্দুনা চপ চপ লেপলি। অহিংগী লিক্লা তৈরবা থৈবোঙ হৈনৌপিংগী মনাদা থাজগী মঙান্না ইরং লংনা উহল্লি। জীবশিংগী খোঞ্জেনস্থ তাখিন্রে। উরী রারী মশাদা উচিনাচিংবা অহিং চাক্তবা শাশিংনা শ্রোং গ্রেক লাউবগী খোঞ্জেন্দি মরক মরক্তা তাবা ফংলি। অহিংগী লিরি হুম্বা মালংবনা অমুমুক খোঙদোয় হুল্লকপদা উরক বারক্তা তোংবা চেকলাশিংনা জে, জে খোংলকলি। অত্তুগা তাইবঙ মীগী খোঞ্জোন্দ করিমত্তা তাবা ফংখিন্রে। অসিগুম্বা শুকলবা মফমসিদা চেনসিন্নক্তুনা উবি বারী নমথেক্তুনা কোয়চং চংপা হৌরকলে। "এরবু পুবিরকলিবা

কনানো ? নগাক নত্রা ? হৌজিক কদাযদা চৎথ্রে " অসি হাযর না থৈবোঙ মখে ওদা চঙশিল্লক্কুনা থবো থবো ওল্লহুনা —
" জগৎকী মপু ! হস্তমুক্তি মপোক্তা নীংজবা আশানা কাযথ্রবসু হযেংমুক্তি মপোক্তদি নীবা থুংহনবীয়ুনে । তোল্লবী ননাহবু চানবীয়ুন " হায়তনা লৈমায থক্তা ওনা থাইনা থাডথ্রে ।

থম্মোই কাযবনা ঈশৈ অমস্তং মপুগী মফমদা হাবক্তবা — অসিগুম্বা স্ববাস তাবদা পৈবোঙ মশানা গ্রোক লাটিনা তেকথবকপগুম তৌথ্রে । চীংথক্তা, চীংমাযদ, অনাক্লদা লেবিবা পৌষ্ঠ হুংশিংনা মহী চেল্লহনা চীংথাদা ইবং লংনা চেম্বরকপগুম উথ্রে । উরক রারক্তা তুবং তুবং চংলম্বা শাশিংনা মযাদগী শক্তম থাদবক্লগা মকোন পাংনা চওথ্রে । উ রারিশিংসু মপি চওম চওম শিল্লরগনা গুল্লাগী অবাবা ফোংদোকমিল্লথ্রে । চেকলাশিংনা খোংলম্বসু হুংশিনা থোংবা ওইরমথ্রে । তুংদা থোক্কদবা অরাবন্নু তেংথাবা ওইরম্রে । থোকসিবা থাসু মেঙনা ঈংনা থোকপা ওইরমথ্রে । সুরনিমালাগী অরাববু নমিৎ থিংনা যেংহৌবো হায়রহুনা হুংশি থওদবা তাইবঙদা মচ্চান পীবা ওইবম্রে । অরাবগী চাংনা হেনগৎলক্কুনা লৈমায থক্তা হাউথ্রবদা পেল্লবিনি' হায়হুনা থানা মপি ইরা চেল্লহুনা সুরনিবু চিংনা ২ যেংদুনা নোংচুপ থংবা চীং মরুমদা তপ্পা তপনা লৈশিনথ্রে ।"

" পূল্লিগী ঈচেনদা তাড্ডথরকপী
শীতেল কয়া কয়াবু
অচাবা লৈকোনদা থাখিদবনা,

পামজনগী নাপদ থেংহল্লৈদনা
মাঙহনবিবি ফজবা শক—
পামেল উকংগী মতৌগুম ,
হৈদোকপিবি সুংশিবা লৈনম
ক্ষা ° তুহ্,°, উমং বাসন্দা ।"

---

# অকিবা খোঁদোক !

স্বরনিমালানা থোকঅবা মতুংদা মখোয়গী ইখোলদা অকি-বগী খেঞ্জেন তাবক্লে । মহাক্না ইমুংদগী থোকখিবদা থোঙপু লোক্সিল্লমক্রে । হুহনা ইমুংদা ওক্সিগ্রগা থোঙজিংদা লেপলগা থম্মোই শোক্না কপ্পা হৌবক্লে । যেনখা যেঙ্খুন্দা হোদোং চিক্লবগী খোঞ্জেম্না গি, থা তোদুনা ঙুং ঙুং ঙংলক্লে । লাক তিম্না কোয়চেন চেননগুম যুমগী অ.কায়বদা হুঙ দুঙ ল উরক্লে । গুমাংদা থল্লিবা মাঙে পু প্রোঞ্জোক লাউনা তেকপগুম তৌ-রক্লে । ইখোল মতোন্দা মৈতৈ ইমা লাইরেম্বীনা মখোঙ মখুং তিংথোক্লুনা তেংথাবা হৌরক্লে । উ বাশিংনা বম, বম ভুবগুম তৌরক্লে । ইমুংদসু লাইনিংথৌ ইবুংঙোনা যুলখাইদা কোয়চং চংলক্লে কান্না যুমথক্তা কাক কাক খোংবা হৌরকলে ।

অসিগুম্বা মওং অসি চান্দনিগী মঙদা ভাইবঙ মংফাওনরক্লে। মহাক্কী মমঙদা — ঙম্পাক্লে। মুংদাংগী চাক পোংবগী মৈহু শেংনা মুথংহৌদবদগী মৈতাম্না মৈরি পোক্লা চাকলকলে। ফক-লাংগী কৈরেন্দা অসুম অসুম চাকথংলক্তুনা সুরনিমালানা হিপ-লিবা কারোমদা রাম্বিখিঠনা মৈরীনা মকা লাম্না চাকপা হৌ-রকলে। মচাগী কাংখল চাকখৎলকলে। ১চা মৈ চাকলে হায়দুনা কনগে হাংনবদা খঙনা-খঙনা, উন-উনা চান্দনিগী হকচাংদা অফা অপুনগী শক্তিনা লেঙ-ওংপা ঙমাখংদ্রে। চাক-লিবা মৈনা মহাক্কী কারোমদা লান্সিল্লক্তুনা কাংখল চাকপা হৌরকলে। হকচাংদা মৈরীনা রায়বা হৌরকপদা চান্দনিনা শামল্লহুনা ইফিং ফিংনা ফুক হৌগৎলকলে। "ইস' করি মঙলো হায়হুনা ফমুংদা ফমলিঙৈদা হুইনা থোংজিনদা কপ্পগী খো-ঞ্জেন তারকলে। মুংশি মুংশি ঙাল্লমলিবা থাউমৈহু পায়রগা মচাগী কারোমদা লাক্লে। কাংখল হায়দোক্তুনা য়েংবদদি মচাগী ফমুংহু ইহাং তাংনা কৈরমলে। চান্দনি কোকচাওগী ফুং কাপ্লে। থোঙ হাংদোক্না উবহৌদা মপান্দা পোকলগদ্রা খল্লহুনা থো-ক্লক্লগা মাঙ্গোলদা য়েংবা হৌরকই। কৈত্রবদা য়েনথাদা থো-ক্তুনা মচাবু তোয়না কৌরকই। খুমলকত্রবদা ইমুংদা অমুক চঙলক্তুনা মচাগী ফমাংদা "ইবেম্মা, ইবেম্মা" কৌরহুনা কপ্পা হৌরকই। নদিয়া চান্দনা মঙওই হাওই খংপ্রেক খংলহুনা ফুক হৌগৎলক্লগা "করি তৌরবগে" হংলকই। চান্দনিনা মহুগা তাদনা ফ্রিং ফ্রিং চোংবা হৌরকই। নদিয়াচান্দসু মচাগী ফমুংদা

চেংগা লৈত্রবদুদ মপান্দা পোকখ্রগ কৌবা হৌরকই। খুন-লকত্রবদ নদয় চান্দ লুংশা থীবা হৌরক্রে। অতোপ্পা খুপা অমদা চেনখ্রবা কইনা চংনরক্র। মচা মশানা য়াদে হায়বাস চ দনিদা ফঙনা থগত। মচদা ফঙ লুংদা তৌবমগত্রা হায়-দুনা মিপাইবরো, লাংডালমদাহৈনী অমম অঙান শিন্নবা, লাই তীগ্না মকোনদ হঞ্জিনবা মতমসিদা ইঙ্খোলদা কোয়চেন চেন্দুনা মচাবু কৌবকহ। চান্দনি লমলৈমনা পুবগুয়া তৌখ্রে। নদিযা-চান্দসু ওয়েফম থঙকবা রাগ্না থিবিক্রা পুনখ্রে। লাংডালম-দাইগী মতমসিদা মীকপ মীরাওখোনগী খোঙ্গেন অসি লৈকাই তানরক্রে। কমুংদগী চোংথনরক্লুনা “কৈদোরে, কৈদোবে” হায়-না হংলরে। মিপাইরবী চান্দনিনা — “ইচা মাঙাখ্র, ইচা মাঙখ্রে” হায়দুনা তঙজরি। লৈকাইগী মীশিংনা — “লুহোং-গদোবদি ঙসি নি, কদায়দগী চংলমগনো” হায়রম্মগা মযুম মযুমদা হল্লখ্র।



# নোংঙাল্লকপদা ।

নোং ঙাল্লক্লে । নদিযাচান্দগী ইথ্রৌলদা হৌবা উ ৱাশিং মপি তৈথোক তৈথোল্লহুনা চপ চপ লেপ্লুনা লৈবমলে । তাইবঙ মী উবদা মপিংথুনা-হংকৎখ্রে । অযুক্কী উচেক ৱায়া খোংখিদ্রে । হৈনম লৈনম পুবা হুং শৎফাও শিংখিদ্রে । চান্দনিনা মচাবু কোয়চেন চেল্লহুনা থিবা হৌবক্লে । নদিয়াচান্দনি সুবর্ণমালাবু অতোপ্পা হুপা অমদা চেল্লমলগনি খল্লহুনা চানদনিবু থেমজিনবা হৌরকই । চানদনিনা কপ্পগী খোঞ্জেন তাবদা — মরাই লৈজরমগনি হায়বগ্বা মীওইশিংতু অমুক হেন্না থোমজিল্লক্লে । করিগী কপলিবনো হংবদা, ইচা মাংখ্রে " হাযনা খুমই " । অহিংগা নিংথিজনা তুমখ্রে, চাক্কা চাদে চানদনি হকচাং থক থক নিকখ্রে, মমিৎ তনদন পাইরক্লে । মচানা যাচংলকপদা ফমলগ্বা মাঙ্গোল উথোক্কেন্দুদা ঙাবগা ৱাথল তৌবা হৌবক্লে । মীনা শুমাং মাঙ্গেলদা পিক থল্লক্লে ।

নহান মখৈদি নদিয়াচানদনা মচা মশানা যাদে হায়বাসি কনাদসু হায়রুবা তৌদবনা কনাসু থওইরুদে । হৌজিক মহুগী খুদম ফংলবদা লৈকাইগী অহলশিংনা — " অতোপ্পা হুপাদা

তেম্লমগনা, হায়দোকপা লাকখিনি কাকনু ।" হায়দুনা থেম-
জিন্লকই । মীয়াম্না শুমাং মাঙ্গোলদা ফম্বা লেপ্পনচিংবা তৌরি-
রিবা মতমসিদা হৌইনা বৃন্দাদেবী মনক্তা লৈবাক খোংলগা
'চো, চৌ' পাংলকই । মথাম্না থেংবদা শিক্লি অমা তাহনা
লৈবা উরে । মতু উবদা নদিয়াচান্দগী মপুক্কিংদা চিংনবা
হপাক্রে । হু হাপলগা উপু মনুংদা থমখিবা শিক্লিহুনি খঙ-
লক্লহনা লিকলিহু খুনগংলগা মূন্না থেংবা হৌরকই । বৃন্দাদেবী
ম থাংডা চেঙং অমত্ত লৈবা উরে । মতুদা ইরমশিবা মরেন্দু
গনবগা নদিয়াচান্দনা খঙহৌদনা নোং খোংবগুম কপলকলে ।
মতম কুইনা চুখিম্রবা নোংনা অথক অবাওগা লোয়্নমনা চুথ-
লকপগুম নদিয়াচান্দগী মিতুগী মপি শিন্থবগনা — "ইচা লৈত্রে
ইচ লৈত্রে" হায়দুনা লৈমায়থক্তা হাইথরক্লে । মচা লৈত্রে
হায়রনা কপলকপসিকা চানদনিনা — "ইচাতু হু থক্কুনা শিঙ্ক-
বনি, ইচাতু হু থক্কুনা শিঙ্গবনি" হায়নৌনা ঙাঙ্গাক য়াংদো
চাংবগুম চেংলক্লে । লৈকায়গী মীশিংদা "ইচাগী হকচাং
থিবিয়ু, ইচাগী হকচাং থিবিয়ু" হায়হুনা মথোঙক ম্রম্না কপ্পা
হোৎকলে । চানদনিগী মওংসিগা নিংতগী পী তানবা যাওখিত্রে ।
কপ্পা লাউনরিরসি হংগে হায়না চঙলকপা মপা অমনা
— "পুখ্রী মপানদা ছুরি অমা তারম্মী কনাগীনো" হায়না
হংলরে । মহন্মক উবদা চানদনিনা — "ইচাদো থাঙনা থিন্দুনা
শিজন্নবনি, মতোমতা শিজন্নবনি" হায়হুনা ছুরিহু মুম্নগা "ঐ
ইচাগী মতুং ইনগ্রগে, ইচাগী মতুং ইনগ্রগে" হায়রগা থে জামোক্তা

চেম্থোরকপদ, নহা অমনা চান্দনিবু ফ রগা ছুরিহ মুনখ্রে। "ঐবু ফাগনু, ঐবু ফ গনু। ইচা থিঙগে হায়দুনা ফারম্বগী নাম্থে ক-খিৎনা পুক্সীদা জম লাউনা চোংথখ্রে। সুনিমালাবু থিনা হৌরক্লে। মাবু ফারম্বা নহা অহুম্ব পুক্সীদা চোংথখিদুনা চান্দনিবু চিংথংপা হৌরকই। যাদ্রবদা নিপা অনিখকম্বু চোং-থনক্লুনা হনথংপনাচংবা তৌগনা পুক্সী মপানদা থংগংলকলে। পুক্সী মপানবা নীংক্লা মফি অচাংপদগা মখোঙ মথুং চিং-থোক্লুনা — "চ বম্মা, ইবেম্ম ! নচু কদ যবগে" হায়না থরো থরো ওনবা হৌরক্লে। উফুল রহফুল ইতৈ তৈরম্বুনা ফুক হৌগৎলগা মযুম পানথ্রবী মল্লিকাগী মনাক থৌনা চেনখ্রে। — অদুগা "চা ইবেম্ম মল্লিকা ! নতা ল কপ্রো, নতা লাকপ্রো" হায়দুনা মল্লিক দা কোল্লিনগা কপ্লে। মল্লিকাগী অপ্পাবা করি-মুক হায়করানগে। ইথঙ থঙহৌদনা মতা লৈখ্রে হায়বসিদা ফোংদোকপা ঙমদনা মামংগী মপি শিন্থরক্লে। চান্দনিমা বিমোনগী মনাক্তা অমুক চৌসনখিদুনা "চা বিমোন" হায়না কৌরম্বুনা মখোঙদা তুখ্রে। "ওই মকপকী চাংথাইরবী লৈত্রবকো ! মরুপ্পু করি মঙ মঙলমগবা" হায়না শোক্লগনা বিমোনগী মমিৎ অনিদা মপি চদুম চহুম তারক্লে। চান্দনি থোক্লাম্লোমদা চেম্থোকখ্রে। অউবা হুপা অমনা মথুদাং পায়-দুনা ফাখ্রে। অদুগা মহাকপু মযুমদা পুসিনবীখ্রে।

অম্লুক্কি হুমিং থম হায়গংলক্লে। চাউরাক্লা পুং নিপাল্লোম তাশিল্লক্লে। অতোপ্পা হুপাদা চেল্লমগনি থম্মরম্বা অংলশিংম্বু

— হায়দোকপা লাকমন্ত্রবা অঙুদা চিংনবা পোল্লক্লে। মঙম চাদনা শুমাংদা হু লিক্লি লৈরম্বা, পুত্রী মপান্দা ছুরি তারম্বা — অসিগুম্বা খুম্মাসনা হু থক্লুবদগী ভাওরিংউদ, খাঙনা গিল্লুং-চঠুনা শিরম্লগনি হায়না লৌনরক্লে। অতুবু অশিবা হকচাংস্তু লৈরমদে কল্প য়না তৌরিবনো হায়না হংনরকলে। পুত্রীনা ওস্থ-রম্নগনি হায়বা খঙনবগুম মহৈ মহৈ কুমথনরগা, নিংয়াচাংগ মশা-মক য়াওনা থিবা হৌরকলে। মীনা পুত্রী মপান্দু ক্রক ক্রক ইল্লরকলে। শুনরম্লিবা মথোর থোক হুস্তোক্লরম্লগা হুপী অঙাংশিংবু য়েংবা হৌরকলে। হিয়াং তান্নবা য়েংবদোনা পুত্রীগী মপান অকোয়বদা কোয়না লেংহুনা য়েংনরকলে।

লোক্ত কমৃক্তি চাউদবা পুত্রীনিনা ময়ামহুনা ভাইহাক্লংগী মঙ্গুংদা পামফেন নৈবগুম নৈহনা থিরকপদা স্বরনিমালাগী হক-চাংদি ফংবা লৈখিদ্রে। হঙ্খোলগী অকাইবদ হৌবা উরক রাল্লক্লস্তু থিবা হৌনরকলে। ফংবা লৈত্রবদা ময়াম নীংবা কায়-নরকলে।

বিঙরগী ময়ুমপোমদস্তু থিবা ফংদ্রে হায়বগী পাউসি তাম্নবদা — মখোয়গী ৱাখল্দি অতোপ্পা হুপাদা চেনলম্লগনি হায়হুনহুম শাউনরকলে। অমত্তা পোকপা মচাহুপাগী চাউনা লুহোংগনি হায়হুনা তৌরুবা থৌরাং পুম্নমকসিগা —ঐখোয়বু লৈবাক মমাংদা চোপহনগে থৌরাংবনি, তশেংনা হু থক্লুনা নত্রগা খাঙনা থিন্দুনা শিবা ওইরমলবদি অশিবা হকচাং লৈরমগদবনি — ঐখোয়গীদি বর যাত্র পুংফম কায়বা য়াদে; ভসিমক কৈন্যা খিয়ু, — অহুমা

বিহুবগী মপানা হায়বক্নে। মীওইবনা মিমাং যমংদবা মমি উরবদি মকপ-মপাং, ঙাই শেন মশক থংনরক্তে। বিহুবগী মপা শাওমনখিবনা পুলিসতা রিপোর্ট থাগৎলুরে। ওফিসার অমগা, বাঘু য়াওনা দরোগা অনিগা জীপ্তা লাক্লুনা নদিয়াচান্দগী থোঙ্গালদা থামখ্রে। পুলিশ বাঘুনা লমজিংলুনা নদিয়াচান্দগী ময়ুমদা চংলকলে। চানদনি চেথোরক্লুনা "হচাবু অমুক্তা থিবীয়ু, ইচাবু অমুক্তা থিবীয়ু," হায়দুনা পুলিশশিংগী মখোঙ কোল্লগা কপলরে। মহাক্কি নতৌসদা তুংগী থম্মোই পাল্লবা পুলিশশিং মিংতগী মপি তাদবা ওমখিদ্রে। ও, সি সাহেবনা থৌদাক অত্তগী মরমদা নদিয়াচান্দ মথং শিংনা হংখ্রে। পাম্বিবা থুদম অতুগা মবী লৈননা থিক্লম থোকপা শিখ্রে। অতুবু ফংবদি লৈখিদ্রে। অমসুং তুপা মশানা যাদবগী থুদম থালবা ও, সিনা নদিয়াচান্দদা থিনা ঙাংখ্রে। বিহুবগী মপাগী মোং মতুং তনা হংলকই, "তুপা ময়ুমগীদি ওাসুমক নত্রবস্থ চয়েং ফাওবগী মতুংদা কৈন্যা অমা থিহুনা লুহোংদবা য়াদে, নত্রগা হৌজিমক শেল ওইনা হল্লু। মসিদা নঙগী মোং পীয়ু।

নদিয়াচান্দনা খুমলকই, "ননাই ঐহাক হৌজিমক্তি শেল শুনবা লৈজদে, ইচাগী অউনপোং তম্নবা হায়দুনা থরস হাপচিনখ্রে। অদুগা ঐনা থিকগাদবা কৈন্যা হায়বদু ইচা লৈশাবী অমত্তং লৈজরি; মহাক নত্তনা থিনীঙাই লৈজদে।" মা অসি তাবদা পুলিশ বাঘুনা হায়রকই, "সার অসোয়গী মোং মতুং ইমা মরিবা লৈশাবীসি ওইনা লুহোংনবা থৌরাং তৌহল্লসি।"

বিচুরগী মপাস্নু লৈবাক মমাংদা চোপ্পা নংগদবগী মচুত্তা — 'হয়েংং সবা ফংগদবগী শরুক ঙসি লুপা ফংবরা কৈ' খন্দুনা বিনাসখীবু মচানুপাগা লুহোংবা য়ারে হায়না মোৎ পিখ্রে। লুহোংবগী থোরমদা শকপা শোনবনচিংবা তৌবিগদবা মীওই-শিংদি কৈ-্যা লৈতবে তারবদা — "ওঙ্খোক্লা মথোঙ চাখিজ্রে। করম তৌনা লুহোংবগী রা লোইনখ্রিবনো ? অতোপ্পগী বর্তোন লৌংগোগদবস্নু মথোয়না কন্সিন্দু।। থমহোনে, শেলগী হিসাব কায়-বে" হায়দুনা নদিয়াচান্দ অমস্নুং বরগী মপাদা নিনদা তৌরু-রবনি। অতবু লুহোংলগনি অমুক হায়বসিদা ওম্নমক্লা হরাক্লনখ্রে।

নদিয়াচানদ মশামক্লা বিনাসখীবু থেম্লকই — "হুবেম্মা! ইপাগী মায় ঙাকউ। ঐ লৈব ক মমাংদা শিবনা করবনি। ইপাগী মায় ঙাকউ।" পামজদবা বিদুরগা ওসিমক লুহোংলসি হায়ব-সিদা নীংবা কায়রছনা বিনাসখী কপ্পা হৌরকলে। মচান্না কপ্পওদা তম্পাকলৈনা মপুরোইবদা হায়রকই, "ইচা মশানা য়াজ্ঞ-বদি তৌরোইসি। ইকাইরবস্নু ইকাইনা হয়েং কোম্না শেল ওইনা হনখিসি! মশানা য়াদ্বদি তৌরোইসি।" রা অসি তাবদা অশাউবনা মৈবা চিং, মমিৎ ঈ কানা নদিয়াচান্দনা হায়-বকই, "ইচা মশানা য়ারে হায়দুনা ঐবু ইকাই ফিরুক থুজ্জ্রে; মসিমক্তদা পেজ্রদুনা ঐঙোনদা অমুকস্নু অচাকপা মৈদা থী হৈজিল্লি। নহাক অসি নপুরোইববু য়োকখৎপা সুপী নত্তে।" অসি হায়রছনা তম্পাকলৈদা খোঙপাক্লা কাওখ্রে। মতাং অসি-দদি তম্পাকলৈস্নু মচা মশানা য়াদবগী মৈচাক খঙলকলে।

হুংশিবগী লম্বীদা খোঙদারিবা শাবী শানৌশিংগী মরক্তা হুংশিববু থাঙতোক থাঙজিন তৌহনা তোয়না হোংলবা মহাক-তুদি মপুক্লিং লেপত্রবা মরম্মা মহাক্রা অহেনবদা আশা নৌরিবা অদুগী মফমদা থম্মোই শোক্লা হুংশিজবা ঙমজদে। মরমদি — অহেনবদা অপাম্বা থনবদি অপাঙ্গা অমগী মথংদা অমনম্মুক মতুং ইম্নরকই। অ গা নিংবম্ থুগন্দে। বিনাসখী হায়বীসিম্ মাসগী মতুং চল্লিবী অমনি। অহেনবদা আশা তৌরিবহু নীবা কায়রবদা মহাক্লা খল্লী, "ঐহাক অসি থল্ল থল্লগা কোইজোম্বা ওক্লৈ হায়বহুমক থ ক্লেদকো।"

মচে লূহোংগনি হায়হুনা অরাপ্পা লমদগী মহাকা হুংশি-নবা মীওইশিংদা লাকউ হায়না পাউ পিথি। অতুগা মচেগী মহুত্তা মহাক লূহোংগনি হায়বসিদা দিনাসখী পোইদোক্লা নীংবা কায়খ্রে।

# লুহোংবা।

বিহুরগা বিনাসখীগা লুহোংনবগী মমক নোংগোন মাইকমুক খোংগ্রে। মাইকী খোঙ্গেন তারগা চান্দনিদি মচাবু কৌদুনা কপথংলক্রে। ইমুংদনা তম্পাক্রেনা — "ইচা মশানা য়াত্রবদি তৌরাইসি" হায়না নদিয়াচান্দগা খংনরাক্র। নদিয়াচান্দনা — "ঐবু চোপহনগে থোরাংলিবী নওদা চংথ্রো" হায়তুনা তম্পা-ক্রেবু ফুবিগ্রে। "লুহোংগদবদি ঙাইহাক্তা ঙায়বে, কৈদোবগী খংনরিবনো" অসুন্না অহলশিনা পেমজিল্লকই। অথাপ্পদগী পুংযৈবা, ঈশৈ শকপা অমস্নং বার্তোন ফংবা মরুপ মপাংশিং লাকপা হৌনরক্রে। চান্দনিনা কপ্পা তারগা লাক্লিবা মীওই-শিংদি — লুহোংবগীনি হায়তুনা বার্তোন তৌরমই, কপ্পরিবা অসিবু করিগীনো; শোরাং ওইরত্রনে হায়তুনা চিংনবা অমা পোকলকলে।

মুপা ময়ুমদগী ব্রেন পার্টি, বর চংপিগদবা মীওইশিং, পোং পুবিগদবা ইচেম ইন্দোনশিংবু মথংশিংনা মাইক্তা কৌবা হৌ-রক্রে। ব্রেন পার্টি থুংলরবদা মী খোম্বা ওইনা থীনবনে খোং-বনে তৌগ্রে। অমমম অনিনি লাকলদুনা ঙাইহাক্কংগী মতুংদা মী অয়াম্বা থুংলরে।

বর যাত্রা তৌরকলে। ফিরুক পুবী, লুকমাই পুবী নুপী-শিংসু পরেং অমত্তা ওইনা ককচেং চংপাগুম থোকলকলে।

হুপী মমুম য়ৌরহুনা বরবু ওকদাম থোকপা ওকলগা মরুপ মপাংশিংসু মমাং শঙ্গোয়দা ফমখ্রে। অচল-লমনশিংসু মফম চানা ফমখ্রে। ওঙ্গোক্লা মী থামখ্রে। শঙ্গোয় অহুম, মাঙ্গোল অমদি মাঙোপু পিক চোনখ্রে। মীগী সমুদ্র ওইখ্রে। নহা পাঙ্গংসিংসু লুহোংবা য়েংনবগীদমক মানা মানা নীংঙ্গরিবশিংগা মিং চানহুনা মচী মচীদা লেপ্পা হৌনবকলে।

ঈশৈ লোইশিল্লকলে। হেন প টিনা বর থোকপগী গত মথং মনাও নাইনা পীথনে শকপনে তৌখ্রে। মমাও শঙ্গোয়দগী বরবু সেবা চঙহুনা হুপা অমনা লমজিংলগা লুহোংফন্দা ফমহনখ্রে। ওাইহাক নৈরগা হুপী পুথোরক্লুনা বরগী মনাক্তা ফমানখ্রে। পুনসি নৈপুনগীদমক্তা থাশক লৌফম থোকপা লৌরবা অমসুং মরুপ-মপাংশিংসু দান থাদরবা মতুংদা নৈ কোয়বা হৌরকলে।

বিষ্ণুর হায়বসে মমায় হাইফং কনবা মীত নি। লিলা পালা অমা চৎপদা — ময়াম্না পুক্লিং চঙনা য়েংনরিবৈঙদা মওংদগা হেক্তা চঙলকলগা ফমগন্বা মীতানি। মহাক্না মমায়দি নৈদনা মমিৎনা কোয়না য়েংলকপদা মাগী মরুপ অমদা তারুরে। মহুদা হাইফেৎ নোকথোকউরে। অঙাংশিংনা 'বর নোকএ' হায়রিমা বা লাউনরকই। বিনাসখীসু নৈ কোয়না কোয়না শঙ্গোয়দা ফমলিবা বরশিং অমসুং মচী মচীদা লেপতুনা লুহোংবা য়েংলিবা পাখংশিংদা মাগী কোয়রাওনবী মমিৎ চহুনা ক্লোয়োক কোয়োক ওত্তুনা য়েংবা হৌরকই। মহাকী

মিৎয়েংসিদি অমুক্কী মতিক লিচিং কনগ্রে। মহাদি পাখংশিংবু মাংগোপময়াইদা চঙশিল্লকউ, লৈ হুক্রগে হায়বগুম তৌরি। কোয়না য়েংবগদা মহাকপু কোযরিবা পাখং, কলেজ কারিউ-দা থব থর নুংশিনখিবা মীওইশিং পুন্নমক য়েংদুনা লৈরমগে। বর লাকপসু যাওনরকই।

বর অমসুং কৈন্যা শানিনা লুহোংবগী মংগোপ ময়াইদা মমিংশিংসু ঙাইহাক্তা কুমিন্না। লৈতনা অতদা অহলশিংনা — "হৌজিক্কী অঙাংশিংস ওথাক লাইমা মমায কল্লদা! কৈন্যা অসি লৈ হুকলমদ ইনা অতোপ্পা অমদা চেপ্পাক থদনা তোকল-বনি; লাইমসু চোপচৈদা।" অসুন্না ঙাঙনখ্রে। কৈন্যানা ভাবক-শিংদা য়েংবা উবগা থব অমনা — "মমিংসি লাওদ্রা, মমিংসি লাওদ্রা, যংউন" হায়নরকই।

বিনাসখীবু কে য়রিবা পোগুডোটশিনা থননা হৌরকই, "মচে লুহোংগানি হায়না পউ পীরকই. অদুগ বিনাসখী লুহোং-লিবসিবু করিগীনো? মগী রাজাংগা? মগী পাদা।" অসুন্না লম অরাপ্পগী পাখংশিংদি চিনবা শাবক্রে। চিনগম্বদা ঙাংশিং-দা হংনরকই, "চবুংঙোংতায় লূকাহালবী লৈশাবীশ করি মমিং কৌই?" ঙাংনা — "বিনাসখী কৌই, বিন সখী কৌই" হায়-না খুমলকপদা দাই হন্নরগুনা ফং নং গোঙ্গ প্রোমদা থেরাথি।

লৈ খুকোয় তরেৎলক শুরদুনা কৈন্যানা বাদা লৈ হুকখ্রে, বরনসু কৈন্যাদা হুকখ্রে। মরূপ-মপাংশিংনা "বা. বা" লাওনর-গুনা খুবাক খুখ্রে। অঙাং থরনা — "ফৈজ্ঞ, ফৈজ্ঞ মচগী মহুত্তা মনাওহুপী লুহোংবা ফৈজ্ঞ" হায়না পাউনাকই।

লোইরবা

